

# শক্নাইবশিংগী পুন্সি ৱারী

( মণিপুরী কলাকার অমদি সমাজ সেবকশিং )

মঙাশুবা শরুক




সম্পাদক:— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
"পণ্ডিত" "ফেলো" "সাহিত্যশিরোমণি" "পারঙ্গত"
"শিক্ষণ কলা প্রবীণ" "শিক্ষণ পারঙ্গত"
"জ্যোতিষ রত্নাকর" "গ্রেট রাইটর"

[ মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেংগা লোইননা ফোংবা ]

# শকনাইবশিংগী পুন্সি ৱারী

( মণিপুরী কলাকার অমদি সমাজ সেবকশিং )

মঙাশুবা শরুক





সম্পাদক :— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

"পণ্ডিত" "ফেলো" "সাহিত্যশিরোমণি" "পারঙ্গত"

"শিক্ষণ কলা প্রবীণ" "শিক্ষণ পারঙ্গত"

"জ্যোতিষ রত্নাকর" "ট্রেণ্ড রাইটর"

# সম্পাদকীয়

## (১)

সমাজদা লাকোক্তরিবা ঐখোয়গী খুদোম "শকাইবশিংগী পুন্সি বারী" (কলাকার অমদি সমাজ সেবীশিংগী পুন্সি বারী), অসিদা মণিপুরগী অখুন্নি ভাকুতকী ওইবা শকাইবা (কলাকার) য়াংথে হুন্দোকগী পুন্সি বারীনি।

মখোয়শিং অসিগী মনুংদা কনা কনাগুম্বা মীওইশিংনা লৈতেম্না লমজিল্লি। কনাগুম্বা কলাকার খরনা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপা ওজাশিংনি। খর হায়রবা নট সঙ্কীর্ত্তনগী দুহারনি। খর অমনা নট সঙ্কীর্ত্তনগী পুং য়েবা ওজাশিংনি। কনাগুম্বা খরনা অইবা অমদি সমাজ সেবীশিংনি। কনামা বৈজ্ঞিক সংস্কারকনি। কনানা অমাইবনি, পণ্ডিতনি।

খরা অমনা সমাজ সংস্কারগী চাওনা থোদাং লৌরিরিবা শুমাং লীলাগী অফাওবা কলাকারনি। কলাকার খরনা রাসধারীনি। খরনা সূত্রধারীনি। খরা অমনা জ্ঞান শন্দোকলিবা লাইরিক থিবা হায়বা ওজাশিংনি। কলাকার খরনা মমা শাবীনি। খরনা য়ুম অমা পানবদা চংদবা য়াত্রবা শিল্প কলাকারনি।

খর অমনা বংদেশ পালাগী কলাকারনি। খর অমনা কবি অমদি সমাজ সুধারকনি। খর অমনা মুক অভিনয় (বেলে) শৈথোকলিবা কলাকারশিংনি। কলাকার খরনা লাইয়েকপা, শাবা মীশিংনি। খরনা মপোক হৌশাইগী, খরনা নাট্য কলা (রঙ্গমঞ্চ) কলাকারনি।

মখোয়না তৌখিনি তৌভানবা থবক্তশিং অসি তাংদুনা হৌজিক মখোয়না ওইরিবা ফিবমশিং অসি করি করম তৌনা য়ৌথরবানো? করি তৌগে নিংদুনা তৌথরবনো হায়না হংলবদি মখোয়শিং অসিনা য়াম্না তেম্না ঐখোয়গী পুন্সিংগী অপাম্বা পাওখুম পীবা অরায়বা থবক নত্তে।

মীওইনা পোক্লবা মপোক্তা লোংদম্বা মান্না তাযোম্না তমদবা অম হাওবা য়াওদে নিংঙি। অদুবু "বিধিবুদি কর্ম্মনা কল্লি" হায়বা

বাহৈ অমা লৈ। মখোয়গী অপাম্বা অহু ফংননবা অৱাবা, অনাবা, খুদোংথিবা কয়া খাংহুনা মতম নিংথিনা শিজিন্নহুনা ফিবম অসি ওইরক্লিবনি হাইনিংঙি। সংসারদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক ফংবা ঙমদবা ১দি ওইথোক্কবা অমতা লৈতে। তৌইগুম্বসুং হৌগ্রবা মতম্ব ফংবা ঙম্বা হায়বসি ওইথোক্কবনি।

মীওইবগী চাওখৎনবগী মরুওইবা মচাক্তি মতমনি। থবক খুদিং মতমগী মখা পোল্লি। মতমগী মতুং ইন্না লাইরবনা ইনাকখুনবা, ইনাক খুনবনা লাইররকপা ওইথোক্কবা নত্তে। কনাগুম্বা কবি অমনা হায়রিঃ—

"Time is pasing fast away do what you Should do to day"

করিগুম্বা থবক অমবু হয়েং মতৌরগে খনবা মীদো শোয়দনা অৱাবা, খুদোংথিবা মায়য়োক্করগনি। মরম অহুনা থবক তৌবদা হো-রেল, হয়েংগী বা থমলোইদবনি। মতম্ব কুপা শিজিন্নবা হৈবা মীশিংনা মীথোই মীহেনবা অক্কাওবা অমা ওইবা মশানা তারবা ঙাকমনি।

পুন্সি লম্বী চংলিবা মীপুম খুখিংমক্কা মুংঙাইবা ফংনবা মিংচৎ ফংনবা, জ্ঞান ফংনবা অমদি অরান খুবম ফংনবা মহৈ তম্লিবনি। মীওইবা হায়বসি মাগী অপম্বাগী মতুং ইন্না মানা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদে হায়নবা অমা লৈ "মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা।" ভুরেল্লনা মাগী ঈশিং থক্কবগুম, উনা উহৈ চাদবগুম, নোংনা মশাগীদমক্তা চুদবগুম্না অফবা মীগী মরল অমদি মহৈ মীগী মতেং পাংনবনি। মী মহাক অহুনা মীগীদমক্তা থরদং ওইরবস্থামতেং পাংবা ঙম্লবা মী মহাক্তো পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি।

লাইরিক অসি ইবদা মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং অমদি চেফোংশিং ঃ—

১। মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত :—অইবা—মোংজম রীতিচন্দ্র।

২। মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরাবত :—অইবা—সোয়াম ছত্রধারী।

৩। মৈতৈ চেফোঙ—সম্প্রাদক :—রাঃ কুঃ স্নাহল সিংহ।

৪। মণিপুরী সহিত্য পরিষদ্‌কী বুকলেটশিং।

৫। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী পেমপ্লেটশিং।

৬। এল, ইবোবীনা সম্পাদন তৌবা কো: ওপঃ ইউনিয়নগী মেগাজিন।

৭। কলাকার মশাশিংদগী মতেং লৌজখি। মসিগীদমক্তা চাওরবা লমন তোপ্লে হায়না ঐনা লৌজরি।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা লাইব্রিক ফোংনবা লুপা ১০০/- (চামাপল) মতেং পাংবিরকই। মসিগীদক্তস্থ শিংঙমত্রবা লমন তোনশিঞ্জরে হায়না ঐনা লৌজরি।

—(×)—

# হিরম লামাই (১)

# হিরম লামাই (২)

# শ্রীহিজম ঈরাবত সিংহ

## নিংতম লাম্মী

শ্রীহিজম ইরাবত সিংহ শকাব্দ ১৮১৮।৫।১৫ আশ্বিন বুধবার (ইংশোক ১৮৯৬ সেপতেম্বর থাগী তাং ৩০) আদ্রা নক্ষত্র জন্মদণ্ড ১২।১২ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা চোংথাম নিংথৌজম হিজম ওংবী থম্বালঙম্বী দেবী কৌই।

**পোক্লফম ঃ—** পিশুম পোং ওইনাম লৈকাই ইম্ফালদনি। য়াম্না লায়রবা ইমুং অমদা শ্রীসিংহ অসি পোকখি। য়াম্না নৌনা অপোকপা কায়নখি। মনা লুপ্তাবীনা ময়ুম লেপ্পা ঙমঙদনুনা পোক্লফম লমদম ওইনাম লৈকায় পাদোক্লুনা ইরাবতকী মনে হিজম চনু শৌগাইজম ওংবী ইবেতোন দেবীগী য়ুম মোইরাংখোম শৌগাইজম লৈকাইদা লৈখি। মতম থরা লৈরগা অমুক খংহৌদনা অপোকপী কায়নখি।

**শিক্ষাঃ—** শ্রীইরাবত সিংহ জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেভেন ফাওবা তমখি। জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লিঙৈদা ওজা অমনা ছাত্র অমদা খোঙ-পাক্লা কাওবদগী ইরাবতনা লুচিংদুনা ষ্ট্রাইক তৌখি। মসিনা মনিপুরগী ছাত্রশিংগী অহানবা ষ্ট্রাইকনি। শ্রীহিজম ইরাবত সিংহ ইং ১৯১৩ দা মখা তমথনবা ঢাকাদা শ্রীশৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহগা লোইনা চৎ-মিন্নখি। ঢাকাগী হাইস্কুল অমদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্লগা খুদোং চাদবনা মরম ওইরদুনা লাইরিক তম্বা তোকখি। ঢাকাদা নিংথিনা শিন্দম ফংখিবনা মরম ওইরদুনা বাঙ্গালী লোন য়াম্না মমুৎ তানা তৈখি।

**য়ুম পানবাঃ—** মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ইগী ময়াম্বুং চন্দ্রহাসকী মমোম রাজকুমারী খোমদোন স্নাবু লুহোংদুনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদারকখি। বানা নংনা হৌরকপা মীওই অমা

ওইহৗনম্বু নিংথৌ লাইবক য়ুম্বাদম্লবা হায়বতুমক ওইহুনা লৈবাক্তা মমাক ইবুংঙো হায়ব মিংগী অসিনা ইকায় খুম্নবা মীশক অমা ওইখি।

**কলাকার ঃ—** শ্রীসিংহ অসি লাই য়েকপদা শিংথাবা য়াবা মীশক অমসু ওইখি। মাগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুন অমনা মাগী খুংই ফজবা অমসুং লাই তিন য়েকপা হৈবা অসিসু অমনি।

**ইনাৎ য়োকখৎপাঃ—** শ্রীসিংহ অসি মৈতৈ ইনাৎ য়োকখৎপা পাম্বা মীশক অমা ওইনা হৌরকই। অঙাং ওইরিঙদগী হৌনা মুক্তা, কাংজে অমদি শগোল কাঙজৈ শান্নবা য়াম্না পাম্না হৌরকখি। মমৈথংদা হায়-রিবা হিরমশিং অসিদা লৈবাক্তা মশক খংবা মীওই অমা ওইখি হায়বৈ মনিপুরদা অপুনবা শান্নখোৎনবগী অপনবা মরুপ অমা লিংখৎলম্বা মীশক অমা ওইনা মীয়াম্না শক খংখি।

**নাট্য কলাকার ঃ—** শ্রীসিংহ অসি এম. ডি. ইয়ুগী ফাউণ্ডর মেম্বরশিংগী মনুংদা অমনি। নাট্য কলাকার অমা ওইনা মথাগী লীলাশিং অসি কুমখি। ১। 'অরেপ্পা মরুপ' তা চন্দ্রসিংহগী শক্তম লৌখি। লীলা অসি এস, ললিতনা ইবানি। ২। 'দেবলা দেবী' দ মাবাঠাগী নিংথৌ শাখি। 'নর সিংহ' দা কুমুদ কী শক্তম লৌখি। লীলা অসি এস, ৺ইবুঙোহল সিংহনা ইবনি।

**সাহিত্যকার/কবি ঃ—** শ্রীসিংহনা 'শৈদম শৈরেং' হায়না কৌবা লাইরিক অসি ইখি। মসি ক্লাস সেভেনগী টেক্সবুক ওইখি। 'লোক-মান্য তিলক' কৌবা লাইরিক অমগা ইবিরম্মী।

**সম্পাদক ঃ—** 'অনৌবা য়ুগ' হিজম ইরাবত সিংহনা সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা কোঙবা চয়োলগী চেফোঙনি। চে অসি ১৯৪৭ ইংগী মার্চকী তারিখ ১৯গী দরবার রিজোল্যুসন নম্বর ২৫ গী মতুং ইন্না কোঙবা চেফোঙনি। চেফোঙ অসিগী অহানবা মশাং ১৯৪৭ ইংগী এপ্রিল থাদা ফোংখি। চেগী অমল কপি অমদা আনা অনি, থা অমদা মথায় অমা, থা অহুম দা লুপা অহুম অতুগা চহিদা লুপা মঙা মথায়ম্নি।

**থবক তৌবাঃ—** শ্রীইরাবত সিংহ অসি সদর পঞ্চায়েতকী মেম্বর ওইরম্মী। মহাক 'নিখিল মনিপুরী মহাসভা'' গী মরু ওইবা মীশক অমা ওইরম্মী। ১৯৩৮ ইংদা 'নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহা সভাবু বে আইন ওইরে হায়না লাওথোকপগা লোইন লোইননা মহাক পঞ্চায় মেম্বরগী ফম থাদোকখি।

**সমাজ সংস্কারক ঃ—** ব্রহ্ম সভানা ধর্ম্মগী মিংদা মনিপুরগী প্রজাশিংগী ই চুপ্পা, ওৎ-নৈবা থবক কয়া তৌরম্মী। খুদম ওইনা লৌথৎপা তারবদা :— ১। পাচ নাপেৎ ২। চন্দন শেনখায় ৩। অমাং অশেং ৪। য়াইরেক সান্ত্র ৫। পিয়ন, আমিনগী চাকথাক ৬। পোথাং পুবা ৭। দোলাইলেং আসনচিংবনি। শ্রীসিংহনা অসিগুম্বা ওৎ-নৈবা থবক অসি মরু ফুকপা পামখি। মরম অতুনা মানা লৈবাকী য়াই-ফনবা নিংথৌগী মাইয়োক্তা প্রতিবাদ কয়া তৌখি। মানা 'মনিপুর সেবা সমিতি' কয়ামরুম শেমজুনা প্রজাগী সেবা তৌখি।

**সমাজ সেবা ঃ—** শোক ১৯৩৩ দা নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহা-সভা লিংখৎলি। মহারাজ চূড়াচান্দনা প্রেসিডেন্ট অমসুং শ্রীসিংহনা ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইখি। হ শোক ১৯৩৮ দা "নিখিল মনিপুর মহাসভা' হায়না মমিং হোংদোকপগা লোয়ননা "রাজনীতি দল" অমা ওংখি।

**শ্রীসিংহনা লিংখৎলম্বা সংস্থান ঃ—**১। মনিপুর সেবা সমিতি ২। মনিপুর প্রজা মণ্ডল ৩। মনিপুর প্রজা সম্মেলনি ৪। মনিপুর কৃষক্ সভা ৫। মনিপুর মহিলা সম্মেলনি ৬। মনিপুর প্রজা সংঘ ৭। মনিপুর ছাত্র সম্মেলনি ৮। মনিপুর সাহিত্য পরিষদ্ ৯। মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন ১০। ইম্ফাল ক্লব ১১। মনিপুর প্রাইমারী টিচ'স এসোসিয়েশন ১২। মনিপুর ষ্টুডেন্ট ফেদরেশন ১৩। ওল মনিপুর য়ুথ লিগ ১৪। মনিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি।

**নুপী লাল ঃ—** শাক ১৯৩৯ ইংদা নুপী লাল হায়বগা মনিপুরগী ইতিহাসতা খণ্ডনরিবা অসি ডিসেম্বর তাং ১২ দগী হৌখিবনি। আন্দোলন অসিগী মরুদি শেঙ্গাও পায়বশিং অসিননি। নুমিৎ অসিদা চেং ৱানবা চংলুবা মীশিংদা দুকান্দারশিংনা চেং লৈনা লৈনা পীবকখিদে। তাং ১২ গী অয়ুকতা কনাগুম্বী অমত্তুনা হৌনরুদনা ইমা ইবেলশিংনা খাইরমবন্দ কৈথেল চোন্না তিনখি। ইমা ইবেলশিংনা চেং, ফৌ গাড়ী ফাদুনা থানাদা পুখি। মনিপুরগী মপান্দা চেং থাবা লিংঙু চেং ৱানবা ফংহল্লু হায়না অকনবা লোল্লা অমগা লোয়নননা লাওখি। থৌনাফবী নুপীশিংনা দরবারগী প্রেসিডেন্টপু কোয়শিনখি সিফাইশিংনা প্রেসিডেন্ট কনবা ছুম্নবা হোৎনবদা ফুবা-চৈবা কয়া তৌখি। অশোক অপন কয়া য়াওখি।

ইমা ইবেলশিংদা ওৎ-নৈবিবা, প্রজাবু চরা হেলংজলিবা অসি মহাসভানা তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা ঙমখিদে। এন্স, বিজয়, টি বোকুলনচিংবা লুচিংবশিংনা নুমিৎ অসিনকী নুংথিলদা মীয়ামগী মিতিন কৌখি। নুপা ময়াম্না আন্দোলন অসিগী লমজিংনবা মিতিন অসিনা ৱারেপ লৌখি। কাছাড়দা লৈরিবা হিজম ইরাবত কৌথোক্লবা ৱারেপ তাখি। ইরাবতনা লুচিংদুনা মনিপুরীগী তোঙান তোঙানবা মফম শিংদা ব্রাঞ্চ কমিটিনা কয়াংকুম শেমখি। মীয়াম্না ইরাবতকী তেংবাং পীখি। লোয়নননা মহিলা সম্মেলনি লিংখত্তুনা লমজিংবা মীশক অমা ওইখি।

**জেলদা লৈবাঃ—** সরকারনা ইরাবতপু মথল মথা কয়ামকুমগী মরাল শিখি অমসুং ফানবা হোৎনখি। ইংশোক ১৯৪০গী মার্চ্চ থাদা ইরাবতপু চহি ৩গী মিয়াদ পীদুনা জেলদা থমখি। মতম খরা লৈরগা মাবু শিলেট জেলদা থমখি। জেল মনুংদা কংগ্রেস কম্যুনিষ্টকী কর্ম্মী কয়ামকুমগা লৈমিন্নখি। মমৈথংদা কম্যুনিষ্ট মেম্বর অমা ওইখি।

জেল সংস্কারঃ-- জেলদা মিয়াদ তাদুনা অৱা-অনা মায়য়োক্ল-রিবা ময়াম অতুগী অৱাবা কোক্লবা মাগী লুচিং মথাদা দাবী কয়াগী আন্দোলন তৌবা হৌখি।

১। মীনা থাওশুম্না ককথৎলূ ২। চাক চাফমশং শাবিয়ু ৩। মী অমগী ওক্লবা চেং চাক ইনশাং নাপী পীগদবনি ৪। চাক চানবা পুখম, তেঙ্গোৎ, ঈশিং থক্লবা কোল পীগদবনি, হায়না তকশিনখি। ফাদোকশিংগী দাবীশিংডু নমশিন্দুনা থম্না ওমখিদে। মখোয়গী দাবীশিং পীখি। অসুম্না অৱা-অনঃ কয়া কোকহনখি। দাবীশিং অদু ফংবদগী ফাদোক ময়াম্না মাবু শাইপোকনি। হায়না নিংনখি।

মনিপুরদগী তাম্থোকপা ঃ—ইং ১৯৭৩ দা চহি অহুমগী মিয়াদ শুরদুনা ইরাবতপু জেলদগী থাদোকখি। মতম অসিদা সরকারনা ইরাবতপু মমিপুরদগী তাম্থোকখি। ইরাবতনা সরকারগী হুকুম মতুং ইননা মনিপুরদা লৈবা য়াদদুনা কছাড়দা লৈখি।

মনিপুরদা হল্লকপা ঃ — ইংশোক ১৯৪২ দা ইরাবতনা মনি-পুরদা হল্লকখি। মনিপুরগী প্রজা মণ্ডল কৌবা অহানবা দল অমা লৈরম্মী প্রজা সম্মেলনী অমসুং কৃষকী মীওই থরগা য়াওনা প্রজা সঙ্ঘ হায়না কৌবা সংস্থান অমা ১৯৪৫ ইংদা শেমখি। সংঘ অসি-না অকনবা থবক কয়ামরুম পায়থৎপা হৌখি। থবকশিং অসি পাং-থোক্লবা হোৎনবদা মথাগী মীওইশিং অসিনা ইরাবতপু তেংবাংখি। মখোয় অদুদিঃ— ১। লোংজম বিজয় সিংহ ২। তখেল্লম্বম বোকুল ৩। শাইশ্রম কাহ্নাই ৪। তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহ ৫। কাংওবম পরিজাৎ সিংহনি। নুপী মরক্তগী মাগী তেংবাংখিবী থরগী মমিংসু মথাদা ইরি :— ১। তোংব্রম সখিদেবী ২। অথোকপম যুবতী দেবী ৩। তখেল্লম্বম থোইবী দেবীনচিংবীনি।

## অপুনবা শক্তম

মনিপুরদা কংগ্রেস হায়বা পাটি অসি লৈত্রিঙ্গা ইরবতনা লুচিংবা পাটি অমনা থবক তৌরম্মী। পাটি অদুগী মমিংদি প্রজা সঙ্ঘ কৌই। হৌজিক্তি কংগ্রেস হায়বা অমগা প্রজা সঙ্ঘ হায়বা অমগা পার্টি অনি শুরে। ইরাবতনা অপুনবতা পাঙ্গলনি হায়বসি য়াম্না নিংথিনা খঙই। মরম অদুদা মানা চীঙ অমসুং তম অনিসি পুনবা য়াবা পাম্বে থিরম্মী।

ইংশোক ১৯৪৭ কী নবেম্বর তাং ৩০ দা মানা এম, ডি, ইউ হোলদা চীং অমসুং তমগী ওইবা অপুনবা পার্টি ৯ গী মিটিং অমা কৌরম্মী। মিটিং অসিগী সভাপতিগী আসন এম, কে, শিমরেনা লৌবিখি।

অথঙ অহৈশিংনা ৱা ঙাংলবা মতুংদা য়াম্না কুপ্পা নৈনদুনা মখাগী ৱারেপশিং অসি লেপ্পখি।

ঙসিগী মীতিম্না মনিপুরগী চীং অমসুং তমগী মপাঙ্গল কল্লনবা অপুনবা পাটি অমা শেম্বা ওর্গেনাইজিং কমিটি অমা শেম্বা য়ানরে। পার্টি খুদিংমক্কী লিডরশিংবু মেম্বর, ইরাবতপু চেয়ারমেন অদুগা সিমরেবু সেক্রেটরী থনখি, অমসুং মীতিম্না চীং-তম পুন্না আন্দোলন চংশিন্নবা শক্তি কমিটিনা পীরম্মী।

## "অনৌবা শাসন"

মীয়াম্না তাক্লকপা দায়িত্বশীল শাসন মনিপুরদা লৈতবা য়াদবা মতাং থোক্লক্লে। মরম অদুনা মনিপুর দরবারগী প্রেসিডেন্ট মিঃ পিয়ারসন্না মনিপুরগী কন্সটিট্যুশন অমা শেম্নবা হোংনখি লোইননা কন্সটিট্যুশন মেকিং বোডি অমা শেমখি। সংবিধান অসি ডিক্লেক লৈবা সংবিধাননি। মসি সাধারন প্রজাশিংনা ভোত পীবা য়াদে মীওই থৱতবু য়াহল্লি। এম, এল, এ ৫৩ না বিধান সভা শাগনি। সদস্য ৫৩ সিনা মুখ্যমন্ত্রী খনবসু ঙমদে। মহারাজনা নোমিনেট তৌদুনা মুখ্য মন্ত্রী হাপকনি। কেবিনেট মিমিষ্টরশিংনা য়ারবা ৱারেপ

অদু মহারাজনা মতুদা সঙ্গি তৌদবা ঙমই। সভা অসিবু পেন্দবা ফোং-দোকক্লুনা ইরাবত অমদি মাগী মীশিংনা থোইকোট তৌদুনা য়াঙখিদে।

## এসেমব্লী ইলেকসন

মনিপুরগী কন্সটিট্যুশন এক্ট ১৯৪৭ অসিগী মথাদা শোক ১৯৪৮ দা মনিপুর এসেমব্লী ইলেকশন তৌখি। ইলেকশন অসিদা কৃষক সভাগী কেণ্ডিডেট ২৩ গী মনুংদা মঙাথক কারকখি। ইরাবতনা উৎ-লৌ কেন্দ্রদগী কারকখি।

## কম্যুনিষ্ট পার্টি

ইরাবত শিলেট জেলদগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইরকখি। শোক ১৯২৮ দ মনিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি। শোক অসিমক-তদা হোদাম লৈরক্লা তথেল্লম্বম ইবোতোম্বীগী য়ুমদ জেনরেল বোডিগী মিটিং অমা ফমদুনা মনিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপা হৌখি। ইরাবত অমসু বোকুলনচিবা মেম্বর ৮ না শাবা কমিটি অমা থমখি। বোকুলনা কম্যুনিষ্টকী সেক্রেটরী ওইখি।

## অণ্ডর গ্রাউণ্ড

ইরাবতনা মনিপুরবু ভারতা তিন্নবগী মায়োক্তা লৈ অমসুং পুব্বাঞ্চ প্রদেশ শেম্বগী মাইয়োক্তা মনিপুরবু কন্নবগীদমক্তা আন্দোলনদা সরকারনা মাবু মখল কয়াগী মরাল শিখি। মরম অদুনা ইরাবত ফোংনা লৈবা য়াখিদে। ইরাবত ফানবা হোৎনবদা সরকারনা ফাবা ঙমখিদে। ইরাবত ফাবা ঙম্বা মীদা মনা লুপা ১০,০০০ ( লিশিং তরা ) পীগনি হায়না লাওথোকখি।

## অরোইবা

ইরাবতনা ব্রহ্মাদা মাগী অনিংবা কয়া পাংথোক্নবা হোৎনখি। ঈশিং নুংশিৎ হোংলকপা অমদি চরা হেনবনা মরম ওইরদুনা শোক ১৯৫১ ইংগী সেপ্তেম্বর তাং ২৬ তা ইরাবতনা সংসার থাদোকখি। মাগী মাংবা নাইরবা হকচাংনা মাংগ্রবস্তু মিংচত্তি নুমিৎ থানা লৈরিমথৈ লৈহৌরগনি।

## ২। শ্রীতেনশুবম লম্ফেল
(নিংতম-লাম্মী)

শ্রীতেনশুবম লম্ফেল ইং শোক ১৯১৭ এপ্রিল তাং ১৬ তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীতেনশুবম অমু সিংহ অমসুং অপোকপগী মিংনা পেচিময়ুম নিংঙোল তেনশুবম ওংবী লতা দেবী কৌই।

**পোক্লফম লমদম ঃ**—তোপ ইরিল মপাল (তোপ খোংনাং মখোং) দা পোকই। মখোই মচিন মনাও ৭ পোকই। মুপা ৩ নুপী ৪ নি। লম্ফেলনা মচা নুপা অতোম্বনি।

**শিক্ষা ঃ**—শ্রীতেনশুবম লম্ফেল অসি ক্লাস টেন ফাওবা তমহৌই।

**থবক তৌবা ঃ**—লমফেল অসি মতম খরা তোপ মখা লৈকাই বালিকা এল, পি, স্কুলনা প্রাইভেট ওইরিঙৈদা হেড পণ্ডিত ওইরম্মী। স্কুল অসিনা গ্রান্ট ইন এড হেক ফংলকপদা ওজা ওইবগী থবক থাদোকখি।

**মুক্না কাঙজৈ ঃ**—লমফেল অসি মৈতৈগী মশান্না মুক্না, কাংজৈ, কাংনচিংবা শান্নরম্মী।

**রাজনীতিদা খোঙদাবা ঃ**—মশাগী চহি ২৩, ২৪ শুরকপা মতমদা রাজনীতি য়াওবা হৌখি। অহানবদা নিখিল মনিপুরী মহা সভাদা মনিপুরী নেতা ইরাবতকী লুচিং মখাদা অনিশুবদা শোক ১৯৩৯ ইং ডিসেম্বর ১২ দা মনিপুরগী নুপীলাল হৌরবা মতুংদা নেতা ইরাবতনা শেমখিবা, মনিপুর প্রজা সম্মেলনী কৌবা রাজনৈতিক দল অহুদসু য়াওদুনা অচৌবা শরুক য়াখি। খেবা মুৎথংনবা অন্দোলনদ (আইন অমান্য অন্দোলনদা) প্রসিডেন্ট মনিপুর ষ্টেট দরবার (ছোট সাহেব) না হাপ্পা অনি জেল পীখি, অমসুং লুপা ৫০'০০ জরিমানা তৌখি।

মথংদা ইং শোক ১৯৪২ সেকেণ্ড ৱারল ৱারদা আই, এন, এ, ( ইণ্ডিয়ান নেসনেল আর্মি ) দা জোইন্ট তৌদুনা ব্রিটিশ সরকারগী মাইয়োক্তা লাল তৌবা য়াওখি। মতম অদুগী মনিপুর সরকার (ব্রিটিশ) না ফাদুনা শোক ১৯৪৪ এপ্রিল তাং ১৪ দগী ইমফাল জেলদা থা অনি থম্লগা, শিলেট জেলদা এরোপ্লেন্না পুদুনা সেক্যুরিটি প্রিজনর এজ লোং এজ ৱার রিনেন্সতা শোক ১৯৪৬ ইং আগষ্ট তাং ১৬ ফাওবা থমখি।

য়ুম পানবাঃ—মশাগী চহি ৩৩ শুবা মতমদা য়ুম পানখি। য়াইখোম নিঙোল ভেনগুবম ওংবী ইবেম্নুংশি পাম্নদুনা মচা নুপা ৩ নিঙোল ৫ পোকখি।

সাহিত্যকার :— ১। মীত্রৈবাক্কী য়ুম্বানলোন লাইবা লাইরিক অমা ১৯৮১ দা ফোংলে। ২। চাবোকলোন লাইয়েং কোবা লাইরিক অমা ১৯৮২ ইং দা ফোংলে।

মনা-মথুম :—লম্ফেল অসি রাজনৈতিক বণ্ডী ( ব্রিটিশকী মাইয়োক্তা ) লৈরুবগীদমক ভারত সরকারনা শোক ১৯২৭ ইং আগষ্ট তাং ১৫ দা দিল্লীগী লাল কিলাদা প্রাইম মিনিষ্টর ( ইন্দিরা গান্ধী ) না তাম্রপত্রগা লোয়ননা পেন্সন লুপা চনি/চনি পীদুনা ফ্রিদম ফাইটর হায়বা মিংথোল পীখি। শোক ১৯৮০ ইং দগী আগষ্ট তাং ১৫ দগী লুপা চহুম/চহুম পেন্সন ফংখি। মসি ফেমিলি পেন্সননি।

লমকোয়বা :—ওল ইণ্ডিয়া ফ্রিদম ফাইটর এসোসিয়েশনগী কনফরেন্স কর্ণাটকা, মহীশুরদা ফম্না চৎপদা, বোম্বে, মদ্রাজ, কলিকতা বেঙ্গলোর, কৈনা কুমারীনচিংবা ষ্টেটশিংদা নুমিৎ ১০ নি ২০ নি লৈদুনা ষ্টেটশিং অসিগী দৃশ্য অমদি চৎনরোল য়েংশিল্লকই।

লাইয়েংবা :—মহাত্মা গান্ধীগী জন-সেবানা অথোইবা লাইনিংনি হায়বা পাউতাক মতুংইননা অনাবা লাইয়েংবগী থবক নেচর পেথি,

হোৎমিও পেথি, মৈতৈগী লাইয়েং, অঙাং পোকপনচিংবগী (অঙাং চিংনবা, নাওফম তাদবা) লাইয়েং তৌদুনা সমাজ সেবা তৌরকই।

**স্কুল লিংখৎপা :**—মসিদগী নত্তনা হাইস্কুল অমা তোপ খোংনাং মখোংদা লিংখৎখি। মমিং "লমফেল হায়স্কুল" কৌই। স্কুল অসিগী ফাউণ্ডর অমদি সেক্রেটরী লমফেল নি। হায়স্কুল অসিগী ফিদর ওইনবা মতম অদুগী (১৯৫৮ ইং) এম, ই, স্কুল ৪ এল, পি, স্কুল ৮ লিংখৎখি।

**রাজনীতিগী গুরু :**—মনিপুরগী নেতা ইরাবত, মীতৈ লাইনিংগী গুরু লাইনিংহন্ন নাওরিয়া ফুলো (কাছার ফাক্সিরবন্দ) চাবোক লোমগী গুরু শ্রীফাঙৌবম ইবোতোন ৱাংখৈ অসিনচিংবনি।

## ৩। শ্রীচোংথাম অচৌ সিংহ

(নট সঙ্কীর্তন)

শ্রীচোংথাম অচৌ সিংহ শকাব্দ ১৮৩৮ গী ইঙেল থাগী ২৮ নি পানবা শগোলশেন কুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা চোংথাম ৺কমল সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৺তোম্বী দেবী কৌই।

**পোক্লকম লমদম :**—শীংজমৈ ওক্রম লৈকাই ইমফালদনি। শ্রীসিংহ অহল লমন অনিগী তাংলবা মচানি।

**শিক্ষা :**—ইহান হানবদা মাওরেম লৈকাই এল, পি, স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মতাংগুবা ফাওবা তমখি।

**কলাবিদ্যা তম্বা :**—শ্রীসিংহ অসিনা লাইরিক তম্বদুদি গৌড়লীলা অমদি নটকী ঈশৈ তম্বা চৎপজনা হেন্না পুক্নিং চংলম্মী। মরম অদুনা

পিশক পিক্লিঙৈদগী লৈকাইগী গৌড়লীলা য়াওবতা নত্তুনা অতৈ লম-শিংদসু য়াওবা অমদি লীলা অসিগী মুপামচা পালা য়াওবা চৎলম্মী। মসিদগী মা মশামক্তী চহি ১৫/১৬ শুরকপা মতমদগীদি মুপা পালা অমদি শ্রাদ্ধ কর্ম্মমচিংবগী ঈশৈ শকপা চৎপা হৌথি।

**নট সঙ্কীর্ত্তন অমসুং সনাতন সঙ্গী কলাকার ঃ—** অসুম্বা ঈশৈরোমদা থোইদোক হেন্দোক্লা থবাই য়াওবা কলাকার অমা ওইথি। মীয়াম্না ওজা অসিবু নট সঙ্কীর্ত্তনগী কলাকার অমা ওইনা শক খংবিবতা নত্তুনা সনাতন সঙ্গী মতাংদসু য়াম্না শীংথানবিখি। মতম অতুগী সমাজদা পুং ঈশৈ শকপশিং মীয়াম্না য়াম্না ইকায় খুম্নরম্মী। হৌন লোনচৎ থংবা লৈবাক মচা তাবা মীনি হায়না লৌনরম্মী।

**চপ মান্নবা মীয়েং ঃ—** ওজা অসিগী মশাদা চাওথোকপা হায়বতু ইরৈমক লৈতে। কনা কনাগুম্বশিংনা শকপা ঈশৈদা পালা য়াওবা অমদি খোমদোন লংবা ফাওবা কবিসু চিংনখিদে। থোইদোক্লা ঐদি অহৈবনি মাদি হৈতবনি মাগুম্বনা শকপা ঈশৈদবু ঐগুম্বনা পালা য়াওবা হৌনব্রা হায়বা বাখলতু লৈতে। মীপুম খুদিংমকপু চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী।

মীয়াম্না ঈশৈ শকপা অমা ওইনা শকখংবিরকপদগী মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা নাম শোঞ্জবা তৎতনা ফংখি। অসিদসু নত্তুনা লম লমগী ঈশৈ ফাংনবা, রস ফাংনবা, তাল ফাংনবা-চিংবা কয়া য়াওখি।

**য়ুম পানবা ঃ—** ওজা অসিগী চহি ২৫ শুরকপা মতমদা ঙাংবম নিংঙোল ইবেতোন দেবীগা লোয়ননা য়ুমপানবদা খোংদামিন্নখি। অঙাং মুপা ৪ মুপী ৪ পোকখি।

**ওজা ওইবা ঃ—** ইংশোক ১৯৭২ দা লিংখৎখিবা তৌয্যাত্রিক কলা বিকাশ সংঘ নট কলেজ শীংজমৈগী ঈশৈগী ওজা ওইমা থবক তৌবা হৌখি। কলেজ অসিগী ঈশৈ গুরু অমা ওইনা মৈতৈ লোন্দা ঈশৈ কয়াসু লেংথোক্তুনা শিষ্য ময়ামদা তম্বীবা হৌখি।

**প্রিন্সিপাল ওইবা :** — অসুম্না মতম থরা লৈরগা কলেজ অসিগী হান্না প্রিন্সিপাল ওইবিরম্বা ওজা শ্রী নোংমৈকাপম ৺কলাচান্দ সিংহনা থ্ুপথ্রবদা কলেজ অসিগী অশিন অরাং কাংবুনা প্রিন্সিপাল ইংশোক ১৯৮০ দা হাপ্লীখি। কলেজ অসিগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরবা মতুংদা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ লেংথোক্নুনা ইংশোক ১৯৮১ গী য়াওশংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা মৈতৈ লোনগী হলি কৎখি।

**প্রমান পত্র :** — ইংশোক ১৯৭৩ গী ওক্টোবর তারিখ ১০ দগী নবেম্বর ১ ফাওবা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শিন্দুনা পাংথোকখিবা ৩ শুবা মৈতৈ লোনগী সঙ্কীর্ত্তন ঈশৈ ফাংনবগী থৌরমদা ঈশৈ হনবা অমা ওইনা শরুক য়াবা হৌখি। মসিদা প্রমান-পত্র অমা পীবিখি। ওজা অসিনা অনাবনা মরম ওইরদুনা ইংশোক ১৯৮১গী জুলাই তাং ২৮ দগী প্রিন্সিপালগী ফম থাদোকখি

**ওজা গুরুশিং :**— অহানবদা ওজা অসিনু গৌড়লীলা তম্বীরকখিবা ওজাশিংদি :—শ্রীশামুলাইলাৎপম ৺তোলমু শর্ম্মা অমসুং আজ্ঞা ৺ খোয়দোং শর্ম্মনি। অতুগা নট ঈশৈগী মতাংদনা : — অহানবা ওইনা অপোকপা ৺কমল সিংহনি। মথংদা শ্রী.শারোক থাইবম ওজা৺চুরা সিংহগী মফমদা অপোকপনা শিন্নবিদুনা তমখি। মথংদা শ্রীলাইময়ুম ৺ইবোমচা সিংহগী মফমদা অমুক তমখি।

## ৪। শ্রীলৈশাংথেম শেলুংবা সিংহ

(ৱারী লিবা)

শ্রীলৈশাংথেম শেলুংবা সিংহ শকাব্দ ১৮৩৩ গী মেরা থাগী কৃষ্ণ অষ্টমী নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীলৈশাংথেম ৺চাউতোন সিংহ অতুগা অপোকপগী মিংনা ইবেতোম্বী দেবী কৌই।

**পোক্লফম লমদম :** — হৈঙাং থাবম বস্তিদা পোকই।

**শিক্ষা :**— অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুল লাইরিক অহানবা তমলকই। মমৈথংদা শ্রীখৌদাম কুঞ্জ সিংহ খাবমদা লৈবা ওজাদা শিশুবোধ তমখি। মথংদা শ্রীরাইখোম তোয়াইমা সিংহ ছায়না কৌবা ওজাদা লাইরিক খিবগী মহৈ তমজরকখি। মতুনা মহাভারত, রামায়ণ, লক্ষ্মণ দ্বিগবিজয়, গীতা; চৈতন্য চরিতামৃতনচিংবা তমজখি।

**লাইরিক খিবা :**— য়াম্না নোনা নহা ওইনা লাইরিক খিবগী থবক তৌবা হৌখি। চহি ১২ রোম চংলকপদা লাইরিক খিবগী থবক অসি অরাংবা লাইরিক কান্দা থম্লগা খিবহু লাম্বা কংদতুনা ফিরুক মখুম মথক্তা থম্লগা খিরকখি।

**রারী লিবা :**— মমৈদা রারী লিবগী থৌরমদা অমুক খোং-দারকখি। লৈখিদ্রবা ওজা শ্রীলাইশ্রম গোকুল সিংহগী মফমদা চংজতুনা তমখি। হৌখিবা জাপান লালগী মতমদগী হৌনা ওসি ফাওবা রারী লিবগী সেবা অসি তৌরকখি।

**সমাজ সেবা :**— ওজা অসি হৌজিক মনিপুরগী পৌরানিক পরিষদকী সদস্য অমা ওইরি। ওজা অসি মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা রারী লিতুনা প্রজাগী সেবা তৌরি। কলাকার অসি অরাংলম মাইকৈ অশোমগী মীয়াম্না শকখংলবা কলাকার অমনি।

## ৫। শ্রীব্রহ্মচারীময়ুম চন্দ্রবদন শর্ম্মা

(পুং মৈরবা)

শ্রীব্রহ্মচারী ময়ুম চন্দ্রবদন শর্ম্মা ইংশোক ১৯১৬ তা পোকই। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা ব্রহ্মচারীময়ুম কলা শর্ম্মা। অমসুং অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী ব্রহ্মচারী ময়ুম ওংবী অমুরৈমা দেবী কৌই।

**পোক্নফম লমদম :**— খোংমন মংজিন মমাং ইম্ফালদনি। মচিন মনাও শর্ম্মা থারগা মরীনি, মচে অনিনি! পুন্না মখোয় ৬ (তরুক) পোকই।

**শিক্ষা ঃ** — মতম খরা সংস্কৃত তমখি।

**বাদ্য শিক্ষা ঃ** — মৈতৈ পুং চহি ৮ (নিপাল) লোম তমখি। মথংদা খোল চহি ৭ (তরেৎ) লোম তমখি। তবলা চহি ৪ (মরি) চুপ্পা তমখি।

**নৃত্য শিক্ষা ঃ** — মমৈথংদা চহি ৪ (মরি) লোম মনিপুরী জগোই তমখি। মতম খরা কীর্ত্তন ঈশৈসু তমখি।

**য়ুম পানবা ঃ** — চহি ২৫ চংলকপা মতমদা ব্রহ্মচারীময়ুম ওংবী মনিন্না দেবীগা লোয়ননা য়ুমপানবদা খোংদামিন্নখি। মচানুপা মরি, মুপী মঙা পোকখি।

**থবক তৌবা হৌবা ঃ** — ইংশোক ১৯৬৬ তা থবক তৌবা হৌখি।

**মনা ফংবা ঃ** — শোক ১৯৬২ দা মনিপুরী জগোইগী, শোক ১৯৬৪ দা ঈশৈগী মরমদা সার্টিফিকেট ফংখি।

শোক ১৯৫৫ দা গৌহাটি-বিহু সম্মিলন্দা পুং ফাংনবগী থৌরমদা অহানবা মনা ফংখি।

বাঙ্গলী শোক ১৩৬০ দা শ্রীগোবিন্দজীউ মন্দির নবদ্বীপকী সংস্কৃত পণ্ডিতশিংনা "মৃদঙ্গ বিশারদ" হায়বা উপাধি অমা পীখি।

**লম কোইবা ঃ** — বেঙ্গলগী অয়াম্বা মফমশিং, দিল্লি, আগ্রা, বৃন্দাবননচিংবা মফমশিংদা কোয়রুরে।

**সমাজ সেবা :—** মতম খরা রূপমহলগী কলাকার ওইরম্মী।

**সেবকশিং ঃ** — রাজকুমার থম্বৌসনা আজ্ঞা অসিগী ছাত্রনি। গুরুময়ুম খোমদোম্নাসু তবলাগী আজ্ঞা অসি সেবক ওইখি।

**ওজা গুরুশিং ঃ** — শ্রীহঞ্জবম সনাতোম্বা শর্ম্মা বিশারদ অসি শ্রীশর্ম্মাগী অহানবা তবলাগী ওজানি

**সংস্কৃত** — ব্রহ্মচারীময়ুম মদনমোহন শর্ম্মা অসি মাগী সংস্কৃত কী ওজা ওইখি।

৩। মৈতৈপুং — নিঙোম্বম লৈরেঙ্গাও সিংহদা মৈতৈপুং তমখি

৪। খোল : নোংমাইথেম শঙ্গাইনিংথৌ সিংহদা খোল তমখি। ভখেলচংবম রাশবিহারী শর্ম্মাদসু তমখি।

তবলা : — খোকচোম অঙৌ সিংহদা তবলা তমখি।

৬। মনিপুর জগোই—শ্রীগুরু অমুদোন শর্ম্মাদা জগোই তমখি।

৭। কীর্ত্তন—ওজা লাইশ্রম কুলবিধু সিংহ দা কীর্ত্তন ঈশৈ তমখি।

লৈখিদবা—তাং ২৪। ১২। ৮১ ইং দা নোঙ্গাপ্রে হায়না আকাশ-বানী ইম্ফালনা লাওথোকখি।

# ৬। শ্রীহিজম মকর সিংহ

( অইবা/সমাজ সেবক )

শ্রীহিজম মকর সিংহ ইং শোক ১৯১৭ দা পোকখি। মপোকপগী মিংনা ৺গুলামজাৎ অপোকপীগী মিংনা ৺আমিকাম্না কৌই। মচিন মপা মখোয় অনি পোকপগী মতুংদা শ্রীমকরনা অহনবি।

পোক্লফম লমদম —উরিপোক নাউরেমথোং ইম্ফালদনি।

শিক্ষা —উচ্চ প্রাইমারী ক্লাস ফোর পাস তৌরগা হাইস্কুল তম্নবা মী ৫০ থনবদা ৫১ দা লাকপদগী চূড়াচাঁদ হাইস্কুলদা তমখি। হাইস্কুল ক্লাস লোইরগা ১৯৩৯ দা স্কুল তম্বা তোকখি।

লম চৎপা —জীরীমুখ রেঞ্জ ওফিসতা আর, এস, ও ওইরম্বা মাতূলগী সেবাগীদমক চৎখি। ১৯৪০ ইং লোইবা ফাওবা জীরীদা লৈখি। জীরিদা মতম খরা লৈখিবা অতুনা বাঙ্গলা নিংখিনা ডাংবা ভস্বগী খুদোংচাবা ফংখি।

থবক তৌবা—হিংনবা থবক মচা অমগী লম্বী খিবদা পি, সি দাসগুপ্ত ডি, সি, আই, ও, গা উন্নহুনা এক, আই, বি ; ওফিসকী অহাংবা মকম অমগীদমক ইন্টরভিউ য়াওখি। লম্মাংদোং বাজার কাইবগী পাও মতেক অমা, ইংলিস, হিন্দী অমসুং বেঙ্গলী লোন্দা হন্দোক্লবা অইবা পরিক্ষা লৌখি। মহুদা শ্রীমকর সিংহবু এ, এস, আই, ওইনা খনখি। ইম্ফালদা মতেক ভাইহাক লৈরগা খাঙ্গা মোইরাং মাইকৈগী ওইনা ময়াং ইমফালদা লৈখি। থা ৪/৫ লৈরগা পোলিটিকেল এজেন্টনা লম্মাংদোং জানকী হায়বসি য়েক্লবগা খুংশমরে অহুনা থুনা ফাও হায়না চে অমা থারকখি।

তশেংনা জানকী হায়বসিদি হান্নদগী শ্রীসিংহনা মশক মুন্না খংবা থমোম মেম্বরগী মচানুপীনি। মাদি কৈজোম, ফুরিং, খোংউপ উপ্পুনা মুপাগী ফিজেৎতা শেৎপনা কনানসু মাবু নুপীনি হায়দে। লম্মাংদোং আদৈত্যাসি ময়াং ইম্ফালদা থৈবদগী নুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যা আরতিদা জানকীনা পুং য়ৈ। নোংমদি মাবু ফাহুনা পীথোকখ্রে, অহুগা নিংতমদবা বাখলদগী শ্রীসিংহনা থবক অসি রিজাইন তৌখি।

পুলিসতা চংবা—পুলিসকী ফম অমা ফংনবা হোৎনহুনা ইম্ফাল থানাদা এল, সি, গী ফমগীদমক পেরেদ ট্রেনিং য়াওখি। ট্রেনিং লোইরগা তলবকী মতাংদা ও, সি গা খৎনহুনা ওফিস কাখিদে। শ্রীসিংহনা পোলিটিকেল এজেন্টতা বাকৎলুবদগী মানা শ্রীসিংহবু রিক্রুটিং ওফিসারদা শিন্নহুনা মহিশুর ষ্টেটতা আর, আই, এ, এফতা গ্রাউণ্ড বার্ক পুলিস অমা ওইনা IND. No. 101013 দা মতম খরা লেনখি। ছুটি নুমিত্তা নোংমা তাউন কোইবদা লম্বীদা মথোং নামা মখুৎ নামা কক্লবা মুপা অমনা ঈশৈ মুংশিনা শক্লম্মী। লুপা অমা পিরগা ঈশৈ ভাইহাক তারগা মানা ফিবমসি য়োৗরবদা হিংনিংলিবসি করিগীনো খনবদগী "অমুতাপ" হায়বা শৈরেং অমা ইখি।

রা ভাংবা :—থবক লোইরহুনা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা লম্বীদা মতেক মতেক পোথায়কখি। "রাজা ভাত খাওয়া জংশন্দা" নোংমা

187 ড/Mani



শল হাংপগী মরিদা নৈনবা সভা অমদা শ্রীসিংহনা চেয়ারমেন্দগী মতম খরা নিহুনা মিনিট ৩ (অহুম) থক রা ঙাংখি। শল হাংপা খিংবা ফারোই মরমদি মসি অহাওবা পোৎনি, থিংগে হায়রবদি শলগা মাপ্পবা অহাওবা পোৎ অমা পুথোকপা তাই হায়বদা মীয়াম্না য়ামখি।

আমিন ট্রেনিং—অহাংবা মতম ফংবদা আমিন ট্রেনিং য়াওখি অমসুং য়াম্না ফজনা ট্রেনিং পাস তৌখি।

ভোলুণ্টিয়ার শেম্বা ঃ—লৈকাইগী নহারোল ময়াম খোমজিন্দুনা ভোলুন্টিয়ার পার্টি অমা লিংখৎখি। অঙাংশিবু লৌশিং চাউখৎনবা ম্বাহং কয়া নৈনহুনা কপনচিংবা মনা-মথুম পীখি। লোইনন। ময়াই কাবা পোৎ চাব', জুবার শাম্নবা থিংখি। লানগী ক্ষতিপূরন য়েনবা মতমদা খাইগা য়াইস্কুল খৎনহুনা অচৌবা আন্দোলন অমা থোকপদা N.V.P. না অকনবা মতেং পাংখি।

সঙ্কীর্ত্তন্দা নুপীনা করতাল পায়বা ঃ—নুপী কলাকারশিংনা সংকীর্ত্তন্দা করতাল পায়বা ১দি চোলোম তৌবা য়াদে হায়না ওজা নুপাশিংনা য়াম্না কন্না থিংহুনা কোর্ট য়োনা খৎনখি। করতাল পায়বা য়াই হায়বা অসিগী মরীদা রো খরা ঙাংবিয়ু হায়না শ্রীমানি সঙ্গীত মণ্ডল কমিটিনা শিল্লাংহুনা মিটিং অমা কাক কৈথেল আজ্ঞা ধন শর্ম্মাগী মাওবতা তৌখি। মিটিং অদুগী কনভেনর শ্রীযুক্ত কেঐচ, চন্দ্রশেখর সিংহনা ওইরম্মী। হায়রিবা মিটিং অসিদা শ্রীনিংথৌখম ইবোবী সিংহ, শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারীনচিংবা রা ঙাংলম্মী। শ্রীমকর সিংহসু নুপীনা করতল পায়বা ১দি চোলোম তৌবদা শাস্ত্রগী ওইনা অকায়বা অমত্তা লৈতে হায়না রা ঙাংখি। মমৈথংদা ম্বারেপ পাস তৌহুনা খবরশিংদা ফোংদোকখি।

আমিন ওইবা ঃ—নোংমা মিঃ পিয়ারসন প্রেসিডেন্ট মনিপুর ষ্টেট দরবারগী বাঙ্গলাদা চত্নুনা রারী খরা লিখি। মতাংদি ক্লেমস ওফিসকী আমিন্না ক্ষতিপূরন পিনবা য়ুম ওনবসি করিসু লৈত্রবা মরাক ময়ুং পুরিরগা এরিয়া পুথোকপতনি, অদুবু নোংমদা য়ুম অনিদগী হেনবা

ঙমদবসি করিগীনো হায়বদা প্রেসিডেন্ট মনিপুর ষ্টেট দরবারনা মাগী মমিং লৈফম ইশিলহৌরগা চৎলো হায়খি। মতুংদা আমিন অমা সসপেণ্ড তৌবদগী চে থারক্তুনা শ্রীমকর সিংহবু কৌত্নুনা হাপখি। মাগী থবক ফবা উবদগী প্রেসিডেন্টনা এবার্ড পীখি।

**গোল্ড মেডল ফংবা** —মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশননা শিল্লাংবা অখিল মনিপুর কলাকার সম্মেলন্দা "মতমগী থৌরাং" কৌবা লাইরিক অমা ইবগীদমক্তা গোল্ড মেডল অমা পীখি।

**এল, ডি, সি, ওইবা** ঃ—১৯৬১ ইংদা মন্ত্রী পুখ্রিদা লৈরবা মতমদা রিভিনিউ ডিপার্টমেণ্ট কী এল, ডি, সি অমা ওইখি। থবক অসি থাদোক্লগা সেটলমেণ্ট ওফিসকী পিটিশন রাইটর ওইখি।

**সমাজ সেবা** ঃ—ইং শোক ১৯৬৭ কলচরগী ওইবা সংস্থান অমা লিংখৎখি। সংস্থান অসিগী মমিং ইউনাইটেড নেটিভ কলচরেল কাউন্সিল ইন এক্সন ( UNCCA ) কৌই। সংস্থান অসিগী শ্রীসিংহনা এডমিনিষ্ট্রেটর ওইখি।

সংস্থান অসিনা মাইচৌ ডে ৬/৭ লক পাংথোকখ্রে।

**অইবা লাইরিক** ঃ—১ অঙাংগী মপী ২। শৈরেং অশাংপা

**ফোংদ্রিবা**—১। ৱারী অঙ্ক ২। মতমগী থৌরাং ৩। সাহিত্য চয়োম ৪। ৱারেং খুদাপ ৫। অথুনবা লিক্লাং অসিনচিংবা। অতৈ মেগাজিন্দা আর্টিকল থরাম্ন ফোংখ্রে।

**এম, পি লেপ্পা**ঃ—১৯৭২ ইংদা UNCCA না থাগত্নুনা লেপখি। তৌইগুম্বসুং কাবা ঙমখিদে; হৌজিক UNCCA গী এডমিনিষ্ট্রেটর ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। হৌজিক কলচরগী লাইরিক পাউথাং কৌবা অমা নম্লি।

# ৭। শ্রীনোংথোম্বম বলরাম সিংহ

( রারী লিবা )

শ্রীনোংথোম্বম বলরাম সিংহ অপোকপগী মিংনা শ্রীনিংথৌ সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা অঙৌবী দেবী কৌই।

শ্রীসিংগী অপোকপা শ্রীনিংথৌ অসি চীংমৈরোং অৱাং মাইকৈদা লাইরিক ছায়বা রারী লিবগী থৌরমদা থোইদোক্লা মীয়াম্না শকথংনখিবা মীওইনি।

শ্রীবলরাম সিংহ চীংমৈরোং অৱাং থাবমদা শকাব্দ ১৮৫৬, ফাইরেল থাগী ২৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা পোকই। য়াম্না নহা ওইরিঙৈ চহী ৪ শুরকপদা অপোকপী অঙৌবী দেবীনা সংসার থাদোক্লুনা মমা কায়নরবা মচা ওইবা মরম্না পি-পা শুনা নাউকোল্লকুবা পুন্সিগী মীওই ওইনা হৌরকখি। তেংবানবগী মপুগী নোংদমদি শোয়বা য়াদে মতাগুম অঙাং ওইনা অৱাবদা অৱাবা ছাপকৎপগী কোকথোং নহা ওইনা থৌদাং য়াররকখি।

চহী ১০ শুরকপদা মমা য়াওদনা নাউকোল্লকপা অপোকপসু নোংগাথরে। মরম অদুনা ময়াম্বা শ্রীনরসিংহনা নাউকোল্লকখি।

শিক্ষা ঃ — অঙাং ওইরিঙৈ চহী ৬/৭ শুরকপা মতমদা থাবম এল, পিদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মথং মথং ক্লাস ফোর ফাউবা তম্লগা মথা তানা লাইরিক তম্বা ঙমখিদে।

রারী লিবা তম্বা ঃ — মরম অদুনা অপোকপা অহলনা কৈরাক থারম্বা রারী লিবগী থবক থৌরম অসিদা থৱাই ম্বাওনা পামজবা রাথন্দা তাউরকপনা য়াম্না নহা ওইনা থাবম মনিং লৈকাইদা লৈরম্বা হৌজিক্লা চীংখু (পুথাও রোড) তা লৈবা ওজা শ্রীলৈশাংথেম শেলুং সিংহগী মফমদা রারী লিবগী ওজা বোরিজতুনা রারী লিবা তম্বা হৌখি।

লোয়নন্না মহাভারত, রামায়ণ, শ্রীমদ্ভাগবত, লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়-নচিংবা তমজরগা ৱারী লিবগী থোরমদা খোংদারকখি। মশাগী চহী ২২ শুরকপদদি মাগুবতা ফমহুনা ৱারীগী থোগল তৌজরকখি।

**ওজা অমুবদা ৱারী তম্বা ঃ—** অম্রুম্না লৈবাক্কী সেবা তৌনা তৌনা অহাংবা মতমদা খাবন ময়াই লৈকাইদা লৈবা শ্রীঙাইরাংবম অমুবা সিংহ ওজা অসিগী মফমদা ৱারী লিবা অমুক তমখি।

**অকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার ঃ—** ওজা অসি লৈবাক্না শক খঙবগা লোয়নন্না আকাশবানী ইম্ফালনা ওজাগী গুনবু শিংথানহুনা ওজা অসিবু অকাশবানী কলাকার অমা ওইনা লৌশিনবিহুনা সমাজগী সেবা তৌহল্লি।

## ৮। শ্রীতেলেম হেরামোৎ সিংহ

( ঈশৈ শকপা )

শকাব্দ ১৮৩৮ থৱান থাগী পুর্নিমা মতুং হুম্নি কোনবা (তাং ১৩। ৯। ১৯১৬) য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৭ মিনিট ১৬ তাবা মতমদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺চাওবা সিংহ অহুগা অপোকপীগী মমিংনা লৈহাওমনম দেবী কৌই। মাচিন মনাও অহুম গী মনুংদা শ্রীসিংহনা অহল্লি।

**পোক্লফম লমদম ঃ—** লাংথাবাল কুরা মথোংদনি। পনবা য়াই মহাক্কী মপাবুং ৺চাওবা সিংহ মতম অহুগী অফাওবা পাঙ্জি অমদি রাজনীতি পাম্ব মীশক অমনি।

**শিক্ষা ঃ—** মতম অহুদা মনিপুরদা হৌজিক্কুম্না লাইব্রিক হৈবা মশীঙ থোইদোক্লা য়াম্লমদে। মরম অহুনা ক্লাস আইট পাস হৈক

তৌবগা এল, পি, স্কুলগী ওজা অমা ওইনা তাং ৩০।৭।'৯৪৫ দা নিংথৌখোং এল, পি, স্কুলদা ওজা অমা ওইনা থাখি।

**লুহোংবা :—** মশাগী চহী ২৩ শুবদা লৈরিক দেবীগা লোয়ননা লুহোংদুনা য়ুম পানবগী থবক্তা খোঙদাখি।

**লাইরিক ইবা : —** ওজা অসি হোৎনবা কনবা অথাঙবা কনবা মুপা অমনি। ওজা অসিনা "অঙ্ক ময়োন' কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা ফেংখি। অঙ্ক ময়োন শিক্ষা বিভাগনা মতম অদুগী ক্লাস টুদা টেক্সবুক ওইনা তমহনখি।

**কলাবিদ্যা : —** শ্রীসিংহ এডুকেশনগী মাইকৈরোমদদা নত্তনা কলাবিদ্যাদসু থোইদোকনা থৱাই য়াওজরকই। ওজা ওইনা ওইনা অহাংবা মতমদা শ্রীসেরাম অমুবা সিংহ ওজা অসিগী মনাক্তা চত্তুনা তম্বা য়াবা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ তমখি। কলাবিদ্যা অসি পামজদুনা য়াউশঙগী, কাংগী ঝ্যলোনগী ঈশৈ কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মনিপুরগী মফম কয়াদা শক্তুনা মৈতৈলোনগী ঈশৈ শন্দোকখি।

**ঈশৈ হনবা : —** উরিপোক্কী মৈতৈলোনগী ঈশৈ ফাংনবা, ৱাংখৈ চিঙামথক অসিনচিংবা কয়াদা ঈশৈ হনবা অমা ওইনা প্রজাগী সেবা তৌখি।

**লম কোয়বা —** মনিপুর শিক্ষা বিভাগনা ইংশোক ১৯৫৭ তা মনিপুরগী ওজা ১৫ থক থনগত্তুনা মনিপুরগী মপান্দা লম য়েংনবা থাখি। মতুদা ওজা অসিসু শরুক য়াখি। পটনা, আগ্রা, মথুরা দিল্লি, বোম্বে, মধ্যপ্রদেশ, কলকতা ১দি শান্তিনিকেতননচিংবা মফমশিং য়েংখি।

**বেসিক ট্রেনিং :—**১৯৫৭ ইংদা ওজা অসি বেসিক ট্রেনিং য়াওদুনা সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি।

**পেন্সিন ফংবা—**ইং ১৯৭৪ দা (আগষ্ট থাদা) পেন্সিল লৌদুনা ওজাগী থবক্তগী লোথাখি।

**থোইদোকপা গুণ ঃ**—শ্রীওজা হেৱামোৎ অসি ধৰ্ম' লৈবা, মীয়ুংশি চাওবা, চন্না শেৎ-চাবা অমসুং নোঙ্লুকপা মীতানি। ময়াইকাবা পোৎচৈ শা, ঙা, চুরুপ, বিড়ী হিদাকনচিংবা চাদবা থক্তুবা মীশক্নী। ওজা অসি হৌজিক ঈশৈদা থঙ হৈবা মী অমা ওইরে। মৈতৈ লোন্দা ঈশৈ অয়াম্বা শক শোনবা ঙমলে। তাল, রস কয়া ফাংনবদা মহাক থক চিংখবা লৈতনা ঈশৈ হনবগী শরুক য়ারি। হৌজিক হৌজিক ফাওবদা ঈশৈ তমশিনবা তোকপা লৈত্রি।

**ঈশৈ অরিবা তম্বা ঃ**—ঈশৈ অরিবা হৈবা ওজাশিংগী মফমদা চত্তুনা তাল, রস কয়া তমলি। মরম অদুনা ওজা অসিগী হোৎনবা কনবনা মরম ওইরদুনা রাগপুরুষ তরুক্তা কোন্নবা রাগিনী কয়াসু ওজা অসিনা নিংথিনা ঈশৈ মশক থঙনা শকই। ওজা অ স হৌজিক সমাজনা শকথঙলবা হিরমসিগী কলাকার অমনি।

---

## ৯। শ্রীশৌগ্রাকপম চানবী সিংহ

( ঈশৈ শকপা )

শ্রীশৌগ্রাকপম চানবী সিংহ শোক ১৯৩৬ কী মেরাগী ৭ নি পানবা য়ুমশকৈশ মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীশৌগ্রাকপম ৺মেরা সিংহ অমসুং অপোকপীনা শৌগ্রাকপম ওংবী ৺ভাগ্যবতী দেবী কৌই। শ্রীসিংহগী মচিন মনাউ অদুমনি। নিংজোলনা অহলনি। পিবা অনিগী মনুংদা শ্রীচানবীনা অতোম্বনি।

**পোক্লফম লমদম ঃ**—শামুরৌ ময়াই লৈকাইদনি।

**শিক্ষা**—চহী ৫/৬ চংলকপা মতমদা লাইরিক তম্বা হৌখি। ইং-শোক ১৯৫০ দা মশাগী চহি ১৪ শুরকপা মতমদা ক্লাস সিক্স পাস তৌখি।

**কলাবিদ্যা তম্বা**—শ্রীচানবী অসি লাইব্রিক তম্না তম্না গৌড়লীলা মুপামচা পালা য়াওবা হৌরক্লম্মী। শ্রীযুম্নাম অঙাংজাও সিংহ, শামুরৌ, শ্রীঅবুজম ৺তোনহা, শ্রীইবোপিশক শর্ম্মা হাওরৈবী ওজাশিং অসিগী মফমদা চংজহুনা ঈশৈ তম্বদা অকনবা থৌদাং লৌবা হৌখি। ঈশৈ শকপা অমদি য়াওবগী বার্ত্তন অসি নোংম নোংমগী কুংশিল্লকপনা মরম ওইরহুনা স্কুলগী লাইব্রিক তম্বা তোকপা তাখি।

**ঈশৈ মখল কয়া তম্বা** :—শ্রীচানবী সিংহগী মশাগী চহি ২০মুক শুরকপা মতমদা ওজা শ্রীথাংঙেম্বম গুলাপী সিংহগী নফমদা গুরু বোরিহুনা নটকী ঈশৈ মখল মথেল কয়া তমখি। লোইননা গৌড়লীলানচিংবদা শুকৃতিগী ব্রাহ্মনগী পার্ট লৌবা, মধু, তীর্থবাসনচিংবা অমদি হি লানবগী পার্ট লৌহুনা মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা সমাজ সেবা তৌবা হৌরকখি।

**আকাশবানী গৌহাটি** :—শ্রীচানবী সিংহনা মনিপুরদ রেডিও ষ্টেশন লৈত্রিঙৈদা গৌহাটিদা চত্তুনা রেকোর্ড তৌখি।

**আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার** :—মতম অতুদগী হৌজিক ফাওবা রেডিওদা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ শক্লি। শ্রীসিংহ শোক ১৯৬৩ গী নবেম্বর থাদা ডিয়ং সোসিয়েল সার্ভিস ইউনিয়ন, শগোলবন্দ সঙ্গীত কলা বিভাগনা শিল্লাংহুনা পাংথোকখিবা মৈতৈলোনগী নটকী ঈশৈ ফাংনবদা শরুক য়াহুনা লাক্লি। লোয়ননা প্রমান পত্র ফংখি।

**য়ুম পানবা** :—শ্রী চানবী সিংহ ইংশোক ১৯৬৪ দা মশাগী চহী ২৮ শুরকপদা য়ুমলেম্বম নিংঙোল পিশক দেবী উরিপোক নাওরেম-থোংদা লৈবীগা লোয়ননা লুহোংহুনা য়ুমপানবগী থবক্তা খোংদাখি। মচাম্নুপা ২ পোকই।

**প্রমান-পত্র** :—শ্রীচানবী সিংহ শোক ১৯৬৯ দা ডাইরেক্তর জেনরেল ওফ সেক্যুরিটি গভর্নমেণ্ট ওফ মনিপুরনা শিল্লাংহুনা পাং-থোকখিবা থুবাক ঈশৈদা অচৌবা থৌদাং লৌহুনা শো উৎখিবগীদমক্তা প্রমান-পত্র অমা পীখি।

শোক ১৯৭০ দস্থু চহীগী ওইবা থুবাক ঈশৈগী শো অমুক হন্না উৎখি, লোইননা প্রমান পত্র অমস্থু ফংজখি।

**সমাজ সেবা ঃ—** শ্রীচানবী সিংহ তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সঙ্ঘ নট কলেজ অসিবু শোক ১৯৬৯ দগী হৌনবা হোৎনবদা অকনবা থৌদাং লৌহুনা কলেজ অসি লিংখৎখি। অস্থুম তৌহুনা শোক ১৯৭২ দগী কলেজ অসিবু লৈবাক্না অমদি মনিপুর সরকারনা থংবিখি। কলেজ অসিগী সেলেবস শেম্বা য়াওখি।

**সেমিনারদা শরুক য়াবা ঃ —** শ্রীচানবী সিংহ শোক ১৯৭৩ গী মার্চ থাদা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংহুনা মনিপুরগী রাগ অমস্থং তালগী সেমিনারদা শরুক য়াখি। রাগ কয়ামরুম শুর-লিপিগা লোইননা নোটেশন তৌহুনা পুথোকখি। শ্রীচানবী সিংহ শোক ১৯৭৩ গী তংখায় চল্লকপদা মনিপুর সাহিত্য পরিষদনা শিল্লাংহুনা পাংথোকখিবা মৈতৈলোনগী নট ঈশৈ ফাংনবগী থৌরমদা অকনবা থৌদাং লৌখিবগা লোয়ননা ঈশৈ শরুক য়াখিবগীদমক পরিষদনা প্রমান পত্র অমা পীখি।

শ্রী সিংহ অসি ১৯৭৩ গী লোইরমদাইদা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংহুনা বংদেশ ঈশৈগী রাগ রাগিনী অমদি তালনচিংবা কয়া মরুম নৈনবা সেমিনার অমা পাংথোকখি। মতুদা শ্রীসিংহ অসি চে পুথোকখি।

**পোষ্ট গ্রেজুয়েট তম্বা ঃ —** শ্রীচানবী সিংহ অসি শোক ১৯৭৫ দা জবাহরলাল নেহেরু ডান্স একাডেমিদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমখি। লোয়ননা ফেলোশিপ ফংখি। তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সঙ্ঘ নট কলেজদা এম, এ, লোইশিনখি।

**লমচৎপা ঃ --** শ্রী চানবী সিংহ শোক ১৯৭৬ তা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী লমজিং মথাদা মার্চ তাং ১৪ দা কাছাড়দা তাং ২০ দা শীঙ্গেরদা মৈতৈলোন ঈশৈ শকপা চৎলুই।

সার্টিফিকেট এৱার্ড :— শ্রীচানবী সিংহ শোক ১৯৭৭ তা তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সভ্ব নট কলেজনা শিল্পাংহুনা ৬ তুম্বা ফাউণ্ডেশন ভেমী মমক তাল ফাংনখিবদা শকক্ষ য়াখি। মতুমা সার্টিফিকেট এৱার্ড পীখি।

শ্রীচানবী সিংহ শোক ১৯৮১ ইংদা জবাহরলাল মনিপুরী ডান্স একাডেমীগী থৌদা মতুং ইন্না মনিপুর সঙ্কীর্ত্তনগী অরিবা অমসুং অনৌবা মওং অনিগী থেমবগী মরমদা নৈনবদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখি।

মপান্দা ঈশৈ শকপা :— শ্রীচানবী সিংহ অসি শোক ১৯৮১ জানুৱারী থাদা রাধাকুণ্ডদা নট পালাগী ঈশৈ শকলুই। মথংদা বৃন্দাবন্দা অমুকসু শকখি। মথংদা তাং ১৬ তা রবিন্দ্র শোদো হেলদা শ্রীচানবী অমসুং মাগী কাংবুনা লোইননা মথল মথেলগী শো উংখি।

তাং ১৯ জানুৱারীদা অমুক কলিকতাগী ষ্টার হোলদা অতোপ্পা ঈশৈগী শো অমা উংখি। তাং ২০ দা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী বাড়ীদা সঙ্কীর্ত্তন কংখি। তাং ২১ দা নবদ্বীপ্তা অনুপ্রভুগী মন্দিরদা সঙ্কীর্ত্তন কংখি।

শোক ১৯৮১ গী অক্টোবরগী তাং ১ দা অমুক কলিকতাদা চংখি। তাং ১৫ দা বোম্বেদা অমুক চত্তুনা হেক থুংবগা তাং ১৬ তা টাটা কম্পনীগী ষ্টৈডিয়মদা তান ১২ রেকোর্ড লৌরম্মী। তাং ১৭ তা বোম্বেগী হরে কৃষ্ণ হোলদা মথল মথেল শো উংখি। তাং ১৮ দা বোম্বেগী টেলিভিজনগী প্রোগ্রাম রেকোর্ড তৌখি। তাং ১৯ দা অমুক টাটা কম্পানীগী অতোপ্পা হোল অমদা শো উংখি। তাং ২২ দা দিল্লীগী হিন্দু কলেজদা শো মথল অমা তৌখি। তাং ২৩ দা দিল্লীগী ঝংকর হোলদা ডিমোনষ্ট্রেশন অমসু ঈশৈ করতাল চলননচিংবা উংখি। তাং ২৪ দা গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা (দিল্লীদা) দা শো তৌখি। তাং ২৬ তা বৃন্দাবনগী হরে কৃষ্ণগী জয়পুর মন্দিরদা শো তৌখি। নবেম্বরগী

তাং ওন্না কলিকাতাদা টেলিভিজন নেশনেল প্রোগ্রামশীদমক রেকোর্ড তৌখি।

শ্রীচান্দবী সিংহ হৌজিক মনিপুরগী মকম অয়াম্বদা নাম শোল্লি। মনিপুরগী শিংথানবা য়াৱবা কলাকারশিংগী মমুং অমনি।

---

## ১০। শ্রীচিঙাখম ইবোতোন সিংহ
### (তুহার)

শ্রীচিঙাখম ইবোতোন সিংহ শোক ১৯১৭ সেপতেম্বর থাদা :পাকই। অপোকপগী মমিং শ্রীচিঙাখম ৺চাওবা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিং তোনম্বা দেবী কৌই।

পোক্লফম লমদম :—থাবগাই লৈরক অচৌবদনি। মচিন মনাও অহুমগী য়াইমনি।

শিক্ষা :—ইবা পাবা নিংথিনা হৈ। মতম শাংনা স্কুলগী শিক্ষা ফংখিদে।

কলাবিদ্যা তম্বা:—অঙাং ওইরিঙৈদা শাপম ৺থম্বৌ মচা সিংহ ছায়না কৌবা ওজা অসিদা চংজহুনা ঈশৈ তম্বা হৌখি।

তুহার তম্বা—শোক ১৯৭২ দা তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাস সংঘ নট কলেজ লিংখৎলকপদগী সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ অমসুং তুহার চোলোম তম্বা হৌখি।

ডিপ্লোমা—শোক ১৯৮২ দা ডিপ্লোমাগী অরোইবা চহিগী পরিক্ষা পীহুনা নিংথিনা পাস তৌখি। আদি গুরুনা থুপওববদা শ্রীযুক্ত চোংথাম ওজা অচৌ সিংহ নট কলেজগী ওজাদা অমুক হন্না ঈশৈ বোরিহুনা তমখি।

য়ুম পানবা ঃ—মশাগী চহি ২০ চংলকপদা ইরেংবম নিঙোল অহনবী দেবীগা লোয়নমনা য়ুম পানবদা খোংদাখি। অঙাং নুপা ৩ নুপী ১ পোকই।

কলেজ অসিগী ওইবা সংস্কৃতিগী খোরমদা চুহার অমঃ ওইনা সমাজ সেবা তৌবি। শ্রীসিংহ অসি চুহার অমনা হৈবা য়াবা বিদ্যা খরা মখৈদি হৈরে অমসুং সেবা তৌবা ঙমজরে।

---

## ১১। শ্রীঙাঙোম তোমাল সিংহ

( ঈশৈ শকপা )

শ্রীঙাঙোম তোমাল সিংহ শোক ১৯২৪ মার্চ্চ থাদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা ৺অঙাংয়াইমা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৺কমলা দেবী কৌই।

পোক্রফম লমদমঃ—হৈরাংগোইথোং য়াংলেম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শ্রীসিংহগী অপোকপা অসি ঈশৈ নোংমাই তৌবা মীওই অমা ওইরম্মী। মরম অদুনা অপোকপগী গুন অদু মচানুপাদসু পক্লম্মী। শ্রীসিংহগী অপোকপীনা মচে অনিগা মাগা পোক্লম্মী।

শিক্ষা ঃ—ইবা পাবা খোকই। য়াম্না নিংখিনা লাইব্রিক তমহৌদ্রে। কলা বিদ্যা অসি য়াম্না পামজহনসু লৈঙ লাইরবনা মখম ওইরতুনা তম্বা ঙমখিদে।

নট কলেজগী ছাত্র ঃ—তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সঙ্ঘ নট কলেজ লিংখৎপদা কলেজ অসিদা মিং চন্দুনা চোংথাম ওজা অচৌ সিংহদা ঈশৈ তমখি। ১৯৮১ দা ডিপ্লোমা কোর্স তংখায় চনখি কলেজ অসিনা শিনবা শৈশক কয়াদা শরুক য়াখি। খুবাক ঈশৈ, হোলি, গৌড়গী

মসৃ তাদি কয়াগী থৈরনা শকক য়াখি। কলেজ লমিনা শিন্নুনা লোক ১৯৮২ গী মার্চ তাং ১ দগী তাং ৬ ফাওবা ফিজান মেন ১২ খাংনবদা ৫ শুবা তিনতান মেন শকখি।

য়ুমগী লানর ঃ—শ্রীতোমাল সিংহনা লোক ১৯৪৮ দা ময়াংলম্বম নিঙোল পঙ্কমী দেবীগা লোয়ননা লুহোংখি। মচানুপা ৭ নুপী ২ পোকই।

কলাবিদ্যাদা খোংথিবগী মবম ঃ—মনিপুরগী মতম খরা নাম শোনবগী মশীং য়াম্না বাতু্না শিবা নাবা অমদি দশ কর্ম্মগী থৌরম কয়াদা সঙ্কীর্তন য়াওদবা তারকপা খোংফম অমা লাকপদগী হিরম অসিদা খোংদাখিবনি। মরু ওইনা হায়রবদা সমাজ সেবা পামজবদগী-নিসু হায়বা য়াই।

সমাজ সেবা ঃ—কঙ্গ্রেসকী কর্ম্মী অমা ওইনা আন্দোলন কয়াদা শকক য়াখি। স্কুল কলেজ শাবদা অঙম্বা দান তৌবগা পাঙ্গমা নোমঙ্গনা দান তৌখি। শিংথানবা তারবদা হৈরাংগোইথোং গার্লস স্কুল অমসুং ক্লব শাবদা থবক শুবা য়াওখি।

# ১২। শ্রীলৈশাংথেম ইবোতোন সিংহ

## ( ঈশৈ শকপা )

শ্রীলৈশাংথেম ইবোতোন সিংহ শকাব্দ ১৮৩৪ কালেন থাগী ৫নি পানবদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা শ্রীলৈশাংথেম বোকুল সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা ৺কোন্দোন দেবী কৌই।

পোকফম অমদম ঃ—কাকৈথেল লোকচোম লৈকাই ইম্ফালদনি। শ্রীসিংহ অসি মচে অমদি মচল অনিগী মরক্তা মা মথম্মা য়াওই।

কলাবিদ্যা তম্বা ঃ—শ্রীসিংহকী ওজাগী মিংদি শ্রীলৈশাংথেম বোকুল সিংহ কৌই।

**য়ুম পানবা :**—মশাগী চহি ২১ শুরকপা মতমদা চাওবীয়াইমা দেবীগা লোয়ননা য়ুম পানবগী থবক্তা খোংদামিল্লখি। মচাম্লুপা পোক্তে। য়াম্না তাঙনা মচাম্লুপী অমা পোকই।

মশাগী চহি ৭ শুরকপা মতমদা ঈশ্বর তম্বা হৌথি। গৌড়লীলা শললেনবা অসিনচিংবা নহা ওইরিঙৈদা য়াওরকই।

**মপান্দা ওজা ওইবা :**—ওজা অসিগী মশাগী চহি ৫০ শুরকপা মতমদা হোজাইদা চহি ১৩ বোম ওজা ওইদুনা লেনখি।

**সনা মথুম :**—মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ওজা অসিদা প্রমান পত্র অমা পীবিখি। ওজা অসিগী অপোকপী লৈখিদবদগী হোজাই থংদোকপা তাখি। ওজা অসিনা হোজাইদা চৎপা পামজরবস্তু ফিবমনা য়াদত্তুনা চৎখিদে। হৌজিক ক্বাকৈলেংদা লৈরে। ওজাগী মরল (কোর্বেক্ক-চিংবা) হোজাইদা লৈহৌরি হায়না ওজা অসিনা তাকপিরকখি।

## ১৩। শ্রীথোঙাম গোকুলচাঁদ সিংহ
### ( ছুংগ'র )

শ্রী থাঙাম গোকুলচান্দ সিংহ শোক ১৯১৭ কী ফেব্রুৱারী থাদা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রী থাঙাম ৮মুক্তা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা মিকোয় দেবী কৌই।

**পোক্লক্ষম লমদম :**—বাশিখোংদনি। হৌজিক থোংজু পার্ট টুদা লৈবি। মচিন মনাউ ৬ পোকই। মুপা অহুম মুপী অহুমনি। শ্রীসিংহনা য়াইমনি।

**শিক্ষা :**—ইবা পাবা 'নিংথিনা থোকই। য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা কলাবিদ্যা অসি পামখি। লৈত-লাইরবনা মরম ওইবদুনা শিনকম অসিদা মতম চানা মায় ওনশিনবা ঙমখিদে।

**কলাবিদ্যাদা খোংদাবা**—ঈশ্বরগী নাম শোন্নবা সঙ্কীর্ত্তন কংপা ভজন ১দি কীর্ত্তন পামজবনা মরম ওইরদুনা কলাবিদ্যা অসি তমখিবনি। অকাওবা ঈশৈ শকপা অমা ওইদুনা শিনফম অদুনা হিংবন্দু পামখিদে। শ্রীসিংহ অসিনা থোংজুদা লৈবা ঈশৈ শকপা ওজা শ্রীনিঙোম্বম হৈতোন সিংহদা চংজদুনা ঈশৈ তমখি।

**নট কলেজগী ছাত্র**—শোক ১৯৭২ দা তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাস সঙ্ঘ নট কলেজ লিংখৎলবদা কলেজ অসিদা নি, চন্দ্রনা শ্রীচাওথাম ওজা অচৌ সিংহদা ঈশৈ তমথখি।

**ডুহার ঈশৈ ফাংনবা**—থাংজু, আরাপতি, নাহৈব কপম লৈকাই অমসুং ক্যামগৈদা ঈশৈ ফাওনবদা ডুহার ওইখি। ঈশৈ শকপা অমা ওইনা শকক য়াবদগী ডুহার অমা ওইবনা মশী হেল্লি। শোক ১৯৮২গী মার্চ্চ থাদা তিল্লাল মেল ফাংনবগী থৌরম অসি তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাসনা শিনখি। মদুদা ৬ শুবা তিল্লাল মেলগী ডুহার চংখি। ডুহাব অমা ওইবা য়াবগী গুন ফাওবদি লৈবে।

**যুম পানবা**—১৯৫১ ই দা অশেম নিঙে না মোইবাংতোন দেবীগা লোইননা যুমপানবগী থবক্তা খোদাখি। মচানুপা অমা নুপী অনি পোকই।

শ্রীসিংহ অসি হৌজিক ফাওবা ঈশৈ তম্বা লেপত্রি। অনৌ অনৌবা বারী বাখোং কয়া তত্তনা থিজিল্লি।

## ১৪। শ্রীবাহেংবম যুগেশ্বর সিংহ

( মেজিকসিয়ান )

শ্রীবাহেংবম যুগেশ্বর সিংহ ইংশোক ১৯১১ গী ওক্টোবর তাং ১৭ (লাংবনগী ৯ নি পানবা) ঈরাই নুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা

শ্রীরাজকুমার ৺ চন্দ্রবদন সিংহ কৌই অদুগা অপোকপীগী মিংনা চিংঙাখম নিংথৌজা রাজকুমার ওংবী ৺তোম্বী দেবী কৌই। অপোকপা ৺চন্দ্রবদন সিংহ অসি মতম অদুগী পুং য়ৈবা অমদি অনি কল্পগী লাইরিক হায়বা মীওই ওইরম্মী। মচিল মনাও মঙাগী মসুংদা ওজা অসিনা ইতোন তোনবনি। ওজানা চহি ৫ শুরকপা মতমদা অপোকপা লৈখিদ্রে।

শিক্ষা ঃ—চহী ৬ শুরকপা মতমদা মচে অতোম্বীনা শিক্ষাগী মঙাল পিবা হৌখি। চহী ৭ শুরকপা মতমদা এলাংবম লৈকাইদা লৈবা "নিম্ন প্রাইমারী স্কুলদা" লাইরিক তম্বা হৌখি। মথুবীনা যোকপা লাইরবা ওইবনা মরিশুবা পরিক্ষা পিরগা শ্রীসিংহগী চহী ১০ শুরকপা মতমদা স্কুল থাদোকখি। অদুবু মাগী মহৈ তম্মিংবগী মতৌ উবদা সেগা বোডতা লৈবা শ্রীঅরাম্বম ৺রিধু কৌবা ওজানা বাঙ্গলা ভাষা অমসুং ইংরাজীনচিংবা কয়া তম্বীদুনা হৈখি।

মেজিক পাম্বা হৌখিবা—শ্রীসিংহনা নোংমা যাত্রারাগী "রামলীলা" অমা য়েংখি। লীলা অদুদা শ্রীযুক্ত ঙাংবম ৺ উধব সিংহ কৌবা উরিপোক খাইদেম লৈকাইদা লৈবা ওজা অমনা মেজিকী কুম্মৈ খরা উৎপা উরুবদগী শ্রীসিংহগী থমোইদা মেজিকপু হৈনি বগী ইচ্ছা অমা থাওরকখি।

মেজিক তম্বা হৌখিবা—ইং।শাক ১৯২২দা শ্রীসিংহগী চহী ১১ শুরকপা মতমদা কৈশামথোংদা লৈবা শ্রীযুক্ত নোংথাইথেম ৺গৌরহরি কৌবা ওজা অমদা ইতান হাম্না মেজিক তম্বা হৌখি। মসিদা পেনবা ঙমদ্রবদুনা শোক ১৯২৬ তা শ্রীওজা গৌরহরি সিংহনা লমজিংবিদুনা কুঞ্জিকটাদা লৈবা মতম অদুগী অফাওবা মেজিকসিয়ান শ্রীগনপতিগী মখুমদা মেজিক তম্বা চৎলি। অদুবু মেজিকসিবান গনপতি অমেরিকাদা চৎখিরদুনদগী মহাক্কী শিষ্য শ্রীশম্ভোস কুমার রায়দা অযাম্বা মেজিককী শরুক তমলকখি। মফম অদুদগী মেজিক্কী খুৎশু-খুৎলাই কয়া লৌরক্লুনা মনিপুরদা অমুক হল্লকখি।

য়ুম পানবা—ইংশোক ১৯২৯ দা শ্রীসিংহগী চহি ২৮ শুরকপা মতমদা য়ুরানবগী লমীদা খোংদাখি। হায়রিবা চহি অসিমক্তদা য়ুম থাদোক্তুনা লম চৎপা হৌখি।

লম কোয়বা ঃ—ব্রহ্মাদেশতা চত্তুনা মংশা, শনচোক, হুমলেং, নোবোং, মেঙ্গাই, শানশি, এনডোজি, নামোল, হোপিল, মিচিনা, মণ্ডলেনচিংবা মফম কয়াদা থা ৬ চুপ্পা মফমশিং অসিদা মেজিক উৎখি। ব্রহ্মাদেশতগী হল্লক্লগা ইং শোক ১৯৪২ দা অনিশুবা লাম্লাও থোলক্তুনা হায়রিবা পার্টিশিং অসি কায়নখি।

গোল্ডন সর্কস মনিপুর লিংখৎপা ঃ—ই. শোক ১৯৪৪ দা শ্রীযুক্ত থোঙ্গ্রাম হরিদাস সিংহনা প্রোপাইটর না "গোল্ডন সর্কস মনিপুর" অমুক নৌনা লিংখৎখি। চহি অসিমক্তদা বৃটিশ সবকারনা ডি, সি ওফিস (অরাং বি, ও, সি) দা কে বিত্নুনা ডিসেম্বর তাং ২৫/১৯৪৪ বড়দিন নুমিত্তা "ইষ্টর্ন ফ্রন্টিয়াব সর্কস" হায়না মিংথোল পীবিত্নুনা অচৌবা শো অমা উৎখি। মসিগী মতুংদস্যু অমুক হন্না অসাম অমস্যুং মনিপুরগী মফম কয়াদা মেজিক অমস্যুং সর্কস শো কযা উৎখি। শ্রীসিংহনা য়ুমলিংদবা কোযনা চৎপা মী ওইবদগী অহানবা মুপী কায়নখি।

লুহোংবা —শোক ১৯৫১ দা শ্রীসিংহগী চহী ৩০ শুরকপা মতমদা হৌজিক লৈমিন্নরিবা এলাংবম লৈকাইদগী নিংথৌজম নিঙোল থম্বালশংবী দেবীগা লোয়নবা লুহোংখি। মচামুপা ১ মুপী ৪ পোকই।

মেজিক অমস্যুং কলাবিত্তাগী সংস্থান শেম্বা ঃ—শ্রীসিংহগী বাথল অসি হনবা ইরৈ লৈতে। মতম থন্না লৈবগা শ্রীমতি বাঙ্গোই-চাওবী, জপান তোম্নু (লালবাপু শর্ম্মা) 'বলদেব শর্ম্মা', চন্দ্রবদন শর্ম্মা থম্বালমনি, পিশক শখিনচিংবা মেজিক, জগোই, ঈশৈ ড্রামাগী সংস্থান অমা শেমত্নুনা "নিমাই সন্ন্যাস, "নৌকাবিলাস" নচিংবা বাঙ্গলা লোন্দা শান্নবা লীলা কয়াদা শ্রীসিংহনা যোগাইনচিংবা পার্ট লৌত্নুনা লম কয়া অমুক চৎখি।

শ্রীযুগেশ্বর সিংহ মেজিকতা খরাই য়াওবদা নত্তনা ঈশৈ, জগোই অমসুং লীলা। ড্রামানচি বদসু খরাই য়াওবা মীশক অমনি। মহাক্না হেক উনবা তাক্নবা কুমৈ খুদিংমক মশা মতোমত্তা তুপ্না চাবা কাওথোক্নবা হৈনববা হোৎনরমই। মহাক ভারত ১মসুং ব্রহ্মাদেশকী তোঙান তোঙানবা লোল কয়ামু নিংথিনা লোনবা ঙম্মী। শ্রীসিংহ অসি ঈশ্বরবু থাজবা মীশক অমনি।

দান তৌবা ঃ—শ্রীসিংহনা আসামগী খোঙচন্তা শিবসাগরগী "শিব মন্দিরগী মরম্মত তৌনবা" লুপা ৬০০'০০ (চাতরুক) দান তৌরম্মী।

ওরিয়েণ্টেল সর্কস আসাম ঃ—অসিগী মতুংদা অমুক কাংলুপ খরা পুনশিন্দুনা "ওরিয়েণ্টেল সর্কস আসাম" হায়না মমিং থোন্দুনা সংস্থান অমা শেমদুনা মেজিক অমসুং সর্কসপু ভারতকী মফম কয়াদা উৎখি। ইং শোক ১৯৫৫ দা আসামগী চান্দমিয়া, কমলা, একোনি, বিরেন বাবু অমসুং শঙ্করনচিংবগা লোয়ননা সর্কস কী মচৈ মপোৎকা লোয়ননা ওজা অসিনা কৈ অনি পুদুনা মনিপুরদা হল্লকখি। ওজা অসিগী মচা পুম্নমক মেজিক, সর্কস অমসুং জগোই ঈশৈদা খরাই য়াওরম্মী।

থবক তৌবা :—ইং শোক ১৯৬২ দা মনিপুব ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট ডিপার্টমেণ্টতা থবক তৌবা হৌখি।

কংলৈপাক ভেরাইটি এণ্ড মেজিক এসোসিয়েশন লিংখৎপাঃ—ইং শোক ১৯৮০ গী সেপটেম্বরগী তাং ২২ (বামনজন্ম) নোংমাইজিং সুমিত্তা শ্রীচাওবা কংলৈচানা মনিপুরগী মফম কয়াদা লৈবা মেজিক সর্কস অমদি অতৈ অতোপ্পা হিরম্শিংদা থঙহৈরবা নহারোল অহললোন কয়া মকম কৌদুনা ভরিপোক পোলেম লৈকাইদা মনিপুর পুম্বগী ওইবা "কংলৈপাক ভেরাইটি এণ্ড মেজিক এসোসিয়েশন" হায়না কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎখি। শ্রীসিংহনা সংস্থান অসিগী প্রেসিডেণ্ট ওইখি।

রেজিষ্টার তৌবা :--হায়রিবা সংস্থান অসি রেজিষ্টার তৌখি। সংস্থান অসিনা মাংখিগদৌরবা মেজিকনচিংবা বিদ্যাশিং অসিবু কয়নবা

হোৎনরি। অহানবা মেজিক কম্পিটিশন ১৯৮০/৮১ দা ওজা অসিবু গেষ্ট মেজিকসিয়ান ওইহনখি। চিফ গেষ্ট ইরেংবম তোমপোক সিংহ ( শিক্ষা মন্ত্রী ) না ওইবিখি। মন্ত্রীনা সংস্থান অসিবু থৌগৎপিবা ওইনা লুপা ২০০/- ( চনি ) দান তৌবিখি।

হৌজিক ওজা অসিগী চহি ৭৩ শুবকনে। হৌজিক কৈশামথোং মনিং লোংজম লৈকাইদা লৈরি। ওজাগী হকচাং ফরি।

## ১৫। শ্রীকোংখাম মধু সিংহ
### ( ঈশৈ শকপা )

শ্রীকোংখাম মধু সিংহ ইং শোক ১৯০৪ দা পোকই। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মমিং শ্রী.কাংখাম ৺খোদোন সিংহ অমসুং শ্রীমতি কোংখাম ওংবী ৺পেমতোন দেবী কৌই। মচিন মনাউ ৪ পোকই।

পোক্লফম লমদম ঃ—লাংথবাল মন্ত্রীখোংদনি।

শিক্ষা ঃ—ক্লাস বান ফাওবা তমখি।

য়ুম পানবা ঃ—মশাগী চহি ২১ শুরকপা মতমদা য়ুম পানবগী লম্বীদা থো দাখি। শ্রীমতিগী মমিংনা থম্বাল দেবী কৌই। মচামুপা মুপী ১২ পোকই।

থবক তৌবা হৌবা ঃ—ইং শোক ১৯৭৮ দা তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সঙ্ঘ নট কলেজগী ঈশৈগী গুরু অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

প্রিন্সিপাল ইনাচার্জঃ—হৌজিক তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সঙ্ঘ নট কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরি।

মনা-মথুম—বোধচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা স্না খুজি খামেনচৎপা ফংখি।

গুরুশিং—শ্রীযুক্ত ওইনাম গোপাল সিংহ সাং হৈয়াংগোই থোং মখা ওইনাম লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিদা আদি গুরু ওইখি। মথংদা শ্রীযুক্ত চোংথাম ওজা চাওবা সিংহ ( লৈবাক্লা থংনবা মিংনা চোংথাম বেঙ্গুল হায়না থংনবা ) সাং চৗংঙা মথক থোকচোম লৈকাইদা লৈবা ওজাদা চংজখি। মথংদা লাইময়ুম ওজা ইবোতোন শর্ম্মা সাং শীংজমৈ মখাদা থোংঙাম লৈকাইদা লৈবদা খনজখি।

ওজাগী হকচাং ফরি।

## ১৬। শ্রীঅবুজম চাওবা সিংহ

### (ঢুহার)

শ্রীঅবুজম চাওবা সিংহ ইং শোক ১৯২০ দা হিয়াঙ্গৈ থাগী নিনি পানবা মুমিংতা ( শকাব্দ ১৯৭২ ) পোকই। মচিন মনাউ মাপল পোকই।

পোক্লফম লমদম ঃ—শামুরৌ বস্তিদনি।

শিক্ষাঃ—মতমগী মতুং ইন্না মশাগী চহি, বিদ্যা তম্বগী মতাংদা পুং ঈশৈ তম্বা বিদ্যাদা খোংদাখি। শিক্ষাদি ক্লাস থান্দগী হেন্না মখা চথবা ঙমখিদে।

ঢুহার—ওজা গুরুশিং থঞ্জদুনা ঢুহার নিংথিনা তমখি।

য়ুমপানবা ঃ—ইং শোক ১৯৪৭ মশাগী চহি ২৭ গুরকপা মতমদা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোংদাখি। শ্রীমতিগী মমিংনা অবুজম ওংবী কমল দেবী কৌই। মচা মুপা অমা পোকই।

থবক তৌবা—ইং শোক ১৯৭৮ দা তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাস সঙ্ঘ নট কলেজদা ঢুহারগী গুরু ওইনা থবক তৌখি।

**অকোংবা লাইরিক**—"শৈতে পালা চোলোম অহানবা" কৌবা লাইরিক অমা কোংথে। হৌজিক অতোপ্পা লাইরিক অমত্তু ইরি।

**মনা-মথুম**—শ্রীযুক্ত মহারাজ বুধচন্দ্র সিংহগী স্না হাক্তকা মহারাজগী য়াথং মতুং ইননা শেলুংফম হাপপিত্তুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ঈশৈ শকপদা চহি খুদিংগী তুহার চপৎগী থৌদাং য়াথি; লোইননা স্না খুঞ্জ তান্নচিংবা ফংখি। হৌজিক হৌজিক সমাজদা তুহারগী থৌদাং য়াত্তুনা সমাজ সেবা তৌবি।

**গুরুশিং**—আদি গুরুদি শ্রীযুক্ত খোংজাম অঙাংহল সিংহ সাং কোকচাইদা লৈবা ওজাদা ওইজরকই। শ্রীযুক্ত খুন্দোংমযুম চাওবা সিংহ শেলুংফম চুড়াচান্দ মহারাজগী স্না হাক্তক অমদি শ্রীযুক্ত মহারাজ বোধচন্দ্রগী স্না হাক্তক ফাওবা ওইখিবা ওজাদা মথংদা খগ্গহৌই। অহুম-শুবা শ্রীযুক্ত শরাংথেম গুলামজাং সিংহ চুড়াচান্দ মহারাজ অমদি বোধচন্দ্রগী স্না হাক্তক ফাওবা পালা যাইমগী তুহার ওইখিবা ওজাদা খগ্গহৌই। অসুম তৌনা ওজাশিং অসিগী কৃপাদগী হৌজিক সমাজদা তুহার ওইনা সেবা চংচরি।

## ১৭। শ্রীকোংখাম থোইবা সিংহ

( পু. য়ৈবা )

শ্রীকোংখাম থোইবা সিংহ ইং শোক ১৯২২ গী নবেম্বর তাং ১৯দা পোকই। অপোকপগী মমিং শ্রী কোংখাম মধু সিংহ অমসুং অপোকপী শ্রীমতি কোংখাম ওংবী ইথেমনী দেবী কৌই। পোকমিন্নবা মচিন মনাও মরীনি।

**পোকফম লমদম**:—লাংথবাল মন্ত্রীখোংদা পোকই।

শিক্ষা ঃ—ক্লাস সেভেননি। লাইবক থিবদগী থথা চথবা ভমথিদে।

কলা বিদ্যা ( বাদ্য )—পোষ্ট গ্রেজুয়েট ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি।

য়ুম পানবা—মশাগী চহি ৩১ শুমকপা মতমদা য়ুমপানবগী লম্বীদা খোংদাবা হৌখি। শ্রীমতি অসি চহি খরা লৈমিন্নরম্লগা ইং ১৯৬৬তা সংসার থাদোকখি। মরম অতুনা য়ুমপানবগী লম্বীদা অমুক নৌনা শ্রীমতি মেম্মো দেবীগা খোংদাথিন্নখি।

থবক তৌবা—তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাশ সঙ্ঘ নট কলেজগী পুংগী নোটেশনগী ওজা ওইনা ১৯৭৮দা থবক তৌবা হৌখি।

লাইরিক ইবা—তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাস সঙ্ঘ নট কলেজগী ডিপ্লোমা কোর্সকী ৪শুবা চহিদা তমবা পুংলোন লাইরিক নোটেশনগা কোন্নবা হৌজিক তৌজিক ছাপা নমলি।

মনা-মথুং—বোধচন্দ্র মহারাজগী সনা চাক্কক্তা থুজি তাল, খামেন-চৎপনচিংবা ফংখি। অতৈ অতৈ অতোপ্পা সংস্থানগী ছায়বদি উরিষ্যা ষ্টেটনচিংবগী মনা-মথুম ফংখি।

লম-চৎপা—দিল্লী, বোম্বে, কলিকতা অমসুং উরিষ্যানচিংবা মফমদা চৎলুরে।

মখাদা ইরিবা গুরুশিং অসিদা থগৎখি।

১। আদি গুরু—শ্রীযুক্ত থিংবাইজম ওজা লক্ষন সিংহ সাং মাইবম লৈকাই হৈরাংগোইথোং।

২। শ্রীযুক্ত নাওরেম ওজা ৺খগেন্দ্র সিংহ গোবিন্দজীগী পালা অহনবী হঞ্জবা জয় পত্র ফংবা সাং চিংঙা মখাদনি।

৩। শ্রীযুক্ত লৈচোনবম ৺কাইবেং সিংহ জয় পত্র ডান্স একাডেমীগী ওজা ওইরিবা সাং থাংমৈবন্দ ইম্ফাল।

৪। শ্রীযুক্ত লোংজম ওজা গোপাল সিংহ সাং কৈশামথোং লোংজম লৈকাই ইম্ফাল।

## ১৮। নিংথৌ মচা মনিয়া

( সমাজ সেবক )

নিংথৌ মচা মনিয়া শকাব্দ ১৮৩৬ লাংবন থাগী ১০ নি পানবা নোংমাইজিং মুনিয়া পোকখি। অপোকপগী মিংনা মাজাওবা অনমুং অপোকপীগী মিংনা তোম্বীশিজ কৌই। পোকনিঙবা মচিন মনাও ১২ নি। মুপা ৩ মুপী ৯ নি।

পোক্কফম লমদম :—লাইনিংথৌ থাগেম্বগী মা কোয়ুং ওইরম্বা "কৈমুং মাইবম লৈকাইদনি।"

শিক্ষ,—অৱাংবা থাক্কী মহৈ ফংখিদে। ইবা পাবা নিংথিনা হৈবা মীশকনি।

যুম পানবা : —মশাগী চহি ১৯ শুরকপা মতমদা যুম পানংগী লম্বীদা খোংদাখি। মাখ্যা অসিগী তালোই ৭ নি। মরীদি মচা পোকখিরে। মচা ২১ পোকই।

থাং-তা—মৈতৈ লৈবাক্কী লেমজনিংঙাই ওইরবা মৈতৈ হুযেল ক'লোঙ থাং-তাদা নিংথিনা খংবা হৈবা মীশক অমা ওইখি। মহৈ অসি অঙাং ওইরিঙৈদা মপাবুংনা তম্বীখিবনি।

অন্দোলনদা শরুক য়াবা—ইং ১৯৫৪ দা মনিপুরদা এডভাইজরি কাউন্সিল লৈবক্লবদা প্রজা সোসিএলিষ্ট পার্টিনা ষ্টেট হুড অন্দোলনদা শরুক য়াখি। মতুগী ফলনা কৈশুম শঙদা মতম কয়ামরুম অবাবা খাংবা তাখি। মতুংদা এবজিবুাটিভ মেম্বর ওইনা তাং ৭। ২। ৫৫ ইংদা মিং চন্দুনা প্রজাগী অকন্নবা থবক তৌখি।

রাজ কুমার এসোসিয়েসন লিংখৎপা—ইং শোক ১৯৫৪ দা "ওল মনিপুরী রাজ কুমার এসোসিএসন" লিংখৎপদা অকনবা থৌদাং লৌখি। এসোসিয়েশন অসিনা মাংথহক্লবা মৈতৈগী কষ্টম কলচর, পোন

অমদি ময়েকী অকনবা থৌদাং লৌদুনা মতম মতমগী ওইবা চেকোংশিং অনৌবা সমাজ, মনিপুর জনতা, প্রজা চন্দ্র অমদি ঙসিনচিংবা করাদা ইদুনা মীয়াম্না পুক্লিং চিংশিনখি। মিতিম অমদি মীকম কয়া পাং-থোকতুনা সমাজ সেবা তৌখি।

মহারাজগী কেণ্ডিডেট — ইং শোক ১৯৫৫ গী ডিসেম্বরগী তাং ৯ দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা নোঙ্গাংবগা লোইননা মৈতৈ লৈবাকী মতিক চাবা, লৈবাক মীয়াম্না য়াবা নিংথৌ হাপ্পবা ভারত সরকারনা দরাখাস্ত কৌরম্মী। মতম অদুগী ওল মনিপুরী রাজ কুমার এসোসি-য়েশননা য়াম্না কুপ্পা নৈনববা মতুংদা "নিংথৌমচা মনিস্না" কৈবুংদা লৈবু মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইকম থোকই, রাজ গদী ফংকম থোকই হায়দুনা তাং ৯। ১১। ১৯৫৬ ইংদা রিজোল্যুশন পাস তৌদুনা ভারতকী প্রেসিডেন্ট, হোম মিনিষ্টর হায় জুডিসিয়েল ওফিসার ( রাজগদী ) চিফ কমিশনর মনিপুর, অমসুং বীঃ বীঃ সেন এডভোকেটনচিংবদা কপি অমমম থখি। কেশ অসি চহি অমরোম হেন্না থেংনরকখি। অদুবু মাই পাকখিদবনা লৈবাকী থৌগল যংখিদে।

ইনাং থিরা—শোক ১৯২০ দা মৈতৈগী ইনাং, লাইনিং লাইশোল ময়েক্লিংবা মাংফত্রবা কয়াবু থিগত্তুনা "মৈতৈ লিচং শাক্কং শনগংপা কাংলুপ" হাইনা মিপোনবা লুপ অমা শেমখি। মনিস্নাবু কাংলুপ অসিগী লুচিংবা হাপখি।

কাংলুপ অসিনা পাঙথোকখিবা থবকশিং—তাং ২৮। ৬। ৮১ ইংদা "মামহি চেংহোঙবা" কাংলেনগী থানিন্দা পাংথোকখিবা "পাখংবা চেংহোঙবা" থৌরাম ২৫ নি পানবা ( সেপ্তেম্বর তাং ৪ নিংথৌকাবা মুনিদা ) পাংথোকখিবা "থবাল লাইতানব" "থোংজোম লাল" অমসুং মৈতৈগী নিংতম্বগী অংবোইবা লানকম নিংশিং মুনিং তাং ২৩। ৪। ৬১ ইংদা পাংথোকখিবা, মৈতৈ লৈমগী মুংশিজবা পারী পুম্নমক মকমদা নোংমুক্তা হাইজবা তাং ২৮। ৭। ৬১ ইংদা পেমপ্লেট চাইখিবা, ফাইলেন থাগী ৫নি

পীনবা তাং ২১।১।৬১ ইংদা পাংথোকখিবা "কাইংেল লৌতাবা" অসিনচিংবা পাংথোকখি। কাংলুপ অসিনা লৈবাক্কীদমক লাইকম কয়াদা ৱাইফ থৌজাল থৌনিজবদা থোঙায় ৺মাধব সিংহ মাইচৌনা লাইশোল তিনশোল তিনকৎ লাইকৎ কয়া তৌবিখি।

ৱাজনীতিদা খোংদাবা—মনিপ্পুৱাগী ৱাজনীতিগী লমদমদস্থু লেপ্পা লৈতনা খোংদারকখি। শোক ১৯৬৭ কী জেনরেল ইলেকশন্দা শীংজমৈ কেন্দ্রগী এম, এল, এ, মীৱেপ অমা ওইনা তাং ১৯।১।৬৭ইং দা নোমিনেশন ফাইল তৌদুনা "ওল মনিপুর পিপলস কনভেনশন" না থাগৎপিদুনা মীখল অদু থেংনখি। অদুগী মতুংদা পার্টি অদুগী "চেয়ারমেন' ওইনা থবক পুরকখি।

জেলদা লৈবা—শোক ১৯৭০ ইংগী নবেম্বর তাং ১ নিঙোল চাকৌবা নুমিত্তা থোকখিবা মৈতৈ লুপীগী ইজ্জৎকী ৱাফমদা এম. এম, পি, সিগী চেয়ারমেন অমা ওইনা মরাল লৈরবা মীশক অদুগী মথক্তা অকনবা থবক লৌথৎনবা মতম অদুগী কংলিং গভনরমেন্টতা ৱাকৎ চে পিদুনা অমদি চাইদুনা মীয়ামগী মফমদা পাওজেল্ল্ বগীদমক্তা ফাদুনা চৎনবী আইনগী ৱাংমদা কৈশুম শঙদা নুমিৎ শিংবুম কয়া লেনখি।

প্রেসিডেণ্ট ওইবা—মনিপুর নেশনেলিষ্ট পার্টিগী প্রেসিডেন্ট ওইনা শোক ১৯৭১ দা থবক পুরম্মী। অমুক তা. ৭।৩।৭১ ইংদা পাংচোকদবা জেনেরেল ইলেকসন্দা ইন্নর মনিপুরগী মীৱেপ অমা ওইনা থাগৎলুবা পার্টি অসিগী মীওই। অমনা নোমিনেশন ফাইল তৌরবা মতুংদা ৱিদ্রো তৌখিবদগী পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা পুক্চেল শেংবা লৈবাক্কী থোগল তৌগে খন্দুনা ৱাজনীতিগী পোথাখি।

ইমোইনু অহোঙবী কোংবাঃ—তাং ৪।৯।৬৩ ইংদা ইমোইনু অহোঙবী হায়না কৌবা লাইৱিক অমা কোঙখি। শজিবু চৈরাওবা কৌবা লাইৱিক মচা অমসু কোংদোকখি। মনিপ্পা মৈতৈগী থবক থৌরম- শিংদা থৱাই-ৱাওবা মোম্বা কনবা মীশক অমনি।

## ১৯। শ্রীভাংবম মনি সিংহ

( ঈশৈ শকপা )

শ্রীভাংবম মনি সিংহ ই'শোক ১৯১৫ দা শকাব্দ ১৮৩৭ তা পোকই। অপোকপগী মিং তোম্বা সিং অমসুং অপোকপীগী মিংনা তোম্বী দেবী কৌই। মচিন মপ্‌্রা মঙা পোকই।

পোক্লফম লমদম ঃ—খুরাই কোংপাল থোংঙাম লৈকাইদনি।

শিক্ষা—অহুম শুবা ফাওবা লাইরিক তমখি। হরাওরোদা খাইনা আজ্ঞা প্রবেল হ'য়বগা থঙনবা ব্রাহ্মন অহল অমা লৈরম্মী। আজ্ঞা অসিগী মকমদা ভক্তি শাস্ত্রগী লাইরিক খজিক্কং তমখি।

ঈশৈ তম্বা ঃ—চহি ১৬ শুরকপা মতমদা মবাইনা খুরাই থোই-দিংজম লৈকাইদা লৈবা অহন্থেম ওজাদা শিন্নবিদুনা ঈশৈ তম্বা হৌখি।

য়ুমপানবা ঃ—চহি ২৩ চংলকপা মতমদা য়ুমস্থানবগী থবক্তা থোংদাবা হৌখি। মচা ময়ুপা অমা পোক্লগা লোয়নবী ওন্না কায়নখি। চহি ৫ রোম লৈরগা শ্রীমতি খাইখোম নিংঙোল শ্যামা সখি দেবীগা অমুক লুহোংখি।

মতম খরা লৈরগা নারদ কোঞ্জিল ওজাদা চংজদুনা ওজাগী সেবা তৌদুনা ঈশৈ তমখি।

পালা নহাগী থৌগল ঃ—হায়রিবা মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দগী পালা নহাদা চদুনা লাল্লুপ চহি ৭/৮ লোম কাখি।

নাম পালাদা চংবা ঃ—অসিগী মতুংদা শ্রীযুক্ত খাইখোম চাওবা মেম্বরনা নাম পালাগী ঈশৈ হনবা ওইরিঙৈ মতমদা অমুক নাম পালাদা চংজদুনা থৌগল য়াওরকখি। মতম অসিদা নোঙ্গাপ্রবা য়েনখোম ওজা নীলমনি সিংহ ওজা ইবু ঙোদগী শয়নগী ঈশৈ খা অমগী নোংমা-নোংমগী হোংদুনা শরুব তমখি। খাইখোমগী ওজানা থুপপ্রবদা য়েনখোম

ওজানা নাম পালাগী ঈশৈ হনবা ওইরবদা শ্রীমনি সিংহনা খোম্বাংবা মকোক ওই। য়েনখোমগী ওজানা থুপপ্রবদা শ্রীমনি সিংহনা ঈশৈ হনবগী থবক পুখি।

**ওজা ওইবা ঃ**—থুরাই কলা বিদ্যা ভবন লিংখৎলকপদগী ঙসি ফাওবা ঈশৈ তম্বীবা ওজা অমা ওইমা থবক পুরি।

ওজা অসিনা মহারাস মৈতৈলোন্দ' হন্দোক্কুবা লমলোং হাইকুলগী লম্পাক্তা শান্নখ্রে। লোয়ননা রানায়নগী শৈরেং, প্রভাস মিলননচিংবা মৈতৈলোন্দা হন্দোকলে।

**মনা-মথুমঃ**—রাজমাতা কমলাবতী দেবীনা স্না থুজি, খামেন চপ্পা, তালনচিংবা পীবিখি।

**সেবকশিংঃ**—১। লাইশ্রম কালা সিংহ মাইতোন।

২। ঙাশেপ্পম থোইবা সিংহ তাংখম বস্তি।

৩। লাইশ্রম মুনাল সিংহ হরাওবৌ বস্তি।

৪। পাঙম্বম কুলচন্দ্র সিংহ থুরাই কোনসম লৈকাই অসিনচিংবনি।

## ২০। শ্রীফৈরোইজম ইবোতোম্বী সিংহ

( পুংয়েবা )

শ্রীফৈরোইজম ইবোতোম্বী সিংহ খৃষ্টাব্দ ১৯১৫গী ওক্টোবরগী তাং ৩০ ( মেরা হুয়ি পানবা নিংথৌকাবা ) হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা হেমা সিংহ অপোকপীগী মিংনা থম্বালজাওবী দেবী কৌই। শ্রীসিংহ মচিল মনাও ৫ গী মমুংদা ইতোন তোনবনি।

**পোক্‌ফম লমদম ঃ**—নিংথোমথোং ফৈজা লৈত্তোং হায়না খঙনবা মকমদা পোকই। শ্রীসিংহ অসি নোনা অহল লমন কায়নখি। শ্রীসিংহ

অসি মনে ফৈরোইজম নিংথৌজা শমচেংশাবম ওংবী তোম্বী দেবীনা নাওকোনবিখি।

শিক্ষাঃ—মহাকপু মনেনা নাওরেম লৈকাই উচ্চ প্রাইমারী স্কুলদা লাইরিক তমহনখি।

পুংয়েবা তম্বা ঃ—পুং য়েবা পামজরুবদগী শ্রীহুইরোংবম ওজা অমু সিংহদা বোরিহুনা ইহাম হান্না পুং তম্বা হৌখি। অমুম্না ওজাগী মফমদা চহী ৮ লোম পুং তমখি। মতম খরা ওজানা তম্বীরবা মতুংদা য়ুম্নাম ওজা পুরেল চাউভম অমুদা পুং চোলোম নিংথিনা তমহৌনবগী-দমক্তা অমুক শিন্নবিখি। ওজা অসিনা লৈথিরবা মতমদা মহারাজ চূড়াচান্দগী স্না হাক্তক্তা হাওবম সুবেদার মেঞ্জরদা ওজাগী মনোহরশাই কায়দা ফজ হায়হুনা মতম খরা তমজখি। অসিগী মতুংদা ওজা স্নাথ্যা হিগোকস্নাদা অমুক মতম খরা পুংলোনগীদমক্তা মহাক্কী মত অকনবা অমস্তুং অথোংপা ফজবগীদমক্তা তমখি। অসিদগী অমুক নাওরেম লৈকাইদা লৈবা থৌনাওজম চাওবগী মত, থোড, খুংকী শাথেক্কী মরমদা তম্মী। হৈরাংগোইথোংদা লৈবা নাওরেম ওজা থোজো জয়পত্র ফংপ্রবা অসিদা ওজাগী অঙকপা মত তম্মী। মতম খরা পুং তম্বা লেপ্তুনা হিংনবগীদমক্তা পুং য়েবা অমা ওইনা লৈবাক্কী সেবাদা থোওদাবা হৌখি।

য়ুমপানবাঃ—চহী ২৩ শুরকপা মতমদা য়ুম পানবগী লম্বীদা থোং-দাবা হৌখি। শ্রীমতিগী মিংনা ইরেংবম নিংথৌজা ফৈরোইজম ওংবী ইবেতোম্বী দেবী কৌই। মচানুপী ৬ অমস্তুং মুপা অমা পোকই।

ওজা ওইবা—মথাদা ইরিবা মফমশিং অসিদা লৈহুনা মতম খরা ওজা ওইখি।

১। উখোংশাং ২। কাইরেন খোক ৩। থৌবাল লৈশাংখেম, ৪। ওইনাম শওয়ুং ৫। ওইনাম মনিং ৬। নম্বোল ইরেংবম ৭। থৌবাল কিয়াম, ৮। চজিং করাম অমস্তুং ৯। পোইরোক কোজিল অসিনচিংবনি।

**ওজাগা বিদায় তৌনবা**--মতৌ অসুম তৌদুনা মতম খরা য়ুম থাদোক্লুনা কোইচৎ চত্তুনা লৈরুরে। য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মাবু তম্বীবা ওজা অমু নাদুনা লৈরম্লে। শ্রীসিংহ অসি ওজাগী য়ুমদা চত্তুনা ওজাবু থুরুমজরুই। ওজানা শ্রীসিংহবু উনরবোইদমাল্লে হায়দুনা ৱারৌবনি। হৌজিক্তি উনরবনিনঃ ওজানা পেনবিদুনা নং লেম্মা মাংলগনু হায়না বর পীবিরম্মী। খৃঃ ১৯৫২ দা ওজা অসি সংসারদগী বিদায় লৌখি। শ্রীসিংহগী অৱাবা লোইবা লৈতে। অঙাং নাৱা ওইরিঙৈদা পলেম পম্বৌ কায়নখিবনা মরম ওইরদুনা শ্রীসিংহবু মমা মপা শরুা নাওংকোনবিরম্বা মহাক্কী মাম অমসুং মনেম্নু শ্রীসিংহবু থাদোক্লুনা সংসারদগী বিদায় লৌখি।

**কাছাড়দা ওজা ওইবা** —পলেম পম্বৌ শরুা য়োকপী থাকপিরম্বা মাম অমসুং মনে লেখিদবা মতুংদা উপায় লৈতবদগী ময়ুমমকৈ থাদোক্লুনা কাছাড়দা খোংশানখি। অৱাবা ৱাখল থাদোক্লুনা মতম খরা কাছাড়দা পুং তম্বীদুনা লেনখি। মতম খরা লৈরুরবা মতুংদা ময়ুমদা অমুক হল্লকখি।

**কাছাড়দা কর্ম্মগী পুং য়ৈবা**—মতম খরা লৈরগা কাছাড়দগী মুপা অমনা মহাক্কী মমা লৈখিদবগীদমক্তা কর্ম্মগী পুং য়ৈনবা বার্ত্তন তৌখি। শ্রীসিংহ মশামক্তা মনিপুরদগী ঈশৈ তৌবা ওজা শ্রীলাইশ্রম তোলপিশক্তা লোয়ননা চত্তুনা কর্ম্ম অদু পাংথোক্লুই। মতম খরা লৈরগা অমুক কাছাড়গী তোলেন খুন্দা কীর্ত্তনগীদমক্তা বার্ত্তন তৌরক্লুনা পাংথোক্লুই।

**মনা-মথুম**—শ্রীসিংহ অসি বুধচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা শেল্লুং পালাগী হঞ্জবা ওইরম্মী। মসিদা মহারাজনা পেনবিদুনা থামেন চৎপা, জি. তাল অমদি অতৈ মনা-মথুম কয়া পীবিরম্মী।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭৩ গী ওক্টোবরগী তাং ১০ দনী ১ ফাওবা মনিপুর ডান্স একাডেমীনা শিল্লাংদুনা পাংথোকখিবা সংকীর্ত্তন অদুদসু শরুক য়াখি। খৃষ্টাব্দ ১৯৭৭ কী এপ্রিল তাং ৬তা দিল্লীদা শো উৎনবগীদমক্তা কলাকার

অমা ওইনা শরুক য়াখি। অহুদস্থু মনা-মথুম কয়া পীরকখি। খৃঃ১৯৭৮ নভেম্বরগী তাং ৫ দা ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইরিবম্বা শ্রীমোরারজী দেশাইনা মনিপুরদা লেংলকপা মতমদা মাবু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা পাংথোকখিবা স স্কৃতিগী থৌরমদা কলাকার অমা ওইনা শরুক য়াখি।

পোষ্ট গ্রেজুয়েটঃ—শ্রীসিংহ অসি লৈবাক্তা মশক খংলবা কলাকার অমনি। শ্রীসিংহগী নোম্বা কনবা গুনবু উবিদুনা ওজা শ্রীলৈচোম্বম ৺কোইবেং সিংহ জয়পত্র ফংখ্রবা অসিনা পুং তম্নবগীদমক্তা জেঃ এনঃ এমঃ ডি' এঃ দা ছাত্র অমা ওইনা কৌশিনবিরম্মী। অসিদস্থু নত্তনা ওজা পার্থ সিংহদস্থু মতম খরা খল্লগৌই। হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাডেমীদা শ্রীলাইশ্রম ওজা ৺অপাবী সিংহনা তম্বীদুনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট পাস তৌখি। হৌজিক হৌজিক পুং য়ৈবগী শিনফম অসিদা অস্থুম লেপ্লা লৈতনা চত্থরি।

সেবকশিংঃ—১। পুখ্রম্ন নাতেক সিংহ চজিং করাম ২। য়াইমা সিংহ ৩। ইবোতোন সিংহ ৪। থম্বালঙৌ সিংহ নারন কোজ্জিন। ৫। বীরচন্দ্র সিংহ ৬। তোম্বা সিংহ ৭। বাবুশন সিংহ ৮। কোকিনশ্বর থৌবাল লৈশাংথেম। ৯। নিঙোম্বম ইবোতোম্বী সিংহ ১০। মঙ্গী সিংহ ১১। বোর সিংহ চবা পাং ১২। য়ুম্নাম নিপামচা সিংহ উথোংশাংদগীনি। ১৩। বীরহরি সিংহ ১৪। কুলামজাং সিংহ ১৫। ইবোমচা সিংহ ১৬। গৌর সিংহ ১৭। ভুবনবী ওইনাম শম্ভু। ১৮। ওইনাম কুল সিংহ খুরাই ১৯। লাইশ্রম শাখো সিংহ ২০। বাবুচাওবা ২১। নন্দে সিংহ ২২। বসন্ত সিংহ অবাঃ পোৎশংবম। ২৩। তোম্লপিশক নম্বোল মখা ইরেবম। ২৪। চান্দ সিংহ ২৫। মঙ্গী সিংহ ২৬। বীরহরি সিংহ ২৭। ইবোহল সিংহ ২৮। চাওবা সিংহ খোংজোমদগীনি। ২৯। যুগে সিংহ ৩০। বসন্ত সিংহ ককচিংদগীনি। ৩১। তোমৈনচি বা অসি মাগী সেবকশিংনি।

## ২১। শ্রীলৈশাংথেম থম্বাল অঙৌ সিংহ

(পুং যৈবা)

শ্রীলৈশাংথেম থম্বাল অঙৌ সিংহ শকাব্দ ১৮৫০ গী ইঙেন থাগী ১০ নি পানবা শগোলশেম্ম হুমিঙ্‌ড পোকই। অপোকপগী মনিং ৺যাদব সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা তোযাইমা দেবী কৌই। মচিন মপা ৬ পোকই। পিবাদা শ্রীসিংহনা অহলনি।

**পোক্কফম লমদম ঃ**—থৌবান্দগী লোচুপনোমদা মইপন থেম চংশিল্লগা লৈবা থৌবাল তুরেলগী তোর্বান্দা তাবা "থৌদাম কৌবা খুঙ্গং অসিনি।

**শিক্ষা ঃ**—শকাব্দ ১৮৫৮ দ খুঙ্গগী স্কুল অমদা লাইরিক তমহনবা হৌথি। লাইরিক তম্বগা লোয়ননা অপোকপনা সঙ্গীত কলাবু পানজবা মী অমা ওইবদগী পুং তম্বা হৌনবা শিনবিখি। ক্লাস নিপান ফাওব লাইরিক তমখি।

**পুং তম্বা ঃ**—চহি ১২/১৩ রোম শুরকপা মতমদা শ্রী.থৌদাম খোমৈ সিংহ হায়বা কৌবা ওজা পুং যৈবদা বোরিহুন্না পুং তম্বা হৌথি। পুংগা লাইরিক্কা পুন্না তম্বদা শ্রীসিংহগী অৱবা অমা ওইথি। মরম অদুনা লাইরিক তম্বা তোকখি।

**যুমপানবা ঃ**—মশাগী চহি ২৫ রোম শুরকপা মতমদা তোম্বীনৌ দেবীগা লোইননা লুহোংহুনা যুমপানবগী লম্বীদা খোংদাথ। মচা মপা অনি, নিংঙোল মঙা পোকখি। মরাইবক থীবদগী শ্রীসিংহ অসি তোঙান চারবা মতুংদা মশা ফজক্রে, পুং যৈবগী থবক ঙমজক্রে। মনাওমপা অতোনবা অসি উগী মিস্ত্রিনি। মহাক্না ময়াম্বগী অৱাবা য়েংবা ঙমলক্রহুনা উ শুবগী থবক্তা ময়াম্ববু মিস্ত্রি অমা ওইহনখি।

**ওজা ১দি মশা লাইয়েংবা :**—মশা লাইয়েংবা ওইনা ময়ুম থাদোক্তুনা কাছাড় তাম্না চংগ্রে। কাছাড় গী "মলালি" কৌবা খুঙ্গংদা পুংগী ওজা ওইনা চহি অনিরোম লেল্লগা মশা ফম্বক্তুনা ময়ূমদা হল্লকখি।

**শুরুশিং:**—ময়ুমদা হল্লকুবা মতুংদা অমুক নোংঙৌননা মথাদা ইরিবা ওজা শুরুশিং অসিগী মফমদা চংত্তুনা খঙখি। মখোইগী মমিং মথাদা ইরি:—১। য়েংখোম ৺গোপাল সিংহ ২। ভাংবম য়াইমা সিংহ ৩। সনসম য়াইমা সিংহ ৪। নোংমৈকাপ্পম ৺কালাচাঁদ সিংহ অমসুং ৫। য়ুম্নাম তোম্বী সিংহ। চৌজিক ওজা অসি লৈবাক্কী শকখঙ মাইথংলবা কলাকার ওমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। লোইননা পুং য়েবা ওজা অমসু ওইরি।

**সেবকশিং:**—১। শ্রী মঙ্গী সিংহ ২। খোমদোন সিংহ ৩। সুবন সিংহ অসিনচিংবনি।

## ২২। থাঙ্গংশাবম ইবোতোন সিংহ

( শুমাং লীলাগী কলাকার )

শ্রীথাঙ্গংশাবম ইবোতোন সিংহ তাং ৩০। ১২। ১৯২৬ ইংদা পোকই। অপোকপগী মমিং ৺অঙৌ সিংহ কৌই। মচিন মনাও মুপা অনিনি। শ্রীসিংহনা অতোনবনি।

**পোক্লফম লমদম:**—নাওরেমথোং তখেল্লম্বম লৈকাই ইম্ফালদনি।

**শিক্ষা:**—চহি ৭লোম শুরকপা মতমদা অপোকপগী মফমদগী শিক্ষা ফংখি। ইবা পাবা চংনবা য়ানা হৈ।

**কলাবিদ্যা তম্বা :**—চহি ১০ রোম শুরকপা মতমদা খুবাক ঈশৈ, গৌরলীলা, শনশেনবনচিংবা তমত্তুনা য়াওখি। কাংজম ৺ওজা তোম্বা সিংহ সাং নাওরেমথোং খুমন্থেম লৈকাইদা লৈবা অসিনা গৌড়লীলা

খুৱাক ঈশৈনচিংবা তম্নীখি। খোইরোম ওজা ৺.গৌড়মনি সিংহনা গৌড়লীলা, লাইরেম্মা পালানচিংবা তম্নীখি। অদুগী ওজাশিংনা তম্নীবা শমশেনবস্থু য়াওখি। অপোক্পনা কলা বিদ্যা অসি য়াম্না পামজৈ, মদুনা মচা অসিবু কলাবিদ্যাদা খোংদানবা লমজিং পীবিখি।

য়ুম পানবা—মশাগী চহি ২৫ রোম শুরকপদা, শবোংখাইবম নিংঙোল শুনমনি দেবীগা লোইমনা য়ুম পানবগী থবক্তা খোংদাখিন্নখি। মচা ৭ পোকখি। মুপা ৫ মুপী ২ নি। হৌজিক মুপী ১গা মুপা ১গা হিংলি।

শিনফম :—অত্থানবদা ফুরিৎ তুরম্মী। লৌউ শিংউবগী পনকস্থু তৌরম্মী। কলা বিদ্যা পামজবদগী মসিদা শিনফম ওইনা হিংখি।

কলাবিদ্যাদা খোংদাবা :—১৯৫৯ ইংদগী ৫০ না কলাবিদ্যাদা খোংদাবা হৌখি। ইং ১৯৬১ দা এপেবা ড্রামা ওইনা শানখিবা "থি.বা-মৈগী লাল" শ্রীকৈশাম ৺.গৌরচন্দ্র সিংহ ওজা অসিগী লমজি মখাদা মথক্কী ড্রামা অসিদা ডাকপিয়ন শাদুনা ষ্টেজদা খোংদাবা হৌখি। মরম থরা লৈরগা শুমাংলীলাদা খোংদাখি।

শুমাংলীলা—মথংদা ১৯৭৪ দা "কংলা কঙ্গালদা থঙ্গাল" হায়বা লীলা অসিদা শনশেন নহা শাখি। ১৯৭৬ তা "সহরগী ডাকু" হায়বা লীলা অসিদা "চৌকিদার" "কনষ্টেবল" শাখি। ১৯৭৮ গী থাদি মেলাদা উৎখিবা ও: সি: সাহেবতা লক্ষ্মীকান্ত শাখি। ১৯৬৯, ১৯৭০ দা ইঙ্গেললৈ ড্রামা কুমখি। রিকসো কনানো, হাউসফুল, বিঃ এ: খিবনচিংবদা শরুক য়াখি।

মনা-মথুম—১৯৭৯তা মনিপুর ষ্টেটকলা একাডেমীনা শিন্দুনা পাং-থোকখিবা শুমাং লীলা ফেষ্টীভেলদা "বাঙ্গলা দেশকী লাইফদিবী" হায়বা অসিদা বেষ্ট এক্টর ওইখিবগী সার্টিফিকেট অমগা গোল্ড মেডল অমগা ফংখি। ১৯৭৪/১৯৭৬ তা "ওল মনিপুর শুমাং লীলা এসোসিয়েসন" না সার্টিফিকেট অহুম পীখি। ১৯৭৮ দা "ওল মনিপুর যাত্রা এসো-সিয়েশননা সার্টিফিকেট ১গা পীখি।

**লম কোয়বা :**—মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা অমদি কাছাড়নচিংবা মফমশিংদা চত্তুনা শুমাং-লিলা শন্দোকপদা অচৌবা শরুক য়াখি।

**সমাজ সেবাঃ**—১৯৭২/১৯৭৩ দা মনিপুর কোঃ আর্টিশ এসোসিয়েসন, উরিপোক্কী অহানবা প্রসিডেন্ট চহি অমা ওইখি। মথংদা সেক্রেটরী ওইনা চহি অমা পুখি। টাইম ষ্টারগী ১৯৭৮/১৯৭৯ দা অহানবা প্রসিডেন্ট ওইনা সমাজ সেবা তৌখি।

**গুরুশিং:**—মখাদা ইরিবা ওস্তাশিং অসিগী লমজিং মখাদা ড্রামা ১দি শুমাং লিলা তমখি। ১। কৈশাম ৺গৌরচন্দ্র সিংহ ২। শগোলশেম বীর সিংহ ৩। লাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহ ৪। মাইবম রামচরন সিংহ ৫। চোংথাম মন্বধ্বজ সিংহ অসিনচিংবনি।

**লম কোইবা ঃ**—১৯৬৫ দা মখাগী মফমশিং অসিদা লীলা শানবা চংখি। কাছাড়গী বোরবিন, বানীপুর, তারাপুর, বিবিগাঁও, রূপাবাড়ী, কামংখা, জয়পুর বনতেরা পুর, চাঁদপুর, শালীপুর, লমগ্রাম, চীংদোং লৈকাই, চন্দ্রপুর, মঙ্গলপুর, ইদখোলা, শামবা, ভাতৃমরা, বেনাকান্দী, কালিমন্দির, চন্দ্রবার, তৌরংবম লৈকাই অসিনচিংবনি। ১৯৭৯দগী মথক্কী লমশিং অসিদা অমুক্কা হন্না চংলুই। লোইননা হান্না য়ৌরক্কবদা তোজেন থূলম্ব হন্দক্কী খোংচত্তদি য়োরুই। অসিদা নত্তনা কলাকার অসিনা মনিপুরগী অয়াম্বা মফম কোয়রুরে। হৌজিক কলাকার অসি হকচাং শোন্দুনা সমাজগী সেবাদগী পোত্থারে।

## ২৩। শ্রীভারিয়াম্বম নবদ্বীপ সিংহ

( অইবা/সমাজ সেবক )

শ্রীভারিয়াম্বম নবদ্বীপ সিংহ ইং ১। ১০। ১৯৩২ দা পোকই। অপোকপগী মমিং শ্রীভারিয়াম্বম ৺বাস্ত সিংহ অমসুং অপোকপী থিয়াম চনু ৺রূপতী দেবী কৌই। মচিন মনাউ নুপা অহুম নুপী অহুমনি।

**পোক্লফম লমদম ঃ**—রানীপুর পোঃ মনিপুর নং ১ কাছাড়, অসামদনি।

**শিক্ষা**—কলাগী স্নাতকনি। সোসিয়েল ইডিজ ট্রেণ্ড, এন, সি, সি, ট্রেণ্ড, কোঃ ওপরেটিভ এডুকেশনগী শিক্ষা ফংলবা, ভারত সেবক সমাজ যুব শিক্ষাগী প্রশিক্ষন ফংলবা মীশক্নি।

**য়ুমপানবাঃ**—ইং ১৯৬৪ জানুৱারী তাং ২৮ তা য়ুমপানবগী থবক্তা খোংদাবা হৌখি। তালোইগী মনিংনা সেনাম চনু সনাহনবী দেবী কৌই। মচা নিংঙোল মরী পিবা অনা পোকই।

**থবক তৌবা ঃ**—তাং ১৩। ৪। ৫৬ ইংদা থবক তৌবা হৌখি। শিনফমদি ওজানি।

**অইবা, ফোংলবা লাইরিকশিং ঃ**—১। কবিতা কুঞ্জ (শৈরেং) ২। রারেং হিবেন ( রাবেং ) হায়বিবা লাইরিক অনি অসি ক্লাস নাইন অমসুং টেন্দা তম্লি।

**ফোংদ্রিবাঃ**—১। ইমাগোল ব্যাকারন ( XI, X ) ২। ব্যাকরণ মঞ্জুরী ক্লাস V ৩। নীতি বীনা ক্লাস V ৪। সাহিত্য লৈকোন (প্রবন্ধ ১১) ৫। কাব্য কুঞ্জ ( শৈরেং ) অসিনচিংবনি।

**ফোংখৎবা জর্নেলঃ**—"সব ইডিটর" পিথাদোই আসাম মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ।

ঝাক্লিরবন্দগী মুখপত্র।

সম্পাদক:—থা ও গী চেফোঙ "সাহিত্য বীনা"

**লম কোইবাঃ**—কলিকত', লক্ষ্ণৌ. পটনা, কানপুর, আগ্রা. ভূপাল জবলপুর, পুনা, বোম্বে, আসামগী মরু ওইবা সহরশিং, মেঘালয়, কোহিমা, অরুনাচল অসিনচিংবা মফমশিং কোইক্লরে।

**সমাজ সেবা**—কার্য্যকারী কমিটি সদস্য মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কাছাড় শাখ', ( এক্স )

এসিষ্টেণ্ট জেনেরেল সেক্রেটরী

আসাম মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ

ঝাফিরবন্দ ( এক্স )

**সম্পাদকঃ**—আসাম মনিপুরী কলা একাদেমী শিলচর।

**সেক্রেটরী**—রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র কলা তীর্থ শিলচর।

**চেয়ারমেনঃ**—বাঁশকান্দি এক: ই: কম; ঐইচ, ই স্কুল কো-ওপরেটিভ সোসাইটি।

**প্রেসিডেণ্টঃ**—মনিপুরী সেকেণ্ডরী স্কুলস টিচরস এসোসিয়েশন, শিলচর।

**কার্য্যকারী সদস্য :**—কাছাড় ডিষ্ট্রিক কো: ওপরেটিভ ইউনিয়ন, শিলচর।

**মেম্বর :**—শিলচর প্রেস ক্লব।

**গুরু**—রাজকুমার ৺সুরেন্দ্রজীৎ সিংহদা গুরু ওইখি।

**লোন খঙবা**—অসমিয়া. বাঙ্গালী, হিন্দী, ইংরেজী ১দি মৈতৈ লোন খঙই। শ্রীসিংহগী মথক্তা ইথ্রিবা রারোলশিং অসি অচুম্ব ঙাক্তনি।

## ২৪। শ্রীওইনাম গুলাপ সিংহ
(তুহার)

শ্রীওইনাম গুলাপ সিংহ শকাব্দ ১৮৩৭ কী পোইন্নু থাগী শিথরকপা ২০ নি পানবা ঈরাই তুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীওইনাম কুঞ্জরী সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা লৈশাংথেম নিংডোল থোমদোন দেবী কোই। শ্রীসিংহ মথন্তা তাডনা পোকই।

পোক্লফম লমদমঃ—শীংজমৈ মথা নামৈরাকপম লৈকাই ইম্ফালনি।

শিক্ষাঃ—শ্রীসিংহ অসিনা হেক পোকপগা থা ৮ লৈরগা অপোকপা লৈখিদ্রে। মমানা নৌনা লুখ্রাবী ওইখিবগা লোইননা শ্রীসিংহ অসিবু মমাগী মপাম থৌবাল লৈশাংথেমদা পুথুনা নাওয়োকখি। মরম অদুনা চাং নাইনা লাইরিক তম্নবা খুদোংচাবা অদু ফংখিদে। মশানা হোৎনজবদগী ইবা পাবা নিংথিনা থোকই। শ্রীসিংহনা চহি ১৫ শুরকপা ফাওবা থৌবালদা লৈরম্মী। কায়নথংদা ইম্ফালদা হোঙ্গৎলকখি।

ঈশৈ তম্বা—শ্রীসিংহ অসি ঈশৈ পাম্বা মীশক অমা ওইরম্মী। লৈখিদ্রবা অহৈবম ওজা সাগর সিংহ সাং হৈরাঙ্গোইথোং অহৈবম লৈরক্তা লৈবদা মশাগী চহি ১৮ শুরকপা মতমদা ঈশৈ তম্বা হৌখি।

য়ুম পানবা—মশাগী চহি ২০ শুরকপা মতমদা লুহোংখি। লোয়নবীগী মিংনা থোঙাম নিংডোল তোম্বীমচা দেবী কোই। মচাম্নুপী ৪ নুপা ৩ পোকই।

লৈত লাইরবনা মরম ওইরদুনা মনিপুরগী য়ুম লোম্নবা লৈবাকশিং কাছাড়, নেফা অমসুং আসামগী মফম অতৈ অতৈদা ললোন ইতিক তৌবা চৎলম্মী।

থবক তৌব—অনিশুবা লাঞ্চাও হৌরকপগী অদুরাইদা শ্রীসিংহ মনিপুর সেন্ট্রেল জেলদা জেল ৱার্ডর ওইরম্মী। লাঞ্চাও লোইরকপদা মোইরাংদা মী ফাবা চৎপদা লম্বীদা ফুমদুনা লৈরম্বা বোম পোকখাইরক্তুনা

মখোয়না তোংলিবা গাড়ীদু মথক মথা ওনখি। মতুংদা শ্রীসিংহ অসি য়াম্না খিনা শোকখি। শ্রীসিংহগী অপোকপী মমানা থবক অসি পামদবগী রিজাইন তৌখি।

**ঈশৈ তৌবা** —শ্রীসিংহনা ঈশৈ অসি পামজদুনা মশাগী চহি ৩৩ য়োম গুরুকপা মতমদা শ্রীমাইবম ইবুংঙোহল সিংহ ওজা অসিদা ঈশৈ তমখি অমসুং ওজাগী তুং ইনখি। হৌজিক ওজাগী কৃপাদগী শ্রীসিংহ অসি লৈবাক্তা শকথংলবা তুহার অমা ওইনা সমাজগী থৌগল তৌরি।

শোক ১৯৬২ দগী হৌনা চহি চহি খুদিংগী মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মৈতৈলোনগী ঈশৈ ফাংনবা খুদিংগী তুহার অমা ওইনা শরুক য়াখি।

**ওজা ওইবা**—শোক ১৯৭১ দা শীংজমৈদা ওজাশিং ময়াম পুন্দুনা তৌর্য্যাত্রিক কলা বিকাস সঙ্ঘ নট কলেজ কৌবা কলেজ অমা লিংখত্নুনা থবক তৌবা হৌখি। ওল মনিপুর সঙ্গীত সভাগীসু মেম্বর অমা ওইরি।

**তুহার অরোনবা**—শ্রীগোবিন্দজীউগী টেম্পল বোর্ডনা শ্রীসিংহবু তুহার অরোনবা হাপ্পীদুনা থামেনচপ্প, সনা খুজি তালনচিংবা মনা-মথুম পীবিখি। হৌজিক ওজা আস সমাজগী সেবা তৌরি।

## ২৫। য়ুম্নাম য়াইমা সিংহ

### ( অইবা )

শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ শকাব্দ ১৮৫২। ৩। ১৬ ঈরাই মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা থোমদোন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা থোঙাম নিঙোল য়ুম্নাম ওংবী কামিনী দেবী কৌই। মচিন মনাউ ৮ নি। শ্রীসিংহনা অনিশুবা মচানি।

পোক্নফম লমদমঃ—কোঞ্জৈ লৈকাইদনি।

শিক্ষাঃ—ইং শোক ১৯৫৩ দা মেট্রিক পাস তৌখি। বি, এ, পাস তৌখি। হিন্দী কোবিদ. বিশারদ পাস তৌখি। এম, এ, ফাওবা তমখি।

য়ুমপানবাঃ—১৯৫৭ তা পোংঙাম নিংথোল পুনিমাসি দেবীগা লোইননা লুহোংহুনা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোংদাখি। মচাহুপা ৭ হুপী ১ পোকই।

থবক তৌবাঃ—ইংশোক ১৯৫৫ দা থবক তৌবা হৌখি। ইং-শোক ১৯৬২ দা তোম্বীস্না হাইস্কুলদা ওজা ওইরম্মী। ইং ১৯৬৪ দা ইঃ ওঃ ওইনা ম্লোক্তা থবক তৌরম্মী।

অইবাঃ—মখাদা ইরিবা লাইরিকশিং অসি ফেংংখ্রে (১) খুদোং-থিবদগী কনহৌনবা উপায় (২) মেলেরিয়া ৩। কোঃ ওপরেশন ৪। অফবা সমাজ ( ড্রামা ) ৫। সাধারন ভুগোলগী ৱারম ৬। প্রাকটিকেল এগ্রি-কলচর ৭। ব্রহ্মচর্য্য ৮। ডিপোকেট ডিক্সনরী অসিনচিংবা লাইরিক অসি সরকারগী মতেং ফংহুনা ফোংংখ্রে। মসিদা নত্তনা অফোংবা লাইরিক খরসু মখাদা ইরি—১। ইংরেজী অমসুং হিন্দীগী লমজিং লাইরিক ২। হিন্দী অমসুং ইংরেজী হৈনবা লাইরিক। ৩। নিউ হিন্দী ৱার্ড বুক ৪। এন ইংলিশ ষ্টেপ টু ইংলিস ট্রান্সলেশন এণ্ড কম্পোজিসন।

লম কোইবাঃ—দিল্লী, এলাহাবাদ, উখ্রুল, চুড়াচান্দপুর অমসুং থালোনগী মফম অয়াম্বা কোইরুরে।

অপাম্বা:—সাহিত্যনা মীওইবগী পুক্নিংগী অপাম্বা পুন্নমক অমম্বদা থাউমৈনা অমম্বা কোকহনবগুম কোকহল্লি। মরম অহুনা সাহিত্য চাও-খৎনবা হোৎনগদবনি। মীদি শিরগা লোইরে, সাহিত্যদি শিবসু, নাবসু থক লৈরোই। মুমিত্তগী মঙাল পুন্নমক থোকললকপগুম সাহিত্যদগী পুক্নিংগী অমম্বা কোক্নবা মঙাল পুন্নমক থোকলকই। ৱাখন্না মীওইবগী থবক পাঙনবা লুচিংবনি। অহুনা লুচিংবা ৱাখল অফবা, অচুম্বা খন্নবা দরকার ওই।

রাখন্না অঙক অঙকপা পোৎ পুখোকপা অমদি শাবা ওমই। শ্রীগুইবগী রাখলগী ওনখৈ লৈতে, থম্ব থম্বহুনা অঙক অঙকপা রাখলগী পোৎথোকতনা পৃথিবী অসি নোংম নোংমগী অমুন চাওখৎপগী থোংথাং থাংলিবনি।

## ২৬। শ্রীনোংমাইথেম যাদব সিংহ

( পুং য়েবা )

শ্রীনোংমাইথেম যাদব সিংহ শকাব্দ ১৮২৭ ইঙা থাগী ১৪ নি পানমা ঈমাই নুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীনোংমাইথেম হাওজ্ঞো সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ক্ষেত্রি নিংডোল নাতেকপী দেবী কৌই। পোকমিন্নবা মচিল মনাউ নুপা অনিনি শ্রীসিংহনা অহলনি।

পোক্লফম লমদম—ককচিং খুলেন্দানি।

শিক্ষা—শ্রীনোংমাইথেম যাদব সিংহ য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা মহৈ মশীং তমললকই। মতম অতুদা মনিপুরী সমাজদা পুং ঈশৈ অমসুং ভাষা তম্বগী ঈচেন্দা ঈথক ইপোম লৈনা চেন্থরম্মী। মখৈ অচল লমন অয়াম্বা ভক্তিগী ইরিক্লা থিক্কুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্নিং চংনবা অমসুং সঙ্কীর্ত্তন-নচিংবদা বিদ্যাগী মফম লৈ হায়না থন্নবা মতমনি। মতম অসিগী সমাজগী অসিগুম্বা ঈচেল অসিদা শ্রীনোংমাইথেম যাদব সিংহগী ইমুং মনুংসু চেন্থরম্মী। থৌরাই য়াওবা অপোকপা অপোকপীগী থোদা মথাদা মশাগী চহি ৭/৮ শুরকপদা য়েংখোম কুলধ্বজ সিংহ কোবা ককচিং খুলেন্দা লৈবা ওজাদা মপী লাইরিকশিশু শিক্ষা তম্বা হৌখি। দ্বিতীয় ভাগ, নিত্যাচার অমসুং নীতিশাস্ত্রনচিংবা অহানবা দীক্ষা গুরু অসিগী মথাদা তমখি।

**পুং তম্বা হৌবা ঃ**—চহি ৮ শুরকপদা পুং তম্বা হৌখি। অহানবা ওজানা য়েংখোম ভদ্র সিংহ (য়েংখোম কুলধ্বজ গী ময়াম্বনি) চহি ১২

রোম গুরুকপদগী পুং য়ৈত্নুনা নাম শোনবা হৌখি। নাম শোনবা হৌরে হায়বগী ৱাতনি। ওজা গুরু কয়াগী মফমদা চঙজন্নুনা মখল কয়াগী পুংলোন ঈশৈ তাল কয়া তমখি।

**ঈশৈ জগোই তম্বা :—**অপোকরদগী অ রিবা পালা, (বংদেশী) অনৌবা পালা, জগোই, গৌড়লীলা অমসুং শরশেনবনচিংবা কয়াম্মু তমখি।

**গুরুশিং:—**১। হিগোকসনা য়ুম্নাম লৈকাই ২। অরিবম গোপাল মচা বামোন লৈকাই ৩। ক্ষেত্রিময়ুম খেলবাপু সিংহ সাং ককচিংদা লৈবা অসিনচিংবা ওজাশিং অসিদগী তীন তাল ১২, রূপ কাটা, নিত্যাই-চান্দের, দিবাস্তুন, ব্রহ্মতাল, নবচার তাল, সুনারবরন, খেরো কোকিল অসিনচিংবা তালশিং তমখি।

**তাল ফাংনবা ১দি ফেষ্টিভেলঃ—**অনৌববুসু শেমগৎপা অমসুং অরিববুসু য়োকখৎপা পাম্বদগী ঙসি ফাওবদা মন্দির/মাণ্ডব কয়াদা তাল ফাংনবদা শরুক য়াখি।

ইং শোক ১৯৭৭ তা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিন্দুনা ককচিংদা ফোক আর্টিস ফেষ্টীভেল অমা পাংথোকখি। মসিদা শ্রীসিংহনা সভাপতি ১দি জজনচিংবা ওইবিহুনা মাইকৈ শোমগী চাওখৎ থোরাংদা শরুক য়াখি।

**সঙ্গীত একাডেমীগী সংস্থাপক —**ইং শোক ১৯৫৫ দগী হৌত্নুনা লিংখৎখিবা হৌজিক লৈরিবা সঙ্গীত একাডেমী ককচিং হায়না কৌবা সংস্থান অসি লিংখৎপদা সংস্থাপক ওইবিখি। লোইননা তলব লৌদবা ওজা অমা ওইনা শেমগৎ শাগৎপদা য়াওবিখি।

**সেবকশিং:—**

১। ক্ষেত্রিময়ুম যাত্রা সিংহ ককচিং ২। ক্ষেত্রিময়ুম থম্বাল সিংহ ককচিং ৩। „ নীল সিংহ „ ৪। „ অমুয়াইমা সিংহ হৈরাংগোই থোং ইম্ফাল, ৫। ক্ষেত্রিময়ুম তোমচৌ সিংহ ককচিং ৬। নোংমাইথেম

ইবোহল সিংহ ককচিং ৭। নোংমাইথেম থম্বোজাও সিংহ ককচিং ৮। ময়াংলম্বম জিলা সিংহ ককচিং খুনৌ অসিনচিংবনি।
ওঙ্গা অসি খা মাইকৈগী খঙইরবা ওজা অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি।

## ২৭। শরোকখাইবম নরান সিংহ

( রাসধারী/যোগাই/মাধাই )

শরোকখাইবম নরান সিংহ শকাব্দ ১৮৩৬ ( তাং ৭। ১। ১৯১৫ ) দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীশরোকখাইবম মনাওতোন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা তোমাল্লী দেবী কৌই। মচিল মনাও মুপা ২ মুপী ১ পোকই।

**পোক্লকফম লমদম:**—খুরাই কোংবা শাজোর লৈকাইদনি।

**শিক্ষা:**—খুল্লক্কী ওজা শাজোর লৈকাইদা লৈবা শ্রীযুক্ত শোরাইশম ওজা চাওবু সিংহদা লাইরিক তম্বা তৌখি। ধর্ম্ম গ্রন্থ তমখি।

**কলাবিদ্যা তম্বা:**—চহি ৭ চ লকপদা বসন্ত রাসকী কৃষ্ণ শাখি। অত্তুদগী মুপামচা পালা, গৌড়লীলা, গোষ্ট, খুবাক ঈশৈনচিংবা ওজা-শিংনা পুবিত্তুনা অমসুং তম্বীত্তুনা খোংদাবা হৌখি।

**বোরিবা**—ইং ১৯২৯ দা কলাবিদ্যা পামজত্তুনা শ্রীযুক্ত হিজম বোরাজাও সিংহ সাং খুরাই কোংবা নিংথৌবুং লৈকাইদা লৈবা ওজাদা বোরিত্তুনা নটকী ঈশৈ তম্বা হৌখি।

**রাস তম্বা**—১৯৩৪ ইং দা শ্রীযুক্ত ওইনাম ইবুঙো সিংহ সাং খুরাই চিঙ্গাংবম লৈকাইদা লৈবা ওজাদা রাস তম্বা হৌখি।

তোঙান তোঙানবা বিদ্যা তমখিবা ওজাশিংগী মমিং ১দি হিরম মথাদা ইরি।

উদুখল/গোষ্ঠ} ৺খোইদুম শর্ম্মা সাং য়ুম্নাম লৈকাই।

মহারাস
বসন্তরাস } ৺গৌরচন্দ্র শর্ম্মা। সাং য়ুম্নাম লৈকাই ইম্ফাল।

উদুখল
গোষ্ঠ
রাস } ৺লৈচোম্বম নিংথৌ সিংহ সাং লীলাসিং খোংনাংমখোং ইম্ফাল।

**গৌড়লীলাঃ**—৺অমুস্না শর্ম্মা, হিজম পোরাজাও সিংহ সাং খুরাই নিংথৌবুং।

মথক্কী হিরম অসিদা রস ভাবনচিংবা তাকখিবা ওজা অনিগী মিং মথাদা ইজরি। ১। থৌনাওজম ৺কুঞ্জকিশোর সিংহ সাং নাম্বম চিথেক অঙোম লৈকাই। ২। ভাংগম ৺যুগিন্দ্র সিংহ (কীর্ত্তননিয়া) খুরাই লম্মাবম লৈকাই ইম্ফালনি। ওজাদগী কীর্ত্তন ১স্তুং লীলাগী শকতম পুম্বা তমহৌই।

**য়ুমপানবাঃ**—ইং ১৯৩৪ দা চিঙ্গাংবম নিংঙোল তম্পাকলৈ দেবীগা লোইননা লুহোংদুদা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোংদামিন্নখি। ওজা অসিগী মচা থারা লৈতে। মচলমুপীগী মচানুপী অনিবু মচাওইনা নাওকোল্লি।

**ওজা ওইবা ঃ**—খুরাই সঙ্গীত কলা সঙ্গমগী জগোইগী ওজা অমা ওইনা থবক তৌরি।

**অফোংবা লাইরিক**—ইং ১৯৮২ দা উদুখোল লীলা কাজিদোমোন নাটক ইরগা ফোংলে।

**মনা-মথুম**—ইং ১৯৬৪ দা দিল্লীদা খুরাই ডান্স পার্টিনা মহারাস উৎপগী মেডল অমা ফংখি। ইং ১৯৬৮ দা দিল্লীদা সঙ্গীত কলা সঙ্গমগী ফোক ডান্স উৎলুবগী মেডল অমা ফংখি।

**লম কোইবাঃ**—ইং ১৯৪৮ দা ত্রিপুরাদা থা ২ চুপ্পা ওজাশিংগা লোয়ননা লীলা টুর চংখি। ১৯৭৫, ১৯৭৭, ১৯৭৮দসু কাছাড়, আসামগী মফম অয়াম্বা চংলুরে। ১৯৪৪ দা লীলাদা ধীবর অমসুং বানাসুর

শাত্না মনিপুরগী মফম অয়াম্বা কোইখি। ১৯৫২ ইংদা কাছাড় ঝাফিরবন্দা গৌড়লীলা পার্টি অমা চৎলুই। ১৯৪৩ ইংদা থৌনাওজম ওজা ৺কুঞ্জ-কিশোর সিংহগী থৌগল তৌবা ওইনা মাধাই শাখি। ওজানা ইং ১৯৬১দা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী নন্দ শাহনবিখি। ওজাগী থৌজালদগী মপুং ওইবা যোগাই, মাধাই, নন্দ, মিশ্রনচিংবা শাখি। ১৯৭৭ মে থাগী তাং ২২ দা পাংথোকখিবা সেমিনারদা ( MSKA ) "গৌড়লীলা" হায়বা হিরম অসি চে ইহ্না পাখি।

## ২৮। শ্রীপুখ্রম্বম নাতেক সিংহ

( পুংয়ৈবা )

শ্রীপুখ্রম্বম নাতেক সিংহ ইং ১৯৩০ এপ্রিল থাদা পোকই। অপোকপগী মমিং শ্রীপুখ্রম্বম ইবোমচা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা শানোই দেবী কোই। মচিল মনাউ নুপা ৪ নুপী ২ পোকই। শ্রীসিংহনা অহননি।

**পোক্কফম লমদমঃ**—লিলোং চজিংদনি।

**শিক্ষাঃ**—ক্লাস সিক্স ফাওবা শিক্ষা ফংখি।

**গুরু বোরিবা**—শ্রীসিংহগী চহি ৮ লোম গুরকপা মতমদা আদি গুরু শ্রীতোম্বম ওজা চাউবা সিংহদা বোরিহ্না পুং তম্বা হৌখি। ওজা অসিনা তম্বীহ্না গৌড়লীলা, খুবাক ঈশৈ, অমসুং নুপামচা পালানচিংবা পুং য়ৈবা হৌখি।

ওজা অসিনা মথং মথং তম্বীহ্না রাসক, শ্রাদ্ধনচিংবা য়ৈবা ঙমলক্লুনা লৈবাক্তা শকখংলবা কলাকার অমা ওইবা হৌরকখি। হায়রিবা মতম অসি শ্রীসিংহগী চহি ২৪/২৫ গুরকপা মতমনি।

গুরুশিং:—মথংদা নিংথৌজম থোংজাওদা লৈবা শ্রী.পবম ওজা চাউবা সিংহদা মতম খরা পুং তমখি। মথংদা য়ুমনাম হুইদ্রোমদা লৈবা শ্রীয়ুমনাম ওজা তোম্বী সিংহদা চোলোম তমখি। অতুগী মতুংদা কৈরোইজম ওজা তোম্বা সিংহদা অমুক তমখি। মতম খরা লৈরগা শ্রীসিংহগী আদি গুরুনা শ্রীনাওরেম ওজা ধ্বজ সিংহদা পুংলোন অমসুং চোলোম তম্নবা শিনবিখি। অহৃদগী ওজানা থুপথ্রবদা মনিপুরগী মশক নাইরবা ওজা লক্ষ্মন হঞ্জবা, লৈশাংথেম ওজা তোম্বা, ওজা জন্ম সিংহনচিংবদা তমখি। অসিদা নত্তনা খুল্লক্কী ওজা মশক নাইরবা ওজাশিংগী মফমদসু তমখি।

য়ুম পানবাঃ—মশাগী চহি ২৪ শুরকপা মতমদা ৱাইখোম নিংথৌল গমভিনা দেবীগা লোইননা য়ুম্বান লম্বীদা থোংদাবা হংখি। মচা ৭ নুপা ২ নুপী ৫ পোকই।

ষ্টেট একাডেমীগী ফেলোসিপ—ইং ১৯৭৭ তা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী ফেলোশিপ ফংখি। শ্রীসিংহগী ওজানা ৱাইখোম ৺পার্থ সিংহ, ওজা গুলাপ সিংহ ওজা লাইশ্রম ৺ইবুঙোহল অপাবী অমসুং ওজা মৈতৈ তোম্বা সিংহনি।

পোষ্ট গ্রেজুয়েট—ইং ১৯৭৬ তগী ১৯৭৮ ফাওবা জৱাহরলাল নেহরু মনিপুরী ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট থাহনা ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি।

সমাজ সেবা ১দি মেডল ফংবা—মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অনিশুবা মনিপুর অপুম্বগী ওইবা মনিপুরী লোনগী নট ঈশৈ ফাংনবদা অকনবা শরুক য়াখি। অতৈ সংস্থানশিংনা শিনবা থৌরম কয়াদসু য়ারুবগী "শকখঙ চে" পীবিরকই।

ইং ১৯৮০ দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কী ৪৫ শুরবা মীফমদা অহানবা ওইনা সনাগী মেডল ফংখি।

**আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার :**—হৌজিক আকাশবানী ইম্ফালগী বি হাইগী কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি।

**টেম্পল বোর্ডকী পুংয়ৈবা:**—হৌজিক শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ডকী পালা য়াইমগী হিদং ওইনা গোবিন্দগী সেবা তৌরি।

**ভারত সরকারগী ফেলোশিপ**—ইং ১৯৮০/৮১ গী গভর্নমেণ্ট ওফ ইণ্ডিয়া মিনিষ্ট্রি ওফ এডুকেশন এণ্ড সোসিয়েল ওয়েলফিয়ার (ডিপার্মেণ্ট ওফ কলচর) দগী ফেলোশিপ (পুংগী) ফংদুনা রিসার্চ তৌরি।

**লম কোয়বা ১দি শো উৎপা:**—ইং ১৯৮১/১৯৮২ দা থংন থংননা দিল্লী, বৃন্দাবন, রাধা কুণ্ডনচিংবা মফম কয়াদা লমকোইবা অমদি শো উৎপা চংলুই।

**সেবকশিং:**—হৌজিক শ্রীসিংহগী মখাদা সেবক ৩০ (কুন্থ্রা) য়োম পুং তমলি।

## ২৯। রাজকুমার মধুবীর সিংহ

(অইবা/ওজা)

শ্রীরাজকুমার মধবীব সিংহ তাং ১০।১০।১৯৪২ ইং দা পোকই। অপোকপগী মমিংনা বাজকুমার ভাগ্যচন্দ্র সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা মোইরাংথেম নিংঙোল নিংথেম মচা ওবী মনিশিজ দেবী কৌই। শ্রীমধুবীর সিংহবু পোকপা পাবুং অসি মতম অমদা এম, পি, স্কুলগী ওজা ওইরম্মী। মরম অদুনা মপাবুংগী গুন অদু মচা ইবুংঙো অসিদসু লৈরম্মী।

**পোক্ফম লমদম:**—ইম্ফালদগী কিলোমিটর ১৮ য়োম লাপ্না লৈবা খুরুং ফবোয়াকচিং মনিং লৈকাইদা পোক্ফম লমদমনি।

মচিন মনাও নুপা ৫ নুপী ৫ পোকই। শ্রীরাজকুমার মধুবীব সিংহনা অনিশুবনি।

লৈফম—হৌজিক শগোলবন্দ থাংজম লৈরক ইম্ফালদা লৈরে।

শিক্ষা—এম, এ, ( ইংলিশ ) বি, এডনি।

মচাশিং—মচানুপা ২ মুপী ২ পোকলে।

থবক তৌবা—মনিপুর গভর্ণমেণ্ট হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ইংলিশ লেকচরর অমা ওইনা ১৯৭০ দগী থবক তৌবা হৌখি। হৌজিক জোনষ্টোন হায়ার সেকেণ্ডরী ইম্ফালগী ইংলিশ লেকচরর ওইরি।

অইবা ঃ—শ্রীরাজকুমার মধুবীর সিংহ অসি নহা ওইনা মী তিন্নবা হৈবা, মীনা নুংশিবা ১দি ফাগি পুবা মীশক অমনি। শ্রীমধুবীর সিংহ নহা ওইনা মমিং লৈরবা সমাজনা মশক খংলবা কবি অমনি। শ্রীমধুবীর সিংহগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং মথাদা ইবি ঃ—

১। মচু মচুগী অতিযা শোক ১৯৬৯ কবিতা ২। কায়রবা মৃত্তি উবগা শোক ১৯৭০ কবিতা ৩। মিয়াদ তাধবা ফাদোক শোক ১৯৭৪ কবিতা, হৌজিক লাইবিক অমা নমলি। মসিদা নত্তনা লাইরিক কয়ামরুম শ্রীমধুবীর সিংহনা ইবিরকখিগনি হায়না আশা তৌনরি।

## ৩০। শ্রীহৈস্নাম ইরাবোত সিংহ

( লাইবিক থিবা/অইবা )

শ্রীহৈস্নাম ইরাবোত সিংহ তাং ১০।১৮৫০ গী ২৪ নি মুমিত্তা পোকই। অপোকপীগী মিংনা কুঞ্জরানী দেবী কৌই। পোকমিন্নবা মচিন মনাও অহুমনি।

লৈফমঃ—শগোলবন্দ অথাম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষাঃ—ক্লাস IV ( ফোর ) ফাওবা শিক্ষা ফংখি। হৈথাম ওজা ৺বাপু সিংহ সাং কৈশামপাত্তা লৈবা ওজাদা সারস্বত ব্যাকরণ, গীতা চৈতন্য চরিত্রামৃতনচিংবা তমখি। মথংদা নাওবোইবম ওজাদা গৌরাঙ্গ লীলামৃত লক্ষ্মন দ্বিগ্বিজয় প্রভাস খণ্ডনচিংবা তমখি।

**শিনফম**—লাইরিক থিবনি। চহি ১৭ তা লাইরিক থিবা হৌই। **গুরুশিং**—শ্রীহৈস্নাম ইরাবোত সিংহনা মথাদা ইরিবা ওজা গুরুশিং অসিদা চংজহুনা লাইরিক থিবা তমখি। মথোগী মমিংদিঃ—আদি গুরু শগোলশেম ওজা কেশো সিংহনি। মথংদা পুখ্রম্বম ৺বাপু সিংহ উরিপোক্তা লৈবদা তমখি।

**য়ুমপানবা**—শ্রীসিংহগী চহি ২৮ শুরকপা মতমদা য়ুমপানবগী লম্বীদা খোংদাবা হৌখি। লোইনবীগী মমিংদি—১। থম্বালঙাংবী দেবী ২। মনি লৈমা দেবীনি। মচা ৬ পোকই।

**রেকোর্ডিং**—ডাঃ কপিলা বাতস্যায়ননা পুং ২ রেকোর্ডিং তৌখি। দিল্লীদসু সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা রাগ রাগিনী (লাইরিক থিবা হায়বগী) পুং অনিগী রেকোর্ডিং তৌখি।

**অইবা লাইরিক**—১। লক্ষ্মন দ্বিখিজয় হায়না কৌব লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা পায়ার ওইনা তাং ২০।৮।১৯৬৮ ইংদা ইছুনা কোংখি। ২। গৌরাঙ্গ লীলামৃতসু মৈতৈলোন্দা পায়ার ওইনা ইছুনা তাং ১১।৮।১৯৬৭ তা কোংখি।

**ফেলোসিপ**—মনিপুর স্টেট কলা একাডেমীনা শ্রীসিংহবু তাং ১৮।৪।১৯৭৭ ইংদা ফেলোসিপ (লাইরিক থিবগী) পীখি। মথাদা ইরিবা ওজাশিং অসিনা গাইড গুরু ওইবিখি। ১। শগোলশেম ওজা কেশো ২। পুখ্রম্বম ওজা ৺বাপু ৩। লৈতান্থেম ওজা মৈনো ৪। হুইদ্রোম ওজা অঙৌমচানচিংবনি।

**লম কোইবাঃ**—তাং ১২।৭।১৯৭৯ দা দিল্লীদা কোইরুরে। মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা নাম শোনবা চৎপদা কোইরুরে।

**সেমিনার**—শোক ২৩।৮।১৯৭৮ ইংদা সেমিনার তৌবা কান্দা "লাইরিক থিবগী নিয়ম ১স্তুং রাগ রাগিনী" পুথোকপদা শরুক য়াখি।

সেবকশিংঃ—

১। শ্রীলোংজম গৌরমুহন সিংহ কংলা শিফাই ২। শ্রীথুমুর্কচম নয়ন অরাং খুনৌ বস্তি ৩। শগোলশেম চন্দ্র সিংহ অবাং খুনৌ বস্তি ৪। শ্রীপুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ লাইরেঞ্জম বস্তি ৫। ইবোচৌবা শর্মা উংলৌ বস্তি ৬। শ্রী.শাইবম ইবোমচা সিংহ হরাওরোক বস্তি ৭। শ্রীবিশম্ভর সিংহ লৈকিন্থবী বস্তি ৮। লাইশ্রম চাওবা সিংহ মৈজ্রাঙ বস্তি ৯। তোম্বা সিংহ পাংশোই বস্তি ১০। কোনশম নরজিৎ সিংহ শাংজিং বস্তি ১১। শ্রী:কোনশম চন্দ্রকুমার সিংহ ত্রোংলাউবী বস্তি ১২। থোদাম জয় সিংহ ত্রোংলাউবী বস্তি ১৩। শ্রীকোকঙাং সিংহ নরান শৈঙ্খ বস্তি ১৪। শ্রীলাইশ্রম উদয সিংহ নম্বোল বস্তি ১৫। শ্রীচন্দ্র সিংহ ইরেংবম বস্তি ১৬। শ্রীখোংনেম সিংগী ইরেংবম বস্তি ১৭। শ্রীবাইখোম মনি সিংহ থোবাল বস্তি ১৮। শ্রীনিতাই সিংহ ক্ষেত্রি লৈকাই। ১৯। শ্রীনিমাই সিংহ সোবৌ খোংজিন বস্তি ২০। শ্রীলাইশ্রম ইবোতোম্বী সিংহ হৈবোক বস্তি ২১। শ্রীলাইশ্রম ইবুংঙো সিংহ হৈবোক বস্তি ২২। শ্রী ইবোবী সিংহ শত্রাম বস্তি ২৩। শ্রীনরহরি সিংহ তেন্থা বস্তি ২৪। শ্রীরংহেবম কোন্দুম সিংহ আবাপ্তি বস্তি ২৫। শ্রীপিশক সিংহ মোইবাং বস্তি ২৬। শ্রীবাবুমচা সিংহ মোইরাং বস্তি ২৭। শ্রীখোইস্নাম নবদ্বীপ সিংহ লুকের বস্তি।

শ্রীসিংহ অসি হৌজিক্কী মতমদা মনিপুর ১দি মনিপুরগী মপান্দা থোইদোক হেন্দোক্না মমিং লৈরবা কলাকার অমনি। শ্রীসিংহ অসিনা মতুংদস্থ লাইবিক কয়া ইরকথিগনি হায়না আশা তৌনরি। ঙোইননা মাগী মতিক চারবা সেবকশিংস্থ থোক্লকথিগনি নিংই।

———

## ৩১। শ্রীপুখ্রম্বম বিপিন সিংহ

( জগোইগী ওজা,/ডাইরেক্টর )

শ্রীপুখ্রম্বম বিপিন সিংহ ইং ১৯১৮ অগাষ্ট তাং ২৩ দা পোকই। অপোকপগী মমিং পুখ্রম্বম লোইখোমস্না অমস্নুং অপোকপীগী মিংনা থৌচোম নিংথোল ইন্দুবালা দেবী কোই। মচিল মনাও মুপা ৬ অমস্নুং মুপী অমগা ৭ পোকই।

পোক্লফম লমদম—শিলচর তাউন মনাক্তা লৈবা শিঙ্গারী কোবা খুলদা পোকই। মপা পোকপা মবুধৌ অসি ভাইখোং খুঙ্গাওদগীনি। মৈতৈ মাইবা শাবা কাছাড়দা চংপদগী কাছাড়দা লৈখিবনি। মমিংনা তোনা সিংহ কোই। পুংস্নু তৌরম্মী।

শিক্ষাঃ—পাঠশালা ফাওবা তমখি। মশানা হোৎনবদগী হিন্দী, অঙ্গ্রেজী, বাঙ্গলানচিংবা নিংথিনা হৈখি।

কলাবিদ্যাঃ—চহি ৭ শুবদগী কৃষ্ণ শাবা হৌখি। ওজা থোকচোম পদ্ম সিংহ অমস্নুং ওজা মেরা সিংহ নচিংবা ইমফালগী ওজাশিং অসিনা তম্বীখি। লোইননা রাজকুমার কৃষ্ণপ্রসাদস্নু জগোই তম্বীবদা য়াওখি।

পুং তম্বাঃ—ওজাগী মমাগা পোকমিন্নবা শ্রীথোকচোম গিরিধর সিংহদগী চহি ১১ শুরকপদা পুং তম্বা হৌখি। শ্রীবিপিন সিংহগী অপোকপীগী মমা অসি খুবাক ঈশৈ শকপী, জগোই রাসকী গোপীনচিংবা য়াওহুনা মতম অমদা ঈশৈ য়াম্না নিংথিনা তৌরম্বী মীশক অমনি।

জগোই তম্বা হৌবাঃ—১। শ্রীমৈস্নাম ওজা ৺অমুবী সিংহদা অহানবা ওইনা জগোই/ঈশৈ তম্বা হৌখি। ২। শ্রীহাওবম ওজা ৺অতোম্বা সিংহ ৩। শ্রীতখেনচংবম ওজা ৺অমুদোন শর্ম্মানচিংবদা জগোই ১দি ঈশৈ তমখি। ৪। শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বী দেবীদস্নু জগোই অমদি ঈশৈ তমখি। শ্রীবিপিন সিংহনা মপুং ওইনা য়াম্না মতম শাংনা খলহৌবা

ওজাদি ˘অমুদোন শর্ম্মানি। হৌজিক শ্রীসিংহনা হৈবিবা জগোই ১দি ঈশৈ মপুং ওইনা ˘অমুদোন শর্ম্মা ১দি ক্ষেত্র তোম্বীগীনি। ৫। শ্রীশরাংথেম ওজা তোম্বাসিংহ ময়াম্না মৈতৈ তোম্বা হায়না খংনবা ওজা অসিদগী মরু ওইনা পুং তমখি।

**মুমপানবাঃ**—মশাগী চহি ২৩ শুবকপা মতমদা মোইরাংথেম নিংতৌল মনোরমা দেবীগা সাং ঝাক্কিরবন্দা লৈবীগা লোয়ননা লুহোংলুনা মুম পানবগী লম্বীদা খোংদাখি। মচানুপা ৫ নুপী ২ (অমাং ৭) পোকই।

হৌজিক পেবম নিংতৌল কলাবতী দেবীসু পুন্সিগী লোইনবী অমা ওইরি। মচানুপী অমা পোকলে।

**থবক তৌবাঃ**—ইং ১৯৫৯ দগী ওজাশিংগী মতু ইন্দনা কলিকতাদা জগোই তম্বীবগী ওজা ওইবা হৌখি। ইং ১৯৫৬/৫৭ তা গোবিন্দজী নর্ত্তনালয়গী প্রিন্সিপাল ওইখি। ইং ১৯৭২ দা মনিপুরী নর্ত্তনালয় লিংখৎখি। সংস্থান অসিগী হৌজিক ডাইরেক্টর ওইরি।

**লাইরিক ইবা ঃ**—মনিপুরী নর্ত্তন কৌবা লাইরিক অমা হিন্দী ১স্থুং বঙ্গলাদা ইদুনা ফোংলে। অইবীশিংদি দর্শনাঝরেবী ১ দি কলাবতী দেবীনি। শ্রীসিংহগী লমজিং মখাদা লাইরিক অসি ইবনি।

**মনা-মথুমঃ**—মহারাজ বোধচন্দ্রগী মনা হাপ্তক্তা হপ্তবা ওইখি। লোইননা নর্ত্তনাচার্য্য হায়বা উপাধি অমসু ফংখি। বেঙ্গলগী মফম কয়ামকমদগী প্রমাণ-পত্র কয়ামকম পীবকখি।

**সঙ্গীত নাটক একাডেমি এৱার্ড**—ইং ১৯৬৫ দা সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা ভারতকী অথোইবা কলাকার অমনি হায়না শক খংদিনুনা ভারতকী অথোইবা মনা "সঙ্গীত নাটক একাডেমি এৱার্ড" পীবিখি।

**লম কোইবা ঃ**—কলাকার অসি ভারতকী মফম অযাম্বদা কোয়রুরে। ১৯৪৫ ইংদা ইউরোপতসু কোয়রুরে।

**ইণ্ডিয়ান বেলেট্টা ওজা ওইবাঃ**—মেনকা মেডাম হায়না মমিং চংলবী উদয় শঙ্করগা (মোর্ডন্দা) লেপ্পা ওইনা ক্লাসিমিন্নবী (ক্লাসিকেল) দা

কাওরবী মেনকা ইণ্ডিয়াম বেলেটতা শ্রীসিংহ অসি মৈতৈ জগোই য়াসকী ওজা ওইরম্মী।

দান তোবা:—শ্রীসিংহনা লুপা ১০০/- দান তোদ্বুনা মৈতৈ ময়েক ওর্গনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশন মনিপুর হেড ওফিস উরিপোক নাউরেমথোংগী সাহায়ক সদস্য অমা ইং ১৯৬৫।৬৬ তা ওইখি।

অপাম্বা—শ্রীসিংহ অসিনা মৈতৈ জগোই প্রচার তৌদুনা পুন্সি লেনবা পামই হায়না তাকপিরকই। চহি ৪০ রোম মৈতৈ জগোই চাও-খৎনবা হোৎনবিরক্লবা কলাকার অসিনা হায়রিবা বাহৈ অসি অঙকপা নত্তে। শ্রীসিংহগী অনিংবা থুংবা ঙম্বা ঈশ্বরনা, পীনবিসনু।

· গুরুশিং—মনিপুরগী অফাওবা ওজাশিং শুনা খনখি।

---

## ৩২। ব্রহ্মচারীময়ুম অমুস্না শর্ম্মা
### ( লাইয়েকপা/শাবা )

শ্রীব্রহ্মচারীময়ুম অমুস্না শর্ম্মা শকাব্দ ১৮৪১।৫।২৪ লাংবন থাগী ১৭ নি পানবা ঈরাই মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺চন্দ্রেশ্বর শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগী মিংনা ককচিংতাবম নিংঙোল ব্রহ্মচারীময়ুম ওংবী কৈনাহল দেবী কৌই। শ্রীশর্ম্মা মথন্তা তাঙনা পোকই।

পোক্লফম লমদম:—থোংমন পণ্ডিত লৈকাইদনি।

শিক্ষা:—সংস্কৃত আদ্য ফাওবা তমহৌই।

লাইশাবা তম্বা—মশাগী চহি ৭/৮ লোম শুরকপা মতমদা শ্রীশর্ম্মাগী মাতুল ককচিংতাবম লালবাপু শর্ম্মাদা ওজা ওইনা লাইশাবা তম্বা তৌখি। মাতুল অসিনা লাইশাবা ( দেবী শাবা ) উবদগী শর্ম্মাগী পুক্লিংদা লাই শানিংবগী র খল পোকখি। নোংমা শ্রীমংশিদম কালাচাঁদ সিংহনা

চুড়াচাঁদ মহারাজগী মমাশিজ ইবেম্মগী অম্বিশঙ্কয় নংনবা লাট (কোটো) য়েকপা উবদা ওজাদা শর্ম্মানা পুক্লিংদা ওজা অমা ওইনা বোরিখি।

বোরিবা—চহি ১৫ রোম শুবকপা মতমদা শ্রীশর্ম্মানা ওজা অসিদা য়েকপা ১দি শাবগী বোরিখি।

য়ুম পানবা—চহি ২২ শুরকপা মতমদা ফুরাইলাৎপম নিংঙোল থম্বালঅঙোৱী দেবীগা লোইননা লুহোংতুনা য়ুম পানবগী লম্বীদা খো দাবা হৌখি। মচানুপা ২ মুপী ৭ পোকখি।

শিনফম —চহি ১৬ রোম শুবদগী লাইয়েকপা অমদি লাইশাবগী শিনফম অসি খোংদাবা হৌখি। শিনফম অসিনা শ্রীশর্ম্মাবু পুন্সিচুপ্পা থাক্কদৌবি।

সমাজ সেবা:—"হিন্দী বিদ্যা ভবন" কৌবা সংস্থান অমা খোংমন পণ্ডিত লৈকাইদা লিংখৎখি। সংস্থান অসিগী সেক্রেটরী শ্রীশর্ম্মানা ওইরম্মী। সংস্থান অসিদা হিন্দী তম্বীবা, লাইযেকপা তম্বীব, হকশেল কাংলোন তম্বীবা অমসুং মনা মশীঙ (হিদাক লাংথক) থাবগী থবক তৌবম্মী। শ্রীশর্ম্মানা লাইযেকপা ১দি লাই শাবা তম্বীবম্মী। বোধচন্দ্র কলেজগী টার্ম অনিবক গার্জিয়ান রিপ্রেজেন্টেটিভ ওইখি।

ফাইন আর্ট—শোক ১৯৫৫ রেজিষ্টার তৌতুনা ফাইন আর্টস এণ্ড অর্টিষ্টিক ৱার্ক্স কোঃ ওপঃ সোসাইটি লিমিটেড (রেজিঃ নম্বর ২৫) লিংখৎখি। ওজা কালাচাঁদ সিংহনা প্রসিডেন্ট অমসুং শ্রীঅমুসা শর্ম্মানা সেক্রেটরী ওইখি।

ভোলুণ্টরী পার্টিঃ—চাওরাক্লা শোক ১৯৫০ গী অক্টোবরদা ভোলুন্টরী পার্টি অমা শেমগৎপদা শ্রীশর্ম্মাসু মেম্বর ওইনা য়াওখি। পার্টি অসিনা খোংমন পণ্ডিত লৈকাইগী মরুওইবা সড়ক অসি শেমখি। মতুংদা সরকারনা লৌশিনবিখি।

ভদ্রজয়ন্তি—শোক ১৯৭৩ দা ভদ্রজয়ন্তি পাংথোকখি। শ্রীশর্ম্মানা সেক্রেটরী ওইখি। ভদ্রজয়ন্তিগী থারী অমদি ফোটো অসি ওজা ভদ্র সিংহগী সেবক মংশিদম ৺কালাচান্দ সিংহনা মাগী সেবক অমুম্না শর্ম্মাদা পীবিরম্বদগী পাংথোকখিবনি হায়।

মনিপুরী চিত্র কলা—১৯৬৮ ইংগী ডিসেম্বর তাং ২৭, ২৮, ২৯ (মুমিং হুম্নি চুপ্পা) মনিপুরী চিত্র কলা ভদ্র সিংহগী চাম্মা শুবা মপোক কুমওন্দা পাংথোকখি। মসিগী জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীশর্ম্মানা ওইবিখি।

মনা—১৯৮০ ইংদা ভাগ্যচন্দ্র শামু ক্ষাবগী মুত্তি শাবদা মনিপুর সরকার (ইণ্ডষ্ট্রি বিভাগ) না মনা ওইনা লুপা ১০০০/- (লিশিং অমা) গা সিল অমসুং সার্টিফিকেট অমগা শ্রীশর্ম্মদা পীবিখি।

লম চৎপা—শোক ১৯৫৫ দা দিল্লীদা রিপব্লিক ডে দা টেবলোক ডিজাইন—"ভারত মাতা" গী মূর্ত্তি শারগা হেণ্ডলুম প্রডক্সন মনিপুরগী পুথোকখি। ১৯৫৭ ইংদা দিল্লীদা হিয়াং তান্নবগী টেবলোক শাবা চৎলুই। ১৯৫৮ ইংদা টেবলোক "মনিপুবী ফিশিং গারল" ডিজাইন পুথোকখি। ১৯৭৪/৭৫ ইংদা সিঃ সিঃ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী "চুড়াচান্দ" মহারাজগী মূর্ত্তি" অমা শাখি।

ইণ্টরনেসনেল এগজিবিসন:—১৯৭৯ ইংদা ইন্টরনেশনেল একজিবিশন (প্রগতি মৈদান নয়ী দিল্লী) দা নটবরবেশ ধারী কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা উনা শাহনা উৎখি। মহুগী চথোক চৎশিনগী ভাড়া পুম্বা সরকারনা তৌবিখি।

জ্ঞান তানশিনবা—১৯৬০ ইংদা বিশ্ব ভারতী শান্তি নিকেতন্দা মুমিং ১১নি চুপ্পা লৈহনা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর গী থাশিং কলারগী মরমদা জ্ঞান তানশিনবা চৎলুই। ১৯৭৩ ইংদা কলিকতা চৌরঙ্গী রোডতা আর্ট কলেজদা স্কলপচরনচিংবগী মরমদা থিজিনবা চৎলুই।

অপাম্বা—মনিপুরগী কলচরেল হিষ্ট্রিদা মমিং লৈরবা শামুদোন অয়াংবনচিংবা অসিগী মূর্ত্তি শাবা ১দি মেকপনচিংবা পুথোকপা পাম্মি।

থবক তৌবা—ইং ১৯৭৩ দা মনিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা কলাকার অমা ওইনা থবক তৌরম্মী। শ্রীশম্ম'দা সরকারগী থবক পাননবরগী লোকখি।

## ৩৩। শ্রীকারাম্বম গৌরচান্দ সিংহ

( পুং য়েবা )

শ্রীকারম্বম গৌরচান্দ সিংহ শকাব্দ ১৮৩৭ কী তাং ২৪ হিয়াংগৈ থাগী ৮ নি পানবা নোংমাইজিং মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীকাত্রম্বম নবাং সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা থম্বাল দেবী কৌই। পোকমিন্নবা মচিন-মনাও ৪ নি।

**পোক্লফম লমদম:—** লম্বাল হায়না কৌবা লমদম অসিদা শ্রীসিংহগী পোক্লফমনি।

**শিক্ষা:—** ইবা পাবা থোকই। অরাংবা থাকী মহৈ তমখিদে।

**পুং তম্বা:—** চহি ১১ শুরকপা মতমদা পুং তম্বা হৌখি। শ্রীনিংথোজম খোইরোম সিংহ সাং চিংঙা মখাদা লৈবা ওজা অসিদা যোমিন্নুনা পুং তম্বা হৌখি। মথাগী চহি ২০ শুরকপা মতমদা মাইবম চাওবা সিংহ সাং থাংজম লৈয়ঙা লৈবা ওজা অসিদা পুং তমখি। ওজা অসিনা শিন-থিন্নবা খুবাক ঈশৈগী পুং য়েবা অহানবা ওইনা হৌখি। খুবাক ঈশৈ থাংনী ঈশৈ হননবদি—এলাংবম ইলেকাইদা লৈবা ওজা ৺গুলাপী সিংহনি।

**যুমপানবা—** মখাগী চহি ২৪ শুরকপা মতমদা তাকয়েল খোংথাংদা লৈবী শৌংজম নিংথৌজা গম্ভিনী দেবীগা লুহোংহুনা যুমপানবগী লম্বীদা খোংথাবা হৌখি। মচানুপা অনি পোকখি।

সমাজ সেবা—কলাবিদ্যা ভবন লমশাংগী কার্য্যকারী কমিটিগী মেম্বর অমা ওইরি।

থবক তৌরাঃ— কলাবিদ্যা ভবন লমশাং বজারগী মহাবিদ্যালয় অসিগী শুংগী ওজা ওইনা থবক তৌরি। ওজা অসি অবাং মোংচুপ লম অসিগী প্রজাশিংনা শকথংবিরবা কলাকার অমনি। ওজা অসিগী চহি ৭০ শুরে।

মেথকশিংঃ— ১। মাইবম কুমার সিংহ হাওরং কৈরেম বস্তি। ২। নিঙোম্বম জয়কুমার সিংহ লাইরেনকাবী বস্তি ৩। মোংথোম্বম কামেশ্বর সিংহ লাইরেনকাবী বস্তি ৪। লাইশ্রম কুঞ্জো সিংহ লমশাং বস্তি ৫। মাইখোম বাবু সিংহ।

## ৩৪। শ্রীথেংগোম কালা সিংহ

( ঈশৈ শকপা )

শ্রীথেংগোম কালা সিংহ শকাব্দ ১৯৩৩ গী (ককচিং চাওবনা চৈথাবা কুম) তাং ২০ পোইনুগী পুনিমা য়ুমশকৈশ ঙুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীথেংগোম চাওবা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা অঙো দেবী কৌই। মচৈ অমগা শ্রীসিংহগা মচিন মপ্না মথোই অনিতমক পোকই।

পোক্কফম লমদমঃ— অথাম বস্তিদনি।

শিক্ষা—ইবা পাবা হৈ। লাইবক থিবদগী অরাংবা থাক্কী মহৈ তমখিদে। মশাগী চহি ৭ শুরকপা মতমদা লমশাং এল, পি, স্কুলদা অনিশুবা কাওবা তমখি। চনম্বম ওজা ভাবোক্তা থাঙ্গাঙী তমখি।

ঈশৈ তম্বাঃ—দাং লমাঙ্খং মখোংদা ঈলবা খোইরোম ওজা গৌরমনি সিংহদা খোরীছুনা ঈশৈ তম্বা হৌখি।

**য়ুমপানবা**—মশাগী চহি ২৮ শুৱকপা মতমদা শাইরেম খুন্দা লৈবী হুইবেম নিংথোল খুরায় লৈমাগা য়ুমপানবগী লন্থীদা থোংদাখি। চহি ২ লৈরগা খাইনখিহুনা ফুমলোদা লৈবী নোংমাইথেম নিংথোল সনামতোল দেবীগা নোনা য়ুমপানবগী লন্থীদা অমুক খো দামিন্নখি। মচানুপা অমা পোকখি।

ওজা গৌরমনি সিংহদা চহি ১০ রোম ঈশৈ তমখি। ওজা অসিনা তন্থীবদগী থাংমৈবন্দা কুম অমা ঈশৈ শকহনবিখি। মহুদগী হৌনা মরুপ মপাংশিংনা কলাকার অমনি হায়না শক খংবা হৌখি।

**থবক তৌবা ৷দি সমাজ সেবা**—কলা বিদ্যা ভবন লমশাংগী কার্য্যকারী কমিটিগী মেম্বর অমনি। কলা বিদ্যা ভবন লমশাংগী সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় দ ঈশৈগী ওজা অমা ওইনা থবক তৌবি।

ওজা অসি মাইকৈ অশোমগী মীনা মশক খংলবা কলাকার অমনি। ওজাগী সেবক কয়ামকম পোকখ্রে। মহুগী মমুংদা ১। কাহুম্বম বুল সিংহ সাং লম্বাল বস্তি ২। থৌনাওজম পলান্দো সিংহ লমদেংনি।

# ৩৫। শ্রীকৈসাম মনি সিংহ

## ( মুহার/অমাইবা )

শ্রীকৈশাম মনি সিংহ শকাব্দ ১৮৩৬ কী শগোলশেল মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীকৈশাম জয় সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা লেম্বী দেবী কৌই।

**পোক্কফম লমদম ঃ**—লমশাং কাংচুপ রোডতনি।

**শিক্ষা**—ইবা পাবা চংনবা য়ানা হৈ।

**ঈশৈ তম্বা**—মশাগী চহি ১৫ দা ঈশৈ তম্বা হৌখি। লাইশ্রম লৈরক নাওরেমথোংদা লৈবা ওজা লাইশ্রমগী মাইপাক্তা বোরিহুনা মুহার

চোলোম ১দি ঙৈশে তম্বা চৌখি। মথংদা পাংশোইদা লৈবা ওজা তাওরেম গৌরচান্দ সিংহদা অমুক তমখি। অরোয়বদা থুরাই শোইবম লৈকাইদা লৈবা ওজা গোবর্দ্ধন সিংহদা তমখি।

**লোইশঙ কাবা**—ওজা গোবর্দ্ধন সিংহনা পুবিদুনা লোইশঙ কাবা হৌখি।

**অমাইবা**—পণ্ডিত লোইশঙদা মতম থরা বাংশেম চাওবী সিংহ পণ্ডিত য়াইমনা পুখৎপিদুনা অমাইবা অমা ওইনা লৈবাক্তা থোগল ফংখি। অমাইবা ওইনা লৈবা মতম অসিদা মনা মথুম খামেন চথা, লমথাং খুল্লক সনাগী খুজি, তাললচিংবা কয়া ফংখি।

**য়ুমপানবাঃ**—মশাগী চহি ২০ শুরকপা মতমদা অচোম লৈকায়দা লৈবী চোংথাম একাশিনী গা লোয়ননা লুহোংদুনা য়ুমপানবগী লম্বীদা খোংদাবা হৌখি। মচানুপা ৩ পোকখি।

**থবক তৌবা ১দি সমাজ সেবা ঃ**—ওল মনিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটি, উরিপোক নাওরেমথোংগী জেনরেল বোর্ডগী মেম্বর অমা ওইরি। হৌজিক কলাবিদ্যা ভবন লমশাংগী মহাবিদ্যালয়গী তুহারগী ওজা ওইরি। কলাবিদ্যা ভবন লমশাংগী কার্য্যকারী কমিটিগী মেম্বর অমা ওইরি।

## ৩৬। শ্রীঅঙোম পরশুরাম সিংহ

(অমাইবা)

শ্রীঅঙোম পরশুরাম সিংহ ইং শোক ১৮৯০দা পোকই। অপোকপগী মমিংনা শ্রীঅঙোম রূপো সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা রসবতী দেবী কৌই।

**পোক্কফম লমদমঃ**—অবাং শেকমাইদনি।

শিক্ষাঃ—মপা পোকপা মপু খ্বাইরাকপম চ'ন্দো সিংহদা থর্বো'ন নৈবা তম্বা হৌখি। মথ দা মাতুল শ্রীকর্ম্ম সিংহদা মৈতৈ লাইরিক, পুয়ান-চি'বা হিরম কয়া তম্বা হৌখি। মতম অদুদা মৈতৈ ময়েক কম্না চৎনরম্মী মরম অদুনা ওজা অসিনা মৈতৈ ময়েক্তা মাই ওনশিনখি। মৈতৈ ময়েক নত্তনা অতৈ অতোপ্পা লাইরিক ময়েক তমখিদে।

কম হাপ্পা—অমাই চাম্বা গুরু অমস্নং তোকপিযা পণ্ডিতনা অরা শেকমাইপ্পী লাই কৌক্রুপী সেবা চৎনবা পণ্ডিত অমা ওইনা হাপ্পীবম্মী। চহি ১৫ চুপ্পা কষ্টমপ্পী সেবা তৌখি।

ইরাৎ থৌনিগী থবক তৌবা—খুৎ তবেৎকী মকোক ওইদুনা ওজানা যুমদা ইং শোক ১৯৫০-৫১ দগী অঙাংবা লাইয়েংবা হৌখি। চুপশা মোইথেম তম্বা, লাই হবাউবগী থবক, লাই লৌখৎপা, লাই লোইশিনবা অমস্নং লাইশোন তিনশোনগী থবক থৌবম কযা তৌরকখি। লোইননা মতম অদুগী চৎনবীপ্পী মতুং ইন্না মাওব মপুন্স ওইখি।

থোইদোক হেন্দোকপা—ওজা অসি মৈতৈ ময়েক অমদি মৈ'তৈ ময়েকনা ইবা অরিবা সাহিত্য অমদি তিনশোল লাইশোল কযা মরুমগী থোইদোক হেন্দোক্লা খঙ-'হববা পণ্ডিত অমা ওইবম্মী।

সমাজ সেবা—নিখিল মনিপুরী মহাসভাগী ওর্গেনাইজরস্নু ওইরম্মী। অরাং মাইকৈগী উমং লাইগী মবমদা খঙ'হবা মীশক অমনি।

উপাধি পীবা—মনিপুরগী চৎনবক্লিবা অনাবা লাইযেং অমদি তিনশোন লাইশোন অমস্নং উমং লাইগী মবমদা ওজানা তৌবক্লিবা সেবাবু ইকায খুম্নবা উত্তুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৪০ শুবা মীফমদা "অমাইরেম্বা" হায়বা মিংথোল অসি পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

---

## ৩৭। কৈথেল্লাকপম চন্দ্রকুমার সিংহ

( অইরা )

শ্রীকৈথেল্লাকপম চন্দ্রকুমার সিংহ বাংলাদেশকী সিলেট জিলাগী মন্নুং চনবা গোবর খোলা কৌবা খুন্নং অমদা পোকখি।

**শিক্ষাঃ**—মতম চানা অহল লমনশিংনা লাইরিক তমহনখি। ইং শোক ১৯২২ দা মেট্রিক পাস তৌখি। লমদম অসিদা অৱাংবা থাক্কী মীহ মশিং তম্নবা কলেজ লৈরমদে। মরম অহুনা মখা তমপখিদে।

**থবক তৌবাঃ**—ইং শোক ১৯২৪ দা ত্রিপুরাগী খোৱাইদা মাইনর স্কুল অমগী ওজা অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। মতম শাংনা ওজা অমা ওইনা থবক তৌরবা মতুংদা ওজাগী শিনফমদগী পোথাখি।

**সমাজ সেবা ঃ**—খোৱাইদা মৈতৈ ছাত্রশিংগী লৈফমগী খুদোং-থিবা কোক্লনবগীদমক্তা মৈতৈ মচাশিংগীদমক্তা বোর্ডিং লিংখৎলুনা মতেং পান্নবীরম্মী।

**মনাফংবাঃ**—ত্রিপুরাগী খোৱাই হায়না কৌবা লমদম অসিদা লাইব্রেরী অমা লিংখৎলুনা নিংথিনা শেমগৎ শাগৎপগীদমক্তা ত্রিপুরা সরকারনা মনা পীখি। ইং শোক ১৯৬২দা অফবা স্কুলগী ওজা অমা ওইনা জাতিগী মনা ( নেশনেল এৱার্ড ) ফংখি।

**লাইরিক ফোংবা ঃ**—১। ইং শোক ১৯৩৮ দা অহানবা ওইনা "মৈতৈ লোন" কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা ফোঙখি। ২। ১৯৫৫ ইং দা মর্ত্যগী পরিজাত লৈরাং" হায়না কৌবা নাটক অমা ইদুনা ফোঙখি।

**উপাধি**—মনিপুরগী মপান্দা লৈবশিংগী মন্নুংদা মৈতৈলোন ১দি মৈতৈ সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনখিবা লমজিংবশিংগী মনুংদা অমনি। ওজা অসিনা তৌখিবা সমাজ সেবা অমসুং সাহিত্য সেবাবু খঙবিদুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ৪০ শুবা মীফমদা অথোইবা সাহিত্যকার অমনি হায়না শীংথানদুনা "সাহিত্য ভুষন" হায়বা উপাধি অসি পীবিখি।

## ৩৮। শ্রীমতি সনবাম নিংথৌজম ইবেমচা দেবী

( সূত্রধারী )

শ্রীমতি সনবাম নিংথৌজম ইবেমচা দেবী ইং শোক ১৯৫১দা পোকই। অপোকপা শ্রীশনবাম ৺মনিকচাঁদ সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিং ৱাহেংবম নিংথৌজম ৺তোম্বী দেবী কোই। শ্রীমতিবু পোকপা পম্মৌ অসি নট ঈশৈ তৌরম্মী। মচে অমগা মখোই অনি পোকই শ্রীমতিনা অংতাম্বীনি।

পোক্লফম লমদম—ভাইবাংবম বস্তিদনি।

শিক্ষাঃ—স্কুলগী শিক্ষা থোইনা লৈতে। লাইরিক ময়েক্তি চংলি।

কলাবিদ্যাঃ—৺কোংবমাইলাংপম নদীয়াচাঁদ শর্ম্মা গা ৺ক ছবম লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিদা নটকী ঈশৈ তম্বা হৌখি। ওজা অসিনা শ্রীমতিগী দীক্ষা গুরুসু ওইবিখি। মথংদদি অতৈ গুরুশিং অয়াম্বদগী অহেনবা ওইনা ঈশৈ তমখি।

সুত্র তম্বা--সুত্রগী ঈশৈনা স্বর্গীয়া ইবেমনি দেবী, শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী অসিনচিংবনি।

জগোই তম্বাঃ—জগোইগী গুরুনা গৌরচন্দ্র, গুরু ভক্তোবা অমদি গুরু অমুদোন শর্ম্মা পদ্মশ্রী অহুম্মক্তা তমখি। মনিপুরগী মফম খুদি মক্তা গোপী ওইনা শরুক য়াখি।

য়ুম পানবা—মশাগী চহি ১৮ শুবদা য়ুম পানখি। মচা মশু কনাসু লৈতে।

ঈশৈ শকপা—পীক্লিভৈদগী হৌনা ঈশৈ শকপা হৌখি। নহা ওইবিভৈদা থুবাক ঈশৈ সুপী পালানচিংবদা শরুক য়ারমই। মথংদা রাসকী সূত্র শকপা হৌখি। হৌজিক শ্রীগোবিন্দগী সূত্রধারী ওইবি।

থবক তৌবা—শ্রীশ্রীগোবিন্দ নর্ত্তনালয়দা ঈশৈগী ওজা ওইনা থবক তৌবকপা চহি ২০ হেল্লে।

**সনাগী তকমান:**—ইং শোক ১৯৭০ দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "সনাগী তকমা" অমা পীরিবিখি।

**লম কোয়বা:**—ভারতকী মকম অয়াম্বদা গোবিন্দজী নর্ত্তনালয়গী ঈশৈ শকপী ওইনা লম কোয়বা চৎলুরে।

নর্ত্তনালয়গী থবক তৌনা তৌনা হৌজিকসু সংকীর্ত্তন (নুপী) অমদি রাসনচিংবদা সূত্র ওইনা থবক তৌরি।

# ৩৯। শ্রীপাউনম রাধামোহন সিংহ

(ঈশৈ শকপা)

শ্রীপাউনম রাধামোহন সিংহ ইং শোক ১৯০৯ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীপাউনম চুড়া সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা পাউনম ওংবী হৈয়াই দেবী কৌই।

**পোক্লফম লমদম:**—কাছারগী লক্ষীপুরদা পোকই।

**শিক্ষা:**—পাঠশালাদা শিক্ষা ফংখি।

**কলাবিদ্যা তম্বা:**—শ্রীসিংহ অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা কলাবিদ্যা অসি য়াম্না পাম্না হৌরকই। অপোকপসু লৈবাক্না শক খংলবা কলাকার অমা ওইরম্মী। মচানা পামজবগী মতুং ইন্না অপোকপনা মচাবু লাইরিক তম্বা লোইব ফাওবা ঙাইরগা মতুং ইলহন্দুনা ঈশৈ তৌফম অমদি শকফমশিংদা পুবিরম্মী।

**মনিপুরদা ঈশৈ তম্বা:**—কলাকার অসিগী মশাগী চহি ১৮ রোম শুরকপা মতমদা মনিপুরদা লাক্লুনা ওজা শ্রীনোংমাইথেম চাইগোই সিংহ সাং বাংথৈ লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিদা ঈশৈ মতম খরা তমখি।

**মহারাজনা শোঞ্চরবা মীওইশিং লৌখৎপা** —মহারাজ চুড়াচাঁদ সিংহ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই, না শিন্দুনা তৌখিবা জিরিবামগী জাকুৱাদরদা লৈবা শোঞ্চরবা কাঙলুপকী মীওইশিং লৌখৎপগী থৌরমদা শরুক য়াখি। অপোকপা চুড়া সিংহবু মহারাজগী স্না য়াথং মতুং ইন্না শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা থৌগল ফংননবা তাকপিরকপদা কলাকার অসিন্থ অপোকপগী তুং ইন্দুনা থৌগল তৌবা য়াওরুই।

**মহারাজ বীরবিক্রমগী থৌগল**—মথংদা ত্রিপুরাগী লৈলা সহরদা শ্রীযুৎ বীরবিক্রম মহারাজগী থৌগল তৌরুই।

**ৱার ফগুা তেংবাঙবা**—ত্রিপুরাগী মহারাজনা অনিশুবা লাঞ্জাওদা ব্রিটিশপু মতেং পাংনবা "ৱার ফগু"গী শেল খোমগৎপদা ঈশৈ শক্তুনা তেংবাংখি।

**মনা-মথুম**—ত্রিপুরা মহারাজদগী মনা মথুম স্না-খুজিনচিংবা ফংখি।

**উপাধি**—মনিপুরী নট সঙ্কীর্তন গী মরমদা পুন্সি কংপোকলক্লবা কলাকার অমনি হায়না থংবিহুনা ওঞ্জাগী গুনবু শিংথানবা ওইনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ৪০ শুবা চহিগী মীফমদা "সঙ্গীত রত্ন" হায়বা উপাধি পীহ্ননা ইকায় খুম্নখি।

## ৪০। শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহ বিঃ, কম্ন

( অইবা/সমাজ সেবক )

শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহ তাং ১৫। ৪। ১৯১৯ ইংদা পোকই। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিং মথংশিংনা রাজকুমার গুনেন্দ্রজিৎ অমসুং অতোমলৈমা দেবী কৌই।

**পোক্লফম লমদমঃ**—থাংমৈবন্দ খোয়াথোং ইম্ফালদনি। ইচিল ইনাও মুপা ৩ মুপী ১ পোকই।

শিক্ষা—শোক ১৯৩৮ দা বঙ্গালী হাইস্কুলদগী কলিকতা বিশ্ব-বিদ্যালয়গী মেট্রিক ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি। শোক ১৯৪০ দা গভর্নমেন্ট কটন কলেজ, গৌহাটিদগী কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী আই, এ, পরিক্ষা ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লান্দাও মতুংদা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী মথাদা শোক ১৯৪৫ দা সিটি কলেজ (কমর্স ডিপার্টমেন্ট) কলিকতাদগী বিঃ কমঃ পরিক্ষা পাস তৌখি। মনিপুরগী বি, কমঃ অহানবনি।

একাউন্ট পাষ্ট তৌবাঃ—শোক ১৯৫৬ তা ডিপার্মেন্টেল একাউন্টস একজামিনেশন পাস তৌখি।

য়ুমপানবা—শোক ১৯৩৯ দা শ্রীমতি রাহেনবম নিংথোল ইবেমচা দেবীগা লোইননা লুহোংচুনা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোংদাখি। মচা নুপা ১ নুপী ১ পোকখি।

থবক তৌবা :—(১) ১৯৪৬ কী ওক্টোবর তাং ১৮ দগী ১৯৪৯ ইংগী তাং ১৯ ফাওবা ইনকম টেক্সকী ইন্সপেক্টর ওইবম্মী। মথংদা পব্লিসিটি ওফিসারসু ওইবম্মী। (২) ইনকম টেক্স ওফিসার ১৯৫০ গী মার্চ্চ তাং ১৪ দগী ১৯৫২ গী মার্চ্চ তাং ১২ ফাওবা ওইরম্মী। (৩) টেক্সেশন ওফিসার শোক ১৯৫০গী মার্চ্চ তাং ১৩ দগী ১৯৬২ গী এপ্রিল তাং ৩০ ফাওবা টেক্সেশন ওফিসার ওইরম্মী। মনিপুর ষ্টেট বেঙ্ক লিমিটেড (ইম্ফাল) দা মেনেজিং ডিরেক্টর, মতম মতমগা ওইবা এডিশনেল, এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী, ফাইনান্স ওফিসার (ক্লেমস) ওইনা পুখি।

(৪) এডমিনিষ্ট্রেটিভ ওফিসার (মেডিকেল ডিপার্টমেন্ট) :— শোক ১৯৬২ মে তাং ১ দগী ১৯৭০ গী মে তাং ১৪ ফাওবা থবক পুরিশৈদা তাং ১৯। ৫। ১৯৭০ ইং এম, সি, এস, প্রমোশন ফংখি।

(৫) ট্রেজরী ওফিসার—ট্রেজরী ওফিসার ১৯৭০ মে ২৫ দগী ১৯৭৩ জুলাই ১৬ ফাওবা ওইখি।

(৬) এস, ডি, ও/এস, ডি, এম —তাং ১৭।৭ ৭৩ ইং দগী ৩১।৩।১৯৭৪ ফাওবা এস, ডি, ও/এস, ডি, এম ( ইম্ফাল ৱেষ্ট ) ওইরম্মী।

(৭) এস, ডি, ও/এস, ডি, এম/ব্লোক ডিভেলপমেণ্ট ওফিসার, সদর হিলস ইষ্ট সব ডিভিজন ( নোর্থ-ডিষ্ট্রীক্ট ) সাইকুল—হায়রিবা ফমশিং অসি তাং ১-৯-৭৪দগী তাং ১৯।৮।১৯৭৫ ফাওবা ওইরম্মী।

(৮) এস, ডি, ও'এস, ডি, এম, ইম্ফাল ৱেষ্ট ঃ—হায়রিবা ফম অসি তাং ২০।৮।৭৫ দগী তাং ৩১।৭।৭৭ ফাওবা পুরম্মী।

লোল থঙবা—অসমিয়া, বাঙ্গালী, হিন্দী, সংস্কৃত অঙ্গ্রেজী অমস্তং মনিপুরী থঙই।

সমাজ সেবাঃ—মনিপুর অমসুং মনিপুরগী মপান্দা লৈবা লিটরেরী, হিষ্টরীকেল অমসুং ফোকলোর সংস্থানশিংগী মেম্বর প্রেসিডেণ্টনা চিংবা কয়া ওইখি।

কলচরেল ফোর্ম মনিপুরগী টার্ম অনিরক প্রেসিডেণ্ট ওইখি। হৌজিক মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কী প্রেসিডেণ্ট ওইবি। হৌজিক হৌজিক-মক মনিপুর ষ্টেট কলা একাডিমিগী জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর শুইর।

আর্টিকল ইবাঃ—মনিপুর, কাছাড়, নগাঁও, ত্রিপুরা, সিলেটনচিংবা লমদমশিংদা ফোংবা থাগী থা ৩ গী, থা ৬ কী চহিগী ওইবা চেফোংশিংদা আর্টিকল কয়ামরুম ইহুনা ফোংখ্রে।

অফোংবা লাইরিকশিং--মনিপুর সরকার শিক্ষা বিভাগনা খনগৎলবা পাঠ্য পুস্তক য়াওনা লাইরিক ৪৫ রোম ফোংদোকখ্রে। লাইরিক খরদংগী মমিং মখাদা পীরি ঃ—

১। মনিপুর ইতিহাস ১৯৪৭ ইং ২। গ্লিমস ওফ মনিপুর ১৯৫১ ইং
৩। একাদশী পঞ্চালী ১৯৬৭ ইং ৪। বীর সিংহ পঞ্চালী ১৯৬৭ ইং
৫। মৈতৈলোল অরিবগী পরিক্ষিত সর্প যজ্ঞ ১৯৬৯ ইং

৬। মৈতৈলোন অরিবগী অশ্বমেধ ১৯৭০ ইং
৭। মৈতৈলোন অরিবগী রাম নোঙ্গাবা ১৯৭০ ইং
৮। " " রামায়ন লঙ্কা কাণ্ড ১৯৭০ ইং
৯। " " শামু ফাবা ১স্নুং শ্রীগোবিন্দ নির্ণয় ১৯৭০ ইং
১০। মৈতৈলোন অরিবগী লক্ষ্মী চরিত্র ১স্নুং ধ্রুব চরিত্র ১৯৭০ ইং
১১ লৈরোন ১৯৭০ ইং ১২। চিংথঙখোম্বা মহারাজ গম্ভা চংপা ১৯৭২
১৩ মৈতৈরোন অরিবগী শ্রীমদ্ভাগবদ গীতা ১৯৭২ ইং
১৪ বীর টিকেন্দ্রজীৎ ১৫। থাঙ্গাল জেনরেল
১৬ মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ন ( সুন্দর কাণ্ড )
১৭ মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ন অমদি অযোধ্যা কাণ্ড ১৯৮১ ইং
১৮ মৈতৈ চেংকোঙ ১৯৮১ ইং
১৯ হাওৈদগম চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা ১৯৮১ ইং
২০। বায়েল লাইরিক স্না উপুনচিংবা লাইবিক ছুম্ফু।

লম কোইবা :—কোহিমা, নাগালেণ্ড. গৌহাটি, কাছাড়, গোলা-ঘাট, জোরহাট, ডিব্রুগড়, শিবসাগর ( আসাম ), শিলোং, জোরাই ( মেঘালয় ), কলিকতা, নবদ্বীপ, লখনৌ, মথুরা, বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড, হরদ্বার, আগ্রা, দিল্লী, বোম্বে, দ্বারকা ( গুজরাট ), মদ্রাস, রামেশ্বরম, কন্যাকুমারী, মদুরাই ( তামিলনাড়ু ) তিরুপতি ( অন্ধ্র প্রদেশ ) নচিংবা কোয়রুরে।

অপাম্বা —মনিপুরগী ইতিহাস অমস্নুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং মৈতৈলোন অমস্নুং ইংরেজীদা ফোঙদোকপা পামই।

খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা লাইরিকঃ—মনিপুরী ইতিহাস, সংস্কৃতি-নচিংবগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং পাম্বা ১দি পাঙনিংবা লাইরিকনি।

হৌজিক চথরিবা থবক :—মনিপুরগী ইতিহাস, সংস্কৃতিগী মরমদা লাইরিক অমস্নুং আর্টিকলশিং ইরি। হৌজিক স্নাথ্যাগী হকচাং য়াম্না করি। মতম শাংনা অকনবা থবক তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল ঈশ্বরনা পীনবিবা ওইসনু।

## ৪১। রাঃ কুঃ চন্দ্রজীৎস্না সিংহ

( আর, কে, সি, এস, লাইয়েকপা/খাবা )

শ্রীরাজ কুমার চন্দ্রজীৎস্না সিংহ ই‧শোক ১৯২৪ গী ওক্টোবর তাং ১৩ নিংথৌকাবা মুম্ফিত্তা পোকই। অপোকপগী মমিং বাজকুমার সুনজাউস্না সিংহ অমসুং অপোকপিগী মমিংনা অঙোম্মে নিংঙোল সিজয়াইমা দেবী কৌই।

পোক্কফম লমদমঃ—কৈশামথোং ইম্ফালদনি।

শিক্ষাঃ—মেট্রিক ফাওবা শিক্ষা ফংখি। অপোকসু লাই যেকপা মীশক অমা ওইরম্মী। মবম অদুনা অপোকপগী গুন অদু মচাইবুংঙো অস্নিদা মমি তাখি।

লাইয়েকপা তম্বাঃ—শ্রীরাজকুমার অসি অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা লাইয়েকপা ১দি লাই শাবা পামজবা মীওই অমা ওইরকখি। লাই-য়েকপগী শিনক্তম অসিদা মাম্না অঙাং ওইনা অপোকপগী তু‧ ইন্দুনা শিন্দম কুংলকপা মীশকনি। আর‧ কে, সি, এস, মনিপুরগী থোইদোক হেন্দোক্না লাইয়েকপদা মমিং চংলবা কলাকার অমনি।

লাইশাবা ঃ—ইং শোক ১৯৪৭ তা রাজকুমার অসিনা উনা খারা খম্বা থোইবীনচিংবগী তোঙান তোঙানবা শক্তম কয়া বৃটিশ কী পোলি-টিকেল এজেন্ট জিমসন্না ইংলণ্ডা পুখি।

মপান্দা পুথিবা অয়েকপা লাই ঃ—মনিপুরী কলচরগা মরি লৈনবা মানা য়েকপা লাই কয়ামরুম ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লৈরে। খুদম ওইনা থরদং পনবা তারবদিঃ—কলিকতা বিরলা আর্ট ম্যুজিয়মদা লৈরিবা "থোইবী লোইকাবা", "হিয়াং তান্নবা" "মিলিটরী ফম্নাইবা", অরোয়াদা বাঙ্গলোরগী এফ, এন, রুদ্রগী মফমদা— "থোইবী ইনচিংবী" অমসুং মনিপুরগী হান্নগী রাজ্যপাল ওইরম্বা বি, কে, নেহরুদা "খম্বা-থোইবী"নচিংবগী পেন্টি‚ কয়ামরুম পুদোল তৌখি।

থোইদোক হেন্দোক্না মমিং লৈবা হিরম—শ্রীরাজকুমার অসিবু মনিপুরগী মীপুম খুদিংমক্না অপাম্বমা মশক খংলুহ্রবসু মমিং মথৈদি শোয়দমক তারে হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মানা মনিপুরগী ড্রামা হোলশিং ১দি সিনেমা কোলশিংদা অথক্তবা শীন ১দি লাই কয়ামরুম য়েকখি। মসিদা 'মাবু শীনগি য়েকপা আর, কে, সি, এস অসুম হায়দনা মশক উরুহ্রবসু থানা য়েকপা লাইদা মীয়ামনা মাবু মশক খংলখি।

প্রদর্শনীদা শরুক য়াবা—আর্টকী প্রদর্শনী কয়ামরুমদা চিথবা লৈতনা শরুক য়াহ্নুনা মথৌদাং পাংথোকখি।

মনিপুরগী লোইশংশিংদা অয়েকপা লাইঃ—শ্রীরাজকুমার অসিনা য়েকপা লাই কয়ামরুম মখাদা ইরিবা লোইশঙ ১দি লাইশঙশিং অসিদা উবা ফংবিগনি—১। স্টেট মুজিয়ম ২। এল. সি, সি, ওফিস ৩। ৪শুবা আসাম রাইফলস ৪। ২১ বা আসাম রাইফলস ৫। মোইরাং থাংজিঙগী লাইশঙনচিংবা মফম কয়ামরুম শিনপ্রে।

সার্টিফিকেট ওফ মেরিট—শ্রীআর, কে, সি, এসনা য়েকপা লাই উরুবদা মাগী মগুনবু শিংথাম্নবা ওইনা ভারতকী অহানবা প্রেসিডেণ্ট শ্রী৺রাজেন্দ্র প্রসাদনা ইং শোক ১৯৫৪ দা "সার্টিফিকেট ওফ মেরিট" হায়বা সার্টিফিকেট অমা পীবিহুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি অনসুং মাবু থৌগৎপিখি।

উপাধি—আর, কে, সি, এস কী থবক ১দি মগুনবু থাবিহুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ৪৬ শুবা চহিগী মীফমদা ইকায় খুম্নবা উত্তুনা "শিল্পভূষণ" হায়বা উপাধি অসি পীবিখি।

শ্রীসিংহগী মগুন চেনবা সেবকশিং কয়ামরুম থোক্লকখিগনি। চিত্র-কলাগী ইতিহাসতা শ্রীসিংহগী মিং মাগী কালিন্না ইহুনা মীয়োল কয়া লেংদনা লৈথিগনি নিংই। শ্রীসিংহ গুম্বা মৈতৈ লৈমগী মচা কয়া পোক্লকপা ওইসনু।

## ৪২। শ্রীমতি সুবদনীবালা দেবী
### ( মমাশাবী )

শ্রীমতি সুবদনীবালা দেবী মোংজম ইং শোক ১৯২৫ গী মেরা থাদা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীমোংজম তিলক সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিং লোংজম নিংঙোল মোংজম ওংবী কুঞ্জবতী দেবী কোই।

পোক্লক্নম লমদম—এলাংবম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষাঃ—ক্লাস টু ফাওবা শিক্ষা ফংখ। ঘুমদা হোৎনজ্বনা হিন্দী অমসুং বাংলাঙ্গা খরা তমখি। অপোকপা অসি মনোহরশাইগী মমিং লৈববা কলাকার অমা ওইবন্মী। মরম অহুনা শ্রীমতি অসি অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা কলাবিদ্যা পামজবী অমা ওইনা হৌবকখি।

মমা শাবাঃ—অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মনিপুরগী মহৎ কয়া অমদি শ্রীগোবিন্দগী মাগুবতা গৌরলীলা অমদি গোষ্ঠ লীলাদা মমা শাহুনা লাক্লবা মীশক অমনি।

ওজা অতোয়াইমা—শ্রীযুক্ত কাঙ্গেবম ওজা ৺অতোয়'ই সিংহদা বাসরুচিংবা ঈশ তমখি।

ওজা কুলবিধুঃ—শ্রীযুক্ত লাইশ্রম ওজা কুলবিধু সিংহদগী বাসকী ঈশৈ, গীতগোবিন্দ, লীলাগা শঙ্গেনবা, গৌরলীলানচিংবা তমখি।

ওজা খোংলেন—শ্রীযুক্ত নানবম ওজা খোংলেন্দগী গীতগোবিন্দ গোষ্টগী মমা শবগী ঈশৈ তমখি।

ইবেমনী—ওজা শ্রীমতি ৺ইবেমনী দেবীদগী মমাশাবী, গৌরলীলাগী ঈশ তমখি।

ওজা অতোম্বা—শ্রীযুক্ত হ'ওবম ৺অতোম্বা সিংহদগী রাসকী জগোই তমখি।

গুরু অমুদোন—শ্রীযুক্ত তখেলচংবম ৺গুরু অমুদো'ন শর্ম্মাদগী গীত গোবিন্দ রাস পরিংনচিবা তমখি।]

**অভিনয় তম্ব'**—শ্রীযুক্ত চোংথাম ওজা নিংথেমজাওদগী মীনাগী অভিনয়নচিংবা তমখি।

**মনা-মথুমঃ**—ইং শোক ১৯৪১ মশাগী চহি ১৬ শুরকপা মতমদা মহারাজ চূড়াচান্দনা খামেন চপ্পা, স্না খুজিনচিংবা মনা মথুম পীবিখি।

**রেকোর্ড পুথোকপাঃ**—শ্রীযুক্ত মহারাজ বোধচন্দ্রনা পেট্রোন ওইবা সংস্থা নব্য সঙ্গীত সমিতিনা শিন্দুনা শোক ১৯৫১ দা হিন্দুস্থান কম্পানীদা মৈতৈ লোনগী রেকোর্ড পুথোকখি।

**উপাধি**—শ্রীমতিগী তৌবিমলবু খঙবিত্নুনা ইং শোক ১৯৮১ দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইকায় খুম্নবা উত্তুনা "নৃত্যভূষণ" হায়বা উপাধি অসি পীবিখি। শ্রীমতিগী হকচাং ফনা লৈরি। মতম কুইনা সমাজ সেবা তৌরকখিগনি আশা তৌনরি।

## ৪৩। শ্রীশামুরাইলাৎপম গোপীমোহন শর্ম্মা

( ভুহার )

শ্রীশামুরাইলাৎপম গোপীমোহন শর্ম্মা ইং শোক ১৯২০ মাকচিং থাগী ২৮ নি পানবা নোংমাইজিং মুনিস্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শামুরাইলাৎপম ব্রজমনি শর্ম্মা অমস্তুং অপোকপীগী মিংনা শামুরাইলাৎপম ঙংবী রজনী দেবী কৌই।

**পোক্লফম লমদমঃ**—কাছাড়গী মৈতৈগী য়াম্না চাউবা খুঙ্গং বনতার পুর মথা লৈকাইদা পোক্লফম লমদমনি।

**শিক্ষাঃ**—উচ্চ প্রাইমারী ফাওবা শিক্ষা ফংখি। খুদোংচাদবগী মথা চখনা তম্বা হৌমখিদে।

**ঈশৈ তম্বা** :—১। শ্রীযুক্ত মুতুম ৺বাবু সিংহ, চান্দপুর ২। শ্রীযুক্ত পাউনম চূড়া সিংহ লক্ষ্মীপুর ৩। শ্রীযুক্ত শোরোকখাইবম ওজা

ইবুঙোচাউ সিংহ সাং চিংঙামখা ইম্ফাল ৪। শ্রীযুক্ত ৱাহেংবম দেবেন্দ্র সিংহ, ঝারাগুল, ৫। শ্রীযুক্ত চবুংবম ওজা চাউব', সাং খাগেমপল্লি ৬। শ্রীযুক্ত কত্রম্বম ওজা ৺কামিনী সিংহ লক্ষ্মীপুর ৭। শ্রীযুক্ত থাংজম ওজা চাউবা সিংহ সাং খুরাই থাংজম লৈকাই অসিনচিংবা ওজা গুরুশিং অসিদগী য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী চহি ৩৩ চুপ্পা হায়রবদি ইং শোক ১৯৩৬তগী ইং শোক ১৯৬৯ ফাওবা ঈশৈ, কর্তাল মরোল, চোলোম, পু লোন ১দি হুহার অমনা হৈবা য়াবা ঈশৈনচিংবা মথল কয়ামরুমগী তালনচিংবা তমখি।

ওজাঃ—হৌজিকমক কাছাড় মাইকৈগী খুঙ্গং কয়ামকুমদা ঈশৈ চোলোম্নচিংবা তম্বীরি। ওজা অসিবু সমাজনা হুহাব অমা ওইনা শক খংবিরি।

সমাজ সেবা ঃ—চান্দপুরগী অমুখোই সঙ্গীত বিদ্যালয়গী মেম্বর অমা ওইনা সমাজ সেবা তৌবিরি। সংস্থান অসি সরকারনা তেংবাং পীরবা মাইকৈ শোমগী ওইনা অমত্তা ঙাইরবা সংস্থাননি।

উপাধি—শ্রীশর্ম্মাজীগী কলা প্রেমী ওইবা গুনবু শিংথানবা ওইনা ইং ১৯৮১ গী মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৪৬ শুবা মীফমদা "নটভূষণ" হায়রবা উপাধি অসি পীবিহুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

## ৪৪। শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

( অইবা/সংস্কৃত পণ্ডিত )

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা ইং শোক ১৯০৫ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীঅরিবম ইবোতোন শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগী মিংনা থরো দেবী কৌই।

পোক্লফম লমদম—ব্রহ্মপুর ইম্ফালদনি।

আদিগুরু—শ্রীঅরিবম পরীক্ষিৎ শর্ম্মাদগী আদিগুরু ওইনা সংস্কৃত বিদ্যা তমই।

শিক্ষা—মনিপুরগী ব্যাকরণগী মধ্য পরীক্ষাদা প্রথম শ্রেণীদা পাস তৌরবা মতুংদা মনিপুর ষ্টেটকী থাদা লুপা ৭ (তরেৎ) অমসুং নবদ্বীপকী ছাত্র বৃত্তি লুপা ১৩ (তরাহুমদোই) থক ফংহনা য়াম্না রানা ইংশোক ১৯২৩ দা নবদ্বীপতা লৈবা ৺ত্রিপথনাথ ভট্টাচার্য্য কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থগী "ভাগবতচতুষ্পাঠী" হায়বা সংস্কৃত টোলদা লাইরিক তমখি।

উপাধি পাস তৌবা—ইং ১৯২৫ দা ব্যাকরণদা উপাধি, ইং ১৯২৬দা কাব্যদা উপাধি অমসুং ১৯৩০ইংদা নব্যস্মৃতি উপাধি পরীক্ষাশিং অসিদা উচ্চ শ্রেণীদা পাস তৌখি।

স্বর্নপদক—নব্যস্মৃতিগী উপাধি পরীক্ষাদা ফাষ্ট তাহনা স্বর্নপদক (গোল্ডমেডল) ফংখি।

ওজা ওইবা—ইং ১৯৩৯ দা ব্রহ্মপুর সংস্কৃত টোলগী অনিশুবা ওজা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। মথংদা ইম্ফাল সংস্কৃত টোলগী প্রধানাধ্যাপক ওইখি। মতম কুইনা সেবা তৌরবা মতুংদা ১৯৭০ ইংদা থবক্তগী পোথাখি।

এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার:—ইং ১৯৭২ দা জবাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি সেণ্টরদা মনিপুরী ডিভিজন্দা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার ওইখি। ১৯৭৭ তগী থবক্তগী পোথাখি।

সম্মানিত উপাধিঃ—১। বঙ্গ বিবুধ জননী সভাগী "কাব্য-রত্ন" ২। অযোধ্যা পণ্ডিত সভাগী "সাহিত্য-ভূষণ" ৩। চূড়াচাঁদ মহারাজনা পীবা "বিদ্যানিধি" নচিংবা সম্মানিত উপাধি কয়ামরুম ফংখি।

সমাজ সেবাঃ—মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কী ১৯৭২/১৯৭৩গী প্রসিডেণ্ট ওইরম্মী। শ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ডকী সদস্য ওইরম্মী।

অকোঙবা লাইরিক—পণ্ডিত অসিনা ইবা অমদি অনুবাদ তৌবা লাইরিক চাওরাক্না ১২ রোম শুরে। মহুদি :—(অনুবাদ) ১। "কুমার

সম্ভব মহাকাব্যম" ২। মালবিকাগ্নিমিত্রম" ৩। "অভিজ্ঞান শকুন্তলম" ৪। "রঘুবংশ মহাকাব্যম" ৫। মৃচ্ছকটিকম" ৬। উত্তর রামচরিত্তম" ৭। "প্রেমের রত্নাবলী" অসিনচিংবনি।

মৌলিক গ্রন্থ—১। "ঈশ্বরবাদ" ২। "অলঙ্কার কৌমুদী" ৩। সংস্কৃত ব্যাকরণ" ৪। "সংস্কৃত শিক্ষা" অসিনচিংবনি।

উপাধি—পণ্ডিতজীগী থবক অসিবু শিংথাবা ওইনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইং ১৯৭৯ গী ৪৪ শুবা মীফমদা ইকায় খুম্নবা উত্তুনা "সাহিত্য ভুষণ" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

নেশনেল এৱার্ড—ইং ১৯৮১/৮২ দা পণ্ডিতজী অসিবু ইকায় খুম্নবা উত্তুনা ভারত সরকার সংস্কৃতি বিভাগনা নেশনেল এৱার্ড চহি চহিগী ওইনা লুপা ৫০০০/৫০০০ পীখি।

## ৪৫। শ্রীকৈশাম তোম্বী সিংহ

( শিল্প-কলা )

শ্রীকৈশাম তোম্বী সিংহ ইং শোক ১৯০০ দা পোকই। অপোকপগী মিনা শ্রীকৈশাম তোলেন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা সেবাম নিঙোল কৈশাম ওংবী খোমদোন দেবী কৌই।

পোক্লফম লমদম —য়াইস্কুল হিরুনহবা লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা—অৱাংবা থাকী ডিগ্রী, ডিপ্লোমানচিংবা ফংথিবা লৈতে।

শিল্প বিদ্যাঃ—অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শিল্পবিদ্যা হৈগদৌবা ১দি হৈনিংবগী থুদম উবা ফংই। ইং শোক ১৯২৪ দা চিট্রি গোংদা ফিরোল শাবা তম্লুই। মথংদা ইং শোক ১৯২৬ডা শ্রীরামপুরদা ফিশাবা তম্লুই।

অনৌবা নমুনা—মনিপুরগী হান্না লৈরম্বা ফিশা-লোনশাক্কী বিদ্যাদা অনৌবা নমুনা পুথোকতুনা হাপচিনখি। মীরাম্না পাম্নখি অমসুং

জীবিকাগী লম্বী অমা ওইথি। মনিপুরদা ক্লাই শর্টার লুম হৌদোক-লকপশিংগী মম্নু দা খুমাবা অমনি। বোক্তবা অফবা ফিগী মচু পুথোক্লবস্থু যাম্না কম্না চোংনথি।

জয়পুর পুথোকপা:—রাজা ভুপ্স সিংহগী মতেংনা মনিপুরদা জয়পুর হায়না খংনবা লৈবোং নম্বা ফি অসি শ্রীসিংহনা অহানবা নমহুনা পুথোকপনি।

মেলাদা শরুক য়াম্বা:—ভারতকী মক্কম কৈযামকমদা তৌথিবা মেলাশিংদা শরুক যাহুনা মনিপুরগী হেগুলুমগী পোংথোক কয়ামকম উংথি। ভারত ১দি ভারতকী এপানগী লৈবাক্শি না মনিপুরগী হেণ্ডলুম পাম্নথি। ইওষ্ট্রীগা মরী লৈনবা লোইশঙ কয়াদা থবক তৌরম্মী।

অনৌবা লং পুথোকপা -ইং শোক ১৯৭০ দগী হৌনা কিহোম মনাদগী অনৌবা ল মথল অমা পুথোক্তুনা ফি-রোল শাহুনা পুথোকপা হৌথি।

সেমিনারদা চে পাবা:—ইং ১৯৮০/৮১দা কলা কেন্দ্র থোংমননা তৌথিবা সেমিনার অমদা ফিশা লোনশাগী মরীদা আর্টিকল ইহুনা চে পাথোকখি।

উপাধি—শ্রীসিংহগী শিল্প বিদ্যাদা হৈশিবা মতৌ উহুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ না ১৯৭৫ ইগী ৫০ শুবা মীযমদা "শিল্পবিশারদ" হায়বা উপাধি পীহুনা ইকায খুম্নখি।

## ৪৬। শ্রীকোংব্রাইলাংপম ইবোমচা ( অভিরাম শাবা ) শর্ম্মা

( ঊৈশৈ শকপা )

শ্রীকোংব্রাইলাংপম ইবোমচা মযাম্না অভিরাম শাব হায়না খংনবা শর্ম্মাজী অসি ইং শোক ১৮৯৭ তা পোকই।

**পোক্লকম লমদম**—ময়াই কোইবী ইম্ফালদনি।

**কলাবিদ্যা তম্বা ঃ**—শ্রীশর্ম্মাগী মশাগী চহি ১২ রোম গুরুকপা মতমদা কলাবিদ্যা পামজতুনা গোঁড়লীলাদা হন্না হন্না অভিরাম শাখিরদগী মহাকপু মহাকী অশেংবা মিং কৌদতুনা "অভিরাম শাবা" হায়না মীয়ান্না কৌখি।

**সঙ্কীর্ত্তনদা মৈতৈলোন শকপা ঃ**—নট সঙ্কীর্ত্তনদা মৈতৈলোন্না শরুবা হোৎনখিবশিংগী মনুংদা কলাকার অসিসু অমনি।

**সমাজ সেবা ঃ**—শ্রীশর্ম্মা অসি সঙ্গীত নাট্য সভাগী প্রসিডেন্ট ওইনা মতম থরা মনিপুরী সংকীর্ত্তন চাওখৎনবা মাইকৈদা থবক তৌরম্মী।

**সিনিয়র গুরু ঃ**—ইং ১৯৭৮ দা জবাহরলাল নেহরু মনিপুরী ডান্স একাডেমীদা সীনিয়র গুরু ওইনা থবক তৌরম্মী।

**উপাধি**—মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শ্রীশর্ম্মাজীগী গুনবু খংবিদুনা ইং ১৯৭০ দা পরিষদকী ৩৫ শুবা মীকমদা "সঙ্গীত-রত্ন" হায়বা উপাধি অসি পীতুনা ইকায় খুম্নখি।

**ষ্টেট একাডেমী এৱার্ড ঃ**—শ্রীশর্ম্মাজীগী মতিক চাববা বিদ্যাবু ইকায় খুম্নবা ওইনা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা ১৯৭৪ ইংদা ষ্টেট একাডেমী এৱার্ড পীবিখি।

**সঙ্গীত নাটক একাডেমী এৱার্ড**—কলাকার অসিনা কলা-বিদ্যাদা কখোক্লিবা পুন্সিবু মশক খংবিদুনা ভারতকী অৱাংবা মনা সঙ্গীত নাটক একাডেমী এৱার্ড ১৯৮১ ইংদা পীবিদুনা ইকায় খুম্নখি। কলাকার অসিগী মতিক চাববা সেবক কয়ামরুম থোক্লকখিগনি নিংনরি।

## ৪৭। শ্রীনোংমাইথেম তোম্বা সিংহ

( মনোহরশাইগী ঈশৈ শকপা )

শ্রীনোংমাইথেম তোম্বা সিংহ ইং শোক ১৯০২ গী হিয়াঙ্গৈ থান্দা পোকই। অপোকপগী মমিং শ্রীনোংমাইথেম পাঙ্গোয় সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা মাইবম নিংঙোল অঙাংপেমা দেবী কৌই। অপোকপা না মৈতৈ লাইরিক হায়বা অহৃগা অপোকপীনা ঈশৈ নোংমাইদা থগাই য়াওবী মুপী অমা ওইরম্মী।

**পোক্লফম লমদম ঃ**—খ্বাই নাগ মপান লমাবম লৈকাই ইম্ফালদনি।

**শিক্ষাঃ**—ইবা পাবা ফজনা হৈ।

**কলাবিদ্যা তম্বা**—অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মুপামচা পালা, গৌরলীলানচিংবা য়াওরকই।

**মার্ব্বাক জগোই শাবা**—মশাগী চহি ১৫ শুরকপা মতমদা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মনা হাক্তক্তা মনা কোমু-গী জগোই শাবী লোইশঙ কাহৃনা মার্ব্বাক জগোই শাবা হৌরকই। দেবী পূজা অমসুং ঝুলোন্দা ঈশৈ য়াওকরই।

**খোনপাংবা**—হৌজিক শ্রীগোবিন্দজীগী হোলি নাপু পালাগী খোনপাংবা মকোক ওইরি।

**মনোহর শাই তম্বা**—মশাগী চহি ২১ শুরকপা মতমদা ওস্তা লাইশ্রম গোপাল সিংহদগী মনোহর শাইগী ঈশৈ তম্বা হৌখি। ঈশৈ তম্মিংবগী বাখল্লা লমজিং ওইহৃনা কলাকার অসিগা ময়াম্বগা লোয়ননা বেঙ্গলদা ঈশৈ তম্বা চংখি।

**বর্দ্ধমানদা ঈশৈ তম্বা**—মমৈথংদা বর্দ্ধমান জিলাগী মমুংদা লৈবা ময়নাদানদা হরিদাস মিত্র ঠাকুরগী মফমদগী চহি অনি চুপ্পা ঈশৈ তমখি। মথংদা শ্রীখণ্ড কৌবা মফমদা অমুক শ্রীগৌর গুনানন্দগী মফমদগী চহি অমা মথাইরোম অমুক ঈশৈ তমখি।

ঈশৈ শকপা—মথংদা বাবাজী গদাধরদাসকী শৌইননা বেঙ্গল, বাংলাদেশ অমদি কলিকত্তানচিংবা মফম কয়ামকুম বোয়না চত্নবা ঈশৈ শকথি।

সেমিনার—মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা শিল্লাংহনা তাং ৬০।১০।১৯৭৩ ইংদা পাংথোকখিবা মনোহর শাইগী মরমদা শ্রীনোংমাইথেম তোম্বা সিংহনা "মনোহরশাই পুং তালগী মশক" হায়বা অসিদা চে পাখি।

উপাধি ঃ—ওজা অসিগী নোম্বা কমবা ১দি থোইদোক চেংথোকপা মাগী হিবমদা খঙ হৈবা গুনবু উবিহনা মনিপুরী সাহিত্য পাঙ্গলদনা ইং ১৯৭৪দা ৩৯ শুবা মীফমদা "সঙ্গীত-রত্ন" হায়ব উপাধি অসি পীহনা ইকায় খুম্নখি।

## ৪৮। শ্রীইরেংবম রাজনিধি সিংহ

( অরিবা বংদেশ পালাগী ঈশৈ শকপা )

শ্রীইবেংবম রাজনিধি সিংহ ইং শোক ১৯৯৭ তা পোকই। মচা মকপগী মিংনা শ্রীইবেংবম মাইপাক সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা খুমুজম লিংজোল লুকমনি দেবী কৌই।

পোক্কফম লমদম—মমাং ঈমফাল মাইকৈদা লৈবা চিরাই হায়না কৌবা খুঙ্গং অসিদা কলাকার অসিগী পোক্কফম লমদমনি।

কলাকার অসিবু পোকপা মপা ১দি মপু অহিমক বংদেশ পালাদা খোংদোরম্বা লৈবাকনা মশক থংলবা ওজা ডাক্তমি। হিরম অসিদা কলাকার অসি মপা মপুনা কৈয়াক থারম্বা মীশক্তি। কলাকার অসিগী মপুদোক জাউদোন সিংহসু মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা চৈয়াক গারোং কলা পালা লোইশঙগী ঈশৈহনবা ওইরম্মী।

কলাবিষ্ণু :—মহারাজ চুড়াচাঁদকী স্না হাক্তকী ওজাশিংদা মাগী ওজা ওইনা তমখি। মখোয় অতুগী মমিং মথাদা পীরি:—১। যুম্নাম ওজা ৺ কেশো সিংহ। ২। যুম্নাম তোম্লমু সিংহ ককবাদা লৈবা লৈবাকচাবা পালাগী ঈশৈ হনবা ৩। হুইদ্রোম ওজা মনাউ সিংহ ৪। খোমদ্রাম ওজা তুহার ইরম সিফাই। ৫। নিঙোম ওজা কৈকোল সিংহ খৌবাল ৬। হাওজম ওজা চাওবা সিংহ ইরম সিফাই অসিনচিংবা ওজাশিংদগী ঈশৈ তমখি। ৭। ভাঙোম জমান্দার সিংহদগী তাল তমখি। ৮। অয়েকপম ওজানিংথৌদগী করতাল চোলোম তমখি।

কলাবিদ্যাদা খোংদাবা:—য়াম্না নোনা মশাগী চহি ১৭ রোম শুরকপা মতমদা কলাবিদ্যাদা খোংদাখি অমসুং শ্রীগোবিন্দ থৌগল ফংখি।

মনা মথম:—মহারাজ বোধচন্দ্রনা কলাকার অসিবু মনা থুজি, তালনচিংবা পীবিখি। বোধচন্দ্র স্নাহাক্তক্তগী ওসি কাওবা লৈবাকচাবা পালা ঈশৈ হনবা থৌগল ফংলি।

উপাধি:—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা হিরম অসিদা থোইদোক হেন্দোক্না খঙ-হৈরবা কলাকার অমনি হায়না ইং ১৯৭৪গী ৩৯ শুবা নীফমদা "সঙ্গীত-রত্ন" হায়বা উপাধি অসি পীজুনা ইকায় খুম্নখি।

ষ্টেট এৱার্ড:—ওজা অসিবু ইং ১৯৭৬তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা হিরমসিদা মতিক চারবা কলাকার অমনি হায়না থবগঙ্গনা ষ্টেট এৱার্ড লুপা ১০০০।- (লুপা লিশিং অমা)গা লোয়ননা প্রমানপত্র অমসু পীবিখি।

ওজা ওইবা:—হৌজিক জৱাহর লাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমিগী বংদেশ পালাগী ওজা ওইরি।

সঙ্গীত নাটক একাডেমি এৱার্ড:—ওজা অসিগী মতিক চাবা গুনবু উবিদুনা সঙ্গীত নাটক একাডেমিনা ১৯৮১গী এৱার্ড লুপা ৫০০০/- (লিশিং মঙা)গা লোয়ননা প্রমান-পত্র অমা পীবিখি।

## ৪৯। লমাবম ৺কমল সিংহ "কবিরত্ন"

(ডাক্তর/কবি/উপন্যাস কার)

শ্রীলমাবম ৺কমল সিংহ ইং ১৯৯৯দা পোকই। অপোকপা অমসুং অপোকপী মমিং মথং শিংনা শ্রীযাত্রা সিংহ অমসুং লৈরিক দেবী কৌই। মচিন মনাউ মুপা ৬ মুপী ৪ পোকই।

পোক্লফম লমদমঃ—লাংথবাল কুঞ্জদা কবি অসিগী পোক্লকখি।

শিক্ষ্যা:—নাউরেম লৈকাই নিম্নপ্রাইমারী, মোইরাংখোম উচ্চ প্রাইমারী স্কুলদগী ছাত্র বৃত্তি ফংদুনা জোনষ্টোন্দা, জোনষ্টোন্দগী শিলং গভর্ণমেণ্ট হাই ইংলিশ স্কুলদা তমদুনা কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী প্রবেশিকা পাস তৌখি।

এল, এম, পী, তম্বা:—প্রবেশিকা পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা ডিব্রুগড় বেরী হবাইট মেডিকেল স্কুলদা তমখি। এল, এম, পি ডিপ্লোমা পাস তৌখি।

থবক তৌবা:—ডিপ্লোমা পরীক্ষা অসি হেক পাস তৌবগা ডাক্তর অমা ওইনা সরকারগী থবক তৌবা হৌখি। থবক তৌরিবা মফমদি প্রাইমারী হেলথ সেণ্টর তমেংলোংদনি।

যুমপানবা:—চহি ২৬ তা যুমপানখি। মচামুপা ২ মুপী ৩ পোকই।

সাহিত্য সেবা:—ডাক্তর অমা ওইনা লৈপাক্কী অচিনবা, অচৌবা খৌ পুরবসু মমারোল অমদি সাহিত্য সুংশিজবদগী থিন্দনা কলম পায়খংখি। তেল্লবা মতম থরগী মমুংদা ইদুনা মখাগী লাইরিকশিং অসি কোংদোকখি।

১। উপন্যাস:—মাধবী।

২। কবিতা:—লৈপরেং ৩। ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা (ৱারী মচা)

ফোংদ্রিবা লাইরিক:—দেবযানী নাটকসু লৈরি।

উপাধি:—পোকপদগী লোয়নরকপা অঙকপা মাগী মগুনবু শিংথান-বা ওইনা ইং ১৯৪৮দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ১৩ শুবা মীফমদা কবি অসিবু ইকায় খুম্নবা উত্‌না "কবি-রত্ন" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

লমজিংবা:—কবি ১দি উপন্যাসকার অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী লমজিংবা অমা ওইনা জাতিবু মিকপ থোকহনবিরম্বা মাগী চাদা নাউদা কয়া পোকলকপা ওইসম্নু।

## ৫০। শ্রীখ্বাইরাকপম ৺চাউবা সিংহ "সাহিত্য রত্ন"

(কবি/উপন্যাসকার)

শ্রীখাইরাকপম ৺চাউবা সিংহ ইং ১৮৯৫ ফাইরেন থাগী পান-থংলকপা ৭নি পানব শগোলশেল মুমিঙা পোকই। অপোক অমসুং অপোকপীগী মমিং মুক্তা সিংহ অমসুং থাবললৈমা কৌই। অপোকপদি নট পালাগী ঈশৈ তৌবনি।

পোক্লফম লম্মদম:—উরিপোক শোর্বেবাল থিংঙেল ইম্ফালদনি।

শিক্ষা:—প্রবেশিকা শোক ১৮৪০ মশাগী চহি ২৩দা পাস তৌখি। ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়দা আই. এ, ফাষ্ট ইয়ার ফাওবা শিক্ষা ফংখি।

শিনফম:—বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওইখি। শোক ১৮৫১দা জোনষ্টোন স্কুলগী ওজা ওইখি ওজা ওইনা ওইনা পুন্সি লোমখি।

অপাম্বা:—মমা লৈবাকী অমসুং মমালোন চাওখৎনবা হোৎনবা কবি অসিগী অপাম্বনি। মাগী মতুদি 'স্বর্গদগীসু মমা লৈবাক্না অথোইবনি' হায়বা অসিনি। মহাক অসি মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য ১দি

সংস্কৃতিবু মুংশিবা মীশক অমনি হায়বা অসি মাগী কবিতাশিংদগী থৌবা। ওমই।

ওজা অসিগী খোৎজেংদগী থোক্লকপা সাহিত্যগী মথক মখেল খরা মখাদা পীরি:—

১। বাখল ২। ফিদম্ ৩। বাখলগী ঈচেল (গছ্যদা ইবা লাইরিকনি)।

৪। থাইনগী লৈরাং (শৈরেং লাইরিকনি)।

৫। "লবঙ্গ-লতা" (উপন্যাসনি)।

উপাধি:—ওজা অসিগী সাহিত্য সেবাবু শিংথানবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইং কুমজা ১৯৩৮দা পরিষদকী ১৩শুবা মীফমদা সাহিত্য সেবী অমিবু "সাহিত্য-রত্ন" হায়বা মিংথোল অসি পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

লৈখিদবা:—চহি ২১ চুপ্পা ওজা ওইরবা মতুংদা মশাগী চহি ৫৫ শুরকপদা শোক ১৮৭২ মেরা থাশি শগোলশেন মুমিত্তা নোঙ্গাখি।

## ৫১। শ্রীচিংঙাথম ময়ুরধ্বজ সিংহ (অঙৌবী)

(কবি)/কলাকার)মেম্বর)

শ্রীচিংঙাথম ময়ুরধ্বজ সিংহ ইং ১৮৮৭দা পোকই।

পোক্লফম লমদম:—মোইরাংখোম চিংঙাথম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা:—জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলগী ছাত্রনি। মিডল ইং-লিশ স্কুলগী কোর্শ পাস তৌখি (ক্লাস VI পাস তৌখি)।

থবক তৌবা:—সদর পঞ্চায়েত কোর্টকী প্রেসিডেন্ট ওইনা থবক তৌবা হৌখি। মমৈথংদা চৈরাপ কোর্টকী মেম্বর অমসুং প্রেসিডেন্ট কাখি।

রঙ্গমঞ্চদা কুম্বাঃ—ফনা য়াম্না অচৌবা অমা ওইহনস্সু, লৈবাক্কী অচৌবা থৌ পুহনস্সু অপাম্বনা মরম ওইরহনা কলাকার অসি নাট্য কলাদা খোংদাখি। মতম অহুদা শান্নরিবা লীলাশিং অহুগী লোন্দি মীরোল বাঙ্গলীনি। বাঙ্গালী ওইহনস্সু অউবা ভাবকশিংনা কলাকার অসিবু থাগৎনখি। এম, ডি, ইয়ুগী ইতিহাস ইবা তারবদি কলাকার অসি কনানো? মানা করি করি তৌরম্বগে খংবা ঙমগনি। এল, ইবুং-ঙোহলগী "নরসিংহ"দা "গম্ভীর সিংহ" "দেবলা দেবী" প্লেদা বলদেব শাখি। সভাপর্ব্বদা "যুধিষ্টিরগী" পার্ট লৌখি। M.D.U. অসি মাগী ইং-খোলদা লৈরম্মী।

অইবাঃ—মহাক অসি রঙ্গমঞ্চতগী কলাকার অমা ওইবতা নত্তনা সাহিত্যদসু শীংথানবা য়াবা মীশক অমনি। অঙনবা মতমদা মানা "অনৌবা শৈরেং" কৌবা লাইরিক অমা ইহুনা সাহিত্যগী পুকৈ চাওখৎ-হনবগা লোয়ননা অঙাংশিংগী অরাৎপা কবিতাগী লাইরিক অমগী চাওরবা মফম মেনশিনবিখি। অসিগুম্বা সমাজগী লমজিং মৈরা পায়বা সমাজ সেবী কয়া হন্না হন্না পোক্লকখিবা ওইসনু।

## ৫২। শ্রীখোমদ্রাম মুক্তা সিংহ

(পুংয়ৈবা, বংদেশী)

শ্রীখোমদ্রাম মুক্তা সিংহ ইং ১৯০৪গী জুলাই ১৫দা পোকই। অপোকপগী মিং খোমদ্রাম অমুলৈশং সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা লৌরেম্বম নিংঙোল খোমদ্রাম ওংবী মঙ্গোল দেবী কৌই।

পোক্লফম লমদমঃ—হাওবম মরক ইরোম লৈকাই ইম্ফালদনি।

পুং তম্ব ঃ—অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অপোকপদগী পুং তমলকই।

**আদিগুরু:**—থাংজম তোন সিংহদা আদিগুরু ওইনা পুং তম্বা হৌথি। মক ওইনা কলাকার অসিনা ত্রমলক্লিবা হিৰমদি বংদেশ পুং য়ৈবগী মরমদনি ।

**গুরুশিং:**—১। ওজা থাংজম তোনসিংহ তখেল লৈকাই ইম্ফাল। ২। ওজা অথোকপম মেবা সিংহ তোপখোংনাংমখোং ৩। ওজা লাইশ্রম চাউবা সিংহ ইরম সিফাই ৪। ওজা ওইনাম পাবিক্লাং সিংহ য়ুরেম্বম বন্সি অসিনচিংবনি ।

**ফমং:**—অহানবদা শ্রীগোবিন্দগী লৈবাকচাবা পালাগী পুংলোন মহা ওইরম্মী। মথংদা হৌজিক হৌজিকমক পালা হঞ্জবা ওইরি।

**শো উৎপা:**—ইং ১৯৮১দা দিল্লীদা ওক্টোবর থাদা লৈবাক চাবা পালা হঞ্জবা ওইনা শো কয়া উৎলুরে। জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমিনা অমসুং মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংহুনা পাংথোকখিবা বংদেশ পুংগী শো কয়াবক হন্না উৎখ্রে।

**গুরু ওইবা:**—ইং শোক ১৯৮১ মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী বংদেশ পুংগী ফেলোশিপকী হিরমসিদা অহানবা গুরু ওইখি। হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী অরিবা পুং বংদেশকী গুরু ওইনা থবক তৌরি।

**উপাধি:**—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ওজা অসিবু হিরমসিদা থোইদোক হেন্দোক্না থগৎইরবা কলাকার অমনি হায়না ই, ১৯৮২গী ৪৭শুবা নীফমদা "বাদ্য-ভূষন" হায়বা উপাধি অসি পীবিখি।

---

## ৫৩। শ্রীরাজকুমার সিংহজিৎ
### (কোরিও গ্রাফর/জগোইগী ওজা)

শ্রীরাজকুমার সিংহজীৎ সিংহ ইং ১৯৩২দা পোক্কই। অপোকপগী মিংনা শ্রীরাজকুমার মাজোম্বা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ছম্পাক লিজ্জা দেবী কৌই।

**পোক্নফম লমদম:**—থাংমৈবন্দ ইম্ফালনদনি। অহল লমন অনিনা য়াম্না তাওনা মথন্তা পোকই।

**শিক্ষা:**—বি, এ ফাওবা শিক্ষা ফংখি।

**পুং তম্বা:**—অনিশুবা লাঙ্গাওদা উংলোদা লাঙ্জেনখি। লমদম অসিদা লৈবা ওজা শ্রীযুক্ত হুইরেম ইবোতোন সিংহদগী পুং তম্বা হৌখি।

**জগোই/চোলোম তম্বা:**—১। মাইস্নাম ওজা অমুবী সিংহ ২। চুংখাম ওজা থম্বাল অঙৌ সিংহ ৩। থাংজম ওজা চাউবা সিংহনচিংবদগী মৈতৈ জগোই, করতাল চোলোমনচিংবা তমখি।

**থবক তৌবা:**—শ্রীসিংহ অসিগী মশাগী চহি ২২রোম শুরকপ মতমদা ইংশোক ১৯৫৪দা ত্রিবেনী কলা সঙ্গম নয়ী দিল্লীদা মৈতৈ জগোই-গী ওজা অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

**ডাইরেক্টর ওইবা:**—হৌজিক সংস্থান অসিগী ডাইরেক্টর ওইনা থবক তৌরি।

**বেলে পুথোকপা:**—শ্রীসিংহজীনা মণিপুরী জগোইবু চপ চাবা বেলেগী মওংদা পুথোক্নুনা উংখি। সংস্থান অসিগী ডাইরেক্টর ওইনা বেলে কয়ামরুম পুথোকখ্রে।

**লমকোইবা:**—ভারতকী মপান লৈবাকশিং চীন, রশিয়া, আমেরিকা, ইংলণ্ড, ফ্রান্সনচিংবা লৈবাকশিংদা কলচরেল ডেলিগেশনগী মেম্বর অমা ওইনা অমসুং লুচিংবা অমা ওইনা মাগী পার্টি পুন্নুনা কোইনুনা সো উংলুরে।

**সম্মান:**—ইং ৮১/৮২দা দিল্লী সাহিত্য কলা পরিষদনা মনা মথৌম পীনুনা ইকায় খুম্নখি।

**উপাধি:**—মাগী শিংথাবা ওমত্রবা মগুনবু থাগৎপা ওইনা ইংশোক ১৯৭৫ দা পরিষদকী ৪০ শুবা মীফমদা "নৃত্য-গুরু" উপাধি পীনুনা ইকায় খুম্নবা উংখি। হৌজিক নন্থা ওইরিবা কলাকার অসিনা মথল মথেল কয়া কয়ামরুম শুনা অনৌবা খুদোল তৌরকখিনি হায়না মীয়াম্না খোয়াংবা মিৎয়েংনা ঙাইনরি। মতম কুইনা সেবা তৌবা ঙম্বা ঈশ্বরনা পীনবিবা ওইসনু।

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫ | ১৪ | মণিপুবদা | মণিপুরদা |
| ৫ | ১৫ | মণিপুবদা | মণিপুরদা |
| ৮ | ২০ | অনস্নং | অমস্নং |
| ১১ | ১৩ | কবিস্নু | করিস্নু |
| ১৬ | ২৬ | পোত্থায়কথি | পোত্থারকথি |
| ১৭ | হেডিং | তেনশুবম লমফেল | হিজম মকর |
| ১৮ | ১৬ | অঙাংমপী | অঙাংগী মপী লাইরিক |
| ১৯ | ১৪ | মবম | মরম |
| ২০ | ১৪ | মমিনা | মমিংনা |
| ২১ | ১ | ৯৪৫ | ১৯৪৫ |
| ২৩ | ১৯ | সিহ | সিংহ |
| ২৮ | ৬ | কলাবিদ্যদা | কলাবিদ্যাদা |
| ৩১ | ৯ | ময়েকতাদবা | ১০ |
| ৩৪ | ১৭ | ইনাচার্জ | ইনচার্জ |
| ৩৬ | ৫ | চপংগী | চংপগী |
| ৪০ | ১ | ময়েক তাদবা | ফাইয়েল লৌতাবা |
| ৪৪ | ২৩ | জি | খুজি |
| ৪৫ | ২৪ | বসন্ত | বসন্ত |
| ৫১ | ১৫ | ময়েক তাদবা | ২। |
| ৫১ | ১২ | একঃ | এমঃ |
| ৫২ | ৩ | কুঞ্জবী | কুঞ্জবী |
| ৫৫ | ৫ | শ্রীমোংমাইথেম | নোংমাইথেম |
| ৫৭ | ১৯ | ইবুঙো | ইবুংঙো |
| ৬৮ | ১৯ | অর্টিষ্টিক | আর্টিষ্টিক |
| ৭৪ | ২ | মথদা | মথংদা |
| ৭৫ | ৮ | মতুদা | মতুংদা |
| ৯৩ | ১ | কলাবিদ্য | কলাবিদ্যা |
| ৯৩ | ১২ | মনামথম | মনামথুম |

## অইবগী কোৎজবা লাইরিকশিং ঃ—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ফিদম শৈরেং | — | মমল লুপা | | ৫.০০ |
| ২। | লোয়য়ন্বা শিময়েন | — | ” | ” | ৫.০০ |
| ৩। | মণিপুরী কলাকার | ১বা | ” | ” | ১০.০০ |
| ৪। | ” ” | ২বা | ” | ” | ১০.০০ |
| ৫। | ” ” | ৩বা | ” | ” | ১০.০০ |
| ৬। | শরুাইবশিংগী পুন্সি রারী | ৪বা | ” | ” | ১০.০০ |
| ৭। | ” ” | ৫বা | ” | ” | ১০.০০ |
| ৮। | অরোং নন্দকুমার | | ” | ” | ১০.০০ |
| ৯। | লাই হরাওবা লাইশোল | | ” | ” | ৭.০০ |

## ফোংলগদবশিং ঃ—

১০। ইরাৎ লাইশোল অনিগুবা শরুক

১১। ফিদম রারেং

১২। জ্যোতিষ প্রদীপ

১৩। পুন্সি লমজিং লাইরিক (বাইওগ্রাফী)

১৪। মৈতৈ পাউরো।

—(❀)—

তাং ২১।২।৮৩ ইং

LUKAMANI PRESS, Uripok, Imphal.